# থংগাল জেনারেল



রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ

# থঙ্গাল জেনরেল

মণিপুব সবকাবগী ইতিহাসকী রিসার্চ স্কোলাব ওইরম্বা,

মণিপুব সাহিত্য পবিষদকী কার্য্যকরী সমিতিগী

সদস্য, মণিপুব নতাবোল সাহিত্য সভাগী উপ-সভাপতি,

মণিপুর হিষ্টবিকেল সোসাইটিগী উপ-সভাপতি,

মণিপুব কলচবেল ফোবম্‌গী সভাপতি—

মণিপুব ইতিহাস, চিংথংখোম্বা মহাবাজ গম্ভা চৎপা, শাম্‌ ফাবা

অমমুং শ্রীগোবিন্দ নিরুপণ, বীব টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ-নচিংবা

লাইরিক লেংবা


নাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ বি, কম্‌

এম, সি, এস ( রিটায়ার্ড ) না লেংবা।


মমল লুপা ১০.০০

রাজকুমার পত্রিকেসন্‌কী

ওইনা

রাহেংবম নিংথোল শ্রীমতী ইবেমচা দেবীনা

থাংমৈবন্দ, খোয়াথোং, ইম্ফাল; মণিপুরদা

কোংবা।




১, বা ফোঙ্‌বা ১৯৭৯ ইং

কোপী—১০০০

শ্রীখুমন্নবম রাসবিহারী সিংহনা

দি মণিপুর প্রিন্টর্স এণ্ড ম্যানুফেকচরস্‌দা

ছাপা তৌবা।

ঐহাক্কী ছাত্র জীবন-দগী হৌনা

মণিপুর ইতিহাসকী মচাক খোমজিনজবদা

উৎসাহ পিবিরম্বা

স্বর্গীয় খুমন্থেম মধুমঙ্গল সিংহ

অমসুং

স্বর্গীয় ডাঃ রাহেংবম গোপাল সিংহ

ইবাই অনিগী

স্মৃতিদা

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ ১৯৩৮ ইংদা ইম্ফালদা লৈবা বেঙ্গলী হায় স্কুলদগী ম্যাট্রিক পাস তৌখি। মথংদা গৌহাটি কটন কলেজদগী আই, এ. পাস তৌরগা কলিকাতা সিটি কলেজদা বি-কম্ তম্লমই। ১৯৪৫ ইংদা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়দগী বি-কম্ পরীক্ষা পাস তৌখি। মহাক্না মণিপুরগী মনুংদা ইহান হানবা বি-কম্নি। নিংথৌ পাল্লি-ভেদা মহাক মণিপুরগী ইনকমট্যাক্স অফিসার ওইরমই, অতুদগী মথং মথং মেডিকেল ডিপার্টমেণ্টকী এডমিনিষ্ট্রেটিভ অফিসার, মণি-পুরগী ট্রেজরি অফিসার, সদর-হিল ইষ্ট সব-ডিভিসনগী সব-ডিভিসনেল অফিসার অমসুং ইম্ফাল ওয়েষ্টকী সব-ডিভিসনেল অফিসার ওইরমই, হৌজিক মণিপুর সিভিল সার্ভিসতগী পেনসন লৌতুনা লৈরি।



লাইরিক লেংবা—
রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ বি-কম্
এম, সি, এস ( রিটায়ার্ড )

# য়া অমা-অনিদং

ঐহাক্কী "বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ" কোঙখিবগা লোইন-লোইননা মণিপুর অমসুং মণিপুরগী মপান্দা কাছাড়-নচিংবা আসামগী মফম কয়াদা, ত্রিপুরাদা অমদি ভারতকী মপান্দা বাংলাদেশতা লৈরিবা মৈতৈ ইচিন-ইনাওশিংদগী মথং মথং মণিপুরগী ইতিহাসকা মরী লৈনবা লাইরিক পুথোক্লবা উৎসাহ ফংজৈ। মখোয়গী উৎসাহদগী "থঙ্গাল জেনরেল" হায়বা লাইরিক অসি ইজৈ অমসুং থঙ্গাল জেনরেল ফাঁসি তৌখিবা চহী ৮৮ শুবা কুমওন অসিদা ফোঙদোকচৈ অমসুং ইবুংঙো-ইবেম্মশিংদা লাম্নোকচৈ। লাইরিক অসি ইজবদা ঐগী মুংশিজরবা মরূপ অনি পণ্ডিত শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ অমসুং পণ্ডিত শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহগী মতেং ফংজৈ। মসিগীদমক্তা ভদ্রলোক অনি অসিগী মফমদা তৌবিমল থঙ্‌বা উচ্চরি। থঙ্গাল জেনরেলবু বিচার তৌখিবা মণিপুরগী চিফ পলিটিকেল অফিসার ওইরম্বা লেফটেনেন্ট-কর্ণেল ঐইচ, ম্যাক্সওয়েল সাহেবকী ফটো কোয়থি থিবদা ফংদ্রবদা শ্রী অরাম্বম সমরেন্দ্র সিংহ অমসুং অধ্যাপক শ্রীঅরাম্বম লোকেন্দ্র সিংহ অনিনা পিবিবনি। মসিগী দমক্তা ইবুংঙো অনিবু থাগচ্চরি। থঙ্গাল জেনরেলগী হৌরকফমগী মরমদা অমনা অমা হায়, অমনা অমা হায়—চিংনবমথৈ কোক্লগনি হায়না আশা তৌজৈ। অতুবু কদায়ফাওবা মহৈ য়াল্লবগে হায়বা অতুদি লাইরিক অসি পাবিরিবা ইবুংঙো-ইবেম্মশিংগী বিচারদ লৈরে। লাইরিক অসিদা অরাল-অহুই য়াওরবসু তাকপিরক্লবদি মথংগী থুৎনমদা শেমদোকচগনি।

লাইরিক অসি অকক্লবা মতমদা পুথোক্লবা মণিপুর প্রিণ্টিস´ এণ্ড ম্যানুফেকচরস্´গী ম্যানেজর শ্রীথুমল্লমবম রাসবিহারী সিংহনা কন্না হোৎনবিখি। মসিগীদমক্তা ম্যানেজরবু থাগচ্চরি।

১৩। ৮। ১৯৭৯ ইং

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ

# য়াওফম তাকপা



---

# চুমথোকচবা

| লাঃ | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৫৭ | ১৮ | তৌখিএ | তৌখি |
| ৯২ | ২০ | জেনরেল থঙ্গাল সিংহ | শ্রীথঙ্গালসিং জেনরেল |

---

# থঙ্গাল জেনরেল অমা

নানা মুনি নানা মত"



থঙ্গাল জেনরেল তরামাপলগুবা শতাব্দীদা ফাওখিবা মণিপুরগী জেনরেল অমনি। মরৈবাক নিংবা অমসুং মজাতিবু সুংশিবা নিংথৌঙম্বা অভম্বা অসিগী পারি-পুরাগী মতাংদা চয়েংনবা অমা ইরোয় লোয়নবগুম তোই।

থঙ্গাল জেনরেলগী হৌরককমগী মরিদা মণিপুর নোংচুপ জিলাদা লৈবা রোংমৈ হায়বা চীংমী কাংবুনা মহাকপু রোংমৈগী জাৎনি হায়রি। মণিপুর অরাং জিলাগী সদর হিলস ইষ্ট সব-ডিভিসনদা লৈবা থঙ্গাল হায়বা চীংমী কাংবু অতুনা জেনরেল অসিবু মখোয়গী থঙ্গাল শুরুং হায়বা খুন অহৃদা পোকপনি, থঙ্গাল জাৎনি হায়রি। রোংমৈ অমসুং থঙ্গাল চীংমী কাংবু অনি অসি থঙ্গাল মুম্নহুনা লৈখিসহু।

দিল্লী বিশ্ববিদ্যালয়গী দিল্লী স্কুল অফ ইকনমিকসকী অধ্যাপক ওইরম্বা হৌজিক্না জওহরলাল নেহরু বিশ্ববিদ্যালয়, মণিপুর সেণ্টরগী Political Scince কী অধ্যাপক ওইরিবা এম, হোরাম (তাংখুল) না টি, সি, হডসন্না ইবা "The Meitheis" কৌবা লাইরিকী ভারত্তা ফোঙবা খুৎনমগী রাহৌদোক্তা থঙ্গাল জেনরেলবু "Naga General Thangal" হায়না ইরে। করম্বা নাগা কাংবুনো হায়বা অহুদি পনদ্রে।

কর্নেল এল, ডব্লিউ, সেক্সপিয়ার, সি, বি ; সি, আই, ইনা ১৯২৯ ইংদা ফোঙবা মহাক্কী 'History of the Assam Rifles' কৌবা লাইরিকী লামাই ৬৪দা থঙ্গাল জেনরেলবু ৩৪ শুবা এন, আইগী সিপাই লালহৌবদা য়াওরম্বা মীশক অমনি, লৈবাক অসিদা থবক তৌহুনা লৈখিবনি হায়না ইরি।

শ্রীগিরীশচন্দ্র চৌধুরী বি, এলনা ১৯৬৭ ইংগী জুলাই থাদা ফোংখিবা "মণিপুর যুদ্ধ" কৌবা অসমীয়া লোন্দা ইবা লাইরিকী লামাই ৫৪দা অস্মুন্না ইরি— নিংথৌ জয়সিংহগী মতমদা আসামগী মোয়ামরীয়া লালহৌবা খরা মণিপুরদা চংজফম থিরকই অমসুং মৈতৈ হুপী লৌহুনা মৈতৈ ওন্দুনা লৈখি। থঙ্গাল হায়রিবা অসি মোয়ামরীয়া লালহৌবা অমগী মচানি, মপাগা লোইননা মণিপুরদা চেল্লকতুনা লৈখিবনি হায়নৈ।

ক্যাপ্তেন ই, ডব্লিউ, ডন, বি, এস, সিনা মহাক্কী লাইরিক "Abridged Gazetteer of Manipur" (Simla, 1891)দা থঙ্গাল জেনরেলবু বাঙ্গালী সনাশাবগী মচা-মশু (descendant of Bengali goldsmith) নি হায়না ইরি।

মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহ অমসুং যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মমা ইবেম্মশিং, মচন-মচেমসিজশিং, মচা ইবুংঙোশিং, মচা ইবেম্মশিং,

রাণীশিং, মন্ত্রী-মত্তা, মচা-মনাইশিং অমসুং প্রজাশিংনা ১৮৯১ ইংগী জুনগী তাং ২৬ তা ভারতকী ভাইসরয় অমসুং গবর্ণর-জেনরেলদা থাখিবা দরখাস্ত অতুদা থঙ্গাল জেনরেলবু আসামী সোনারী অমগী মচানি হায়রি।

Dr. Wade's Account of Assam বু সম্পাদন তৌবা আসামগী মমিং চৎলবা ঐতিহাসিক বেণুধর শর্ম্মনা মহাক্কী 'দূরবীণ' হায়বা অসমীয়া লোন্দা ফোঙবা লাইরিকী 'যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ সিংহ সেনাপতি' হায়বা পন্দুপ অতুদা "বৃদ্ধ ব্রাহ্মণ রাজমন্ত্রী ঠেঙান জেনারেল' হায়না ইরি অমসুং থঙ্গাল জেনরেলবু ব্রাহ্মণনি হায়রি।

থঙ্গাল জেনরেলগা য়াম্না তোয়না থেংনতুনতা লাক্লবা মণিপুরগী মতম অতুগী পলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা Sir James Johnstoneনা মহাক্কী "My Experiences in Manipur and Naga Hills" (London, 1876) অমসুং "Manipur and Naga Hills" (Indian Edition, 1961) কৌবা লাইরিকতা অসুম্না ইরি—
"মহাক্না নহা ওইরিঙৈদা গম্ভীরসিংহ নিথৌনা থঙ্গাল হায়বা চীংগী খুল অতুদা লাল চৎপদা নিংথৌগী থৌগল তৌরমই। থৌদোক অসিবু নিংশিংননবগীদমক্তা মহাকপু নিংথৌনা থঙ্গাল হায়বা মিং অসি থোল্লমই।"

মথক্তা হায়রিবা খুদিংমক অসিনা চুম্বা তারবদি থঙ্গাল রোংমৈ নাগা ওইবা তাই, থঙ্গাল নাগা ওইবা তাই, ১৭৫৮ ইংগী সিফাই লালহৌবদা য়াওরকপা মপানগী মীওই অমা ওইবা তাই, আসামগী মোয়ামরীয়া লালহৌবা য়াওরম্বা মীশক অমা ওইবা তাই, বাঙ্গালী সনা-শাবগী মচা-মও ওইবা তাই, আসামী সোনারী অমগী মচা ওইবা তাই, মহাক ব্রাহ্মণ ওইবা তাই।

থঙ্গাল জেনরেলগী মরমদা মথক্তা পিনরিবা মতশিং অসিবু লোইনমক অচুম্বনি হায়না লৌরসিরা? অচুম্বা হায়বা অসি অতুম চুমতুনতা লৈগদবনি—মতম পুম্নমক্তা, মফম পুম্নমক্তা। অচুম্বদি অমতনি

অরানবদি কোঙ্গায়নি। মথক্তা পিনরিবা মতশিং অসি অমমমতা ওইনা মথং মথং নৈনজরকে।

ইহান হানবদা থঙ্গাল জেনরেলবু রোংমৈ হায়বা চীংমীগী জাৎনি হায়রিবা রাফম অসি লৌখৎচরি।

জওহরলাল নেহরু বিশ্ববিদ্যালয়গী মণিপুর সেণ্টরগী ইতিহাস বিভাগকী মকোক থোংনা থবক পুরিবা অধ্যাপক গংমুমৈ কবুইনা "চাঙথন" কৌবা কবুইগী থাগী চেকোঙ (R. No. 12/76/66) গী আগষ্ট-সেপ্টেম্বর, ১৯৬১, ভোল্যুম ২, মশীং ২ শুবদা 'থঙ্গল জেনরেল (১৮১৭—১৮৯১)' হায়বা রারেং অমা ফোঙখি। রারেং অদু কবুই লোন্দা ইবনি। মতুদগী মরী লৈনবা মতেক মতেক কবুই লোন্দা ইবা শরুক অদু মৈতৈরোনগা কোম্ননা ইজরি। ঐহাক্না মণিপুর মেডিকেল ডিপার্টমেণ্টকী এডমিনিষ্ট্রেটিভ অফিসর ওইরিঙৈদা থাইনৈ কৌবা কবুই কেরানী অমা লৈরমই। মহাক্না রারেং অদুমক মৈতৈরোন্দা হন্দোকপিরম্বনি।

"১৯ তংমৈ শতাব্দীথো মণিপুর খৎনী নাগালেন্দ খৌরুই চাপৎ-কমৈ চিংমৈ কপি দীংনৈম্নুন পংখৌ থঙ্গাল জেনেরেলরুই করু মিংলেঙ-মৈয়ে। মণিপুর ইতিহাসখৌ থঙ্গাল জেনেরেল বম দায়না খৎনী কাওনা নাইকনে।"

১৯ শুবা শতাব্দীদা মণিপুর অমদি নাগালেণ্ডদা পোকখিবা চীং-মীশিংগী মরক্তা থঙ্গাল জেনরেলনা মকোক্নি। মণিপুর ইতিহাসতা থঙ্গাল জেনরেলগী মফম রাংনা লৈয়্রে।

"থঙ্গালহৈ কজন হৈদিকম দিননা, তননে ভাওরে তুনা শানাবমথেকি কজম পোকথাও পোকশেক পরি খৎনী কমৈ লুংথাউমৈ কম লমখৌ অশৈ ঙন্না হিকমৈ ইতিহাসনুনখৌ থননা হিলৌমকগে। কমৈ লীংবমখৌশনী কপুই কপু পরিহৈ থন্না থাইবমকগে। কেপ্টেন ব্রান রুই হিমৈ "গেজেটিয়ার অফ মণিপুর" (১৮৯১) শামৈ লাইরিকখৌ

থঙাল জেনেরেলদংহে বেঙ্গোলীমৈ কচাক দিমৈ কাইথুন থংজম কতৌ-কনাত্র তুনা শাদোরে। থঙাল থৈকমৈ তীংকুম পুত্তুতং, সার জেমস জোনষ্টোনরুই হিমৈ "মাই এক্সপিরিয়নস ইন মনিপুর এণ্ড নাগা হিলস" (১৮৯৬) খৌত্তে থঙালহে তাইমৈ (মণিপুরী) য়ে-তুনা শাদোহুরে। মণিপুরজন থংকিন পরি হিলৌমৈ "চৈথারোন কুম্বাবা" খৌকেন কমৈহে তাইমৈদে তুমৈ তন্না হিলোরে ককাই খোং (য়ুম্লাক) তা 'কাংভবম' তুনা শাদোরে। তুন্না কমৈত্তা কাংভবম মেঙ্গর তুনা থাইন মমখোম্লে। হৈকুমশিনী অকায় পরিখোথো থঙালহে রোংমৈয়ে তুনা শানাবম্লে! প্রোফেসার জে, রোয় তোং "হিষ্টরী অফ মণিপুর" (১৯৫৮) খৌকেন থঙালহে নাগামৈখোন্দে তনা লুনংনমৈকেন নায়এ তুরে। অকায়রুই শানীনৈ পা থঙালহে রোংমৈদে: কনংখৌ তাই-গোনকত্তেম্লে।

থঙাল অসি অমুকী মতিক মমিং চৎপা অকন-তথৌ মী ওইরম্ম-মম্ম মহাকী লৌরকম, পোককম অমসি য়াবা নিংথিজনা ইরমদে। মহাক্না হিংলিউগী মতম অত্তু ফাওবদা মহাক্কী মপা-মপুগী য়াবী অসি শেংনা খভূনরমদে। কেপ্টেন ডাল্লা ইরবা "গেজেটিয়ার অফ মণিপুর" (১৮৯১) হায়বা লাইরিক্তা মহাক অসিবু বেঙ্গলী সনা-শাবা অমগী মচামগুনি হায়। থঙালনা শিথিবা চহি মডাগী মতুংদা সার জেমস জোনষ্টোন্না ইরম্বা "মাই এক্সপিরিয়নস ইন মণিপুর এণ্ড নাগা হিলস" (১৮৯৬) হায়বা লাইরিক অদুদা থঙাল অসি মৈতৈ (মণিপুরী) নি হায়রমই। মণিপুর নিংথৌশিংগী ইতিহাস "চৈথারোন কুম্বাবা" দা ইরম্মম্মু মহাক অসি মৈতৈনি হায়না য়াম্না কম্না ইরম্মী, মহাক্কী য়ুম্লাকপু 'কাংভবম' নি হায়রমই; অম্মুম্না মহাকপু কাংভবম মেঙ্গর হায়না খভনরমই। অত্তু ওইরবম্মু ঐখোয়গী য়ারীদদি থঙাল অসি ঐখোয় রোংমৈগী জাৎনি হায়নরক্লি। প্রোফেসার জে, রোয়গী "হিষ্টরী অফ মণিপুর" (১৯৫৮) দম্মু থঙাল অসিবু নাগা ওইরমগনি হায়না নিংনরম্মম্মু য়াওরমই হায়না ইরি। ঐখোয়না হায়নিংবদি থঙাল অসি রোংমৈনি, মতুংদা মৈতৈ ওনখিবনি।

"অকায়রুই থাইলোনী মৈথো, রৈমৈথো :— সার জেমস জোনষ্টোন থৎনী চৈথারোন কুম্বাবা রুইনা থঙ্গালতা তাইমৈয়ে শাএ তুকি কপুই কপু জনথো শালোমকগে। থঙ্গালরুই মেজর থৎনী জেনেরেল ওপুই গন-খোথো তাই-গোনতংথে। কুম্না কমৈতা তাইমৈয়ে শাত্তম্মে।"

ঐখোয়না খঙ্‌গদবদি অহানবদা সার জেমস জোনষ্টোন অমদি চৈথারোন কুম্বাবদা থঙ্গাল অসি মৈতৈনি হায়রম্বরস্ন মহাক্কী মনা-মপাগী মমিংদি পল্লমদে, থঙ্গালনা মেজর অমদি জেনরেল ওইরবদা মহাক মৈতৈ হান্নুনা ওনখ্রবনি। অস্তুম্মা মহাকপু মৈতৈনি হায়খিবনি।

"কনৈমৈথো : কেপ্টেন ফানরুই থঙ্গালতা বেঙ্গোলীমৈ কচাক কশেম্মৈ তৌ-নাএ শমৈহাই থোয়দে। লৈংবমপুই গনখোশিনী থঙ্গালগম পোকথাও পোকশেক থাইগনমকগে : থাইবমখোনসিনী হাংমৈয়ে শামৈতৈ তিথাইজিখোরুই কা... তমখোংও।"

অনিত্তবদা কেপ্তেন ফ্যুংনা থঙ্গাল অসি বেঙ্গলী শনাশানা অমগী মচা-মশুনি হায়বা অসিগী অরানবনি। হিংতুনা লৈশিংতৌগী মতং ফাওবদা থঙ্গালগী হৌরক্ফম তশেংনা গতুনরনদে। খুঙ্গমরম্বস্ন মহাক হাওনি হায়বসি খঙ্‌হন্নিংহনা লোৎপা ওইরিগনি।

"কপুমমৈথো : থঙ্গাল থৈকামৈকে অশৈ তীংকুম ৭৭ না দিহে। কমৈতা থাইলোমৈ অকায় গনাইতুন তাল্লাগ ওন্না লিতবমদিহে। কপু গোইরুই লালোপুইথৈ লায়না থাঙ্গাল কপুই কপু জন, কননজন, অকায়-রুই কাওমৈ কজনচং থন্না থাইদে। ককাই দিংতোং অশৈ ওন্না লাইদিহে। চিংনৈরুই তাইগোনমৈথো অশেনী অকায় মিনথো কোমনদিহে। তাই-গোনথো ধৰ্ম্ম, মজন থংনা ককাই খোং ওন্না কলয়ে পুনিয়ে। কুম্না থঙ্গালরুই তাইগোনথো হিন্দু ধৰ্ম্ম লাথে থৎনী কাংওবমতা ককাই খোং শুনা লাতেম খোংদে তুনা লুম্মে।"

অহমশুবদা থঙ্গাল শিথিবা চহি ওমিন্দগী ৭৭ রোমদা মতাইরি। মহাকপু খওহৌবা অহন-লমনশিং ওসি ফাওবা লৈরি। মখোয়না

শারম্বা য়ারী মতুং ইন্না থঙ্গালগী মমা-মপা, মথুল ঐখোয়না কৌনবা মমিং তাশেংবা থঙই। মহাক্কী মরী-মতা ঙসি ফাওবা লৈরি। চৌংগী মীনা মৈতৈ ওনবসিদি ঙসি ফাওবা ঐখোয়গী মিৎনা উরিবসিমঙাই। মৈতৈ ওন্নবদি মহাক্কী ধর্ম, মমিং অমসুং য়ুম্নাক ফাওবা হোংই। অসুম্না থঙ্গালনা মৈতৈ ওনবদা হিন্দুধর্ম্ম লৌখিবনি অমসুং মহাক্কী য়ুম্নাকপু কাংথবম হায়না খঙনখিবনি হায়বসি থাজে।

"থঙ্গাল জেনেরেলহৈ তমেংলোং সবডিভিজনখৌ লোংজাও (তাই-মৈরুই 'থঙ্গাল' কাওমৈ) কায়লোংখৌ কুম ১৮১৭ থৌ পোনকনে। কমৈতা পোনমৈ কপু জন শীদপথিং, কপুই জন শাহেমলু কাওরে। কপুই কপুখো কলোং (চরোই চকোংলোং) কায়লোংখৌরুই লুঙথাউ তুংঙে শাএ। থঙ্গালতা রোংমৈরুই কাওনামৈ কজনচংথো মাওকাইথম কাওরে। কমৈরুই গনলাও বমলৌ কপু রা বাইজাইতিনা, কপুই মায়পুইনরুই থঙ্গালতা (কাইথমতা) মক্লোং থাওকনে। গান চবোন ওপংপুথৌ মৈকাইলনতো শাংনাক থংনী লমবাইতা কবু কচৈ থায়এ তুরে। কমৈরুই হৈন্নুম্না শাশিমাইনা থাওতিনা থংনা মায়পুই নাও ওনা বনতিপুই জাংরুই কায়লোংমৈরুই কমিতা মরা কদোয়এ। কমৈরুই গায়তিনকনি, কায়লোংমৈরুই শিতিনানি, 'কাঙ্গথন' লোংজাও কায়লোং গল্লৌনা তায়-জাংথো পককৈককনে। কমৈরুই পকককমৈ তবুং জাংচো তুমৈ লমখৌ গন্দায়নুনরুই লামৈ পরি কমৈ নায়এ।"

থঙ্গাল জেনারেল অসি তমেংলোং সবডিভিজনগী লোংজাও (মৈতৈনা 'থঙ্গাল' কৌবা) খুন্দা খৃষ্টাব্দ ১৮১৭ তা পোকখি। মহাকপু পোকপা পল্লোংগী মমিংদি শীদপথিং কৌই। মমাগী মমিংনা শাহেমলু কৌই। মহাক্কী মমা-মপাদি কলোং (মৈতৈনা চরোই চকোংলোং কৌবা) খুন্দা পাম্লকপনি হায়। থঙ্গালবু রোংমৈনা কৌনবা মিংদি মাইকাঙ্গথম কৌই। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা মহাকপু পোকপা মপা ঙস্তানা শিখি-বদগী মমা লুখ্রাবীনা কাঙ্গথম (থঙ্গাল) বু য়োকখি। পাথংমচা ওইরকপা

মতমদা মীগী ওক-য়েন অমসুং অতৈ অতৈ শোক্লুই। অদুনা মহাক্না থন্না য়াওনা হৌরকপা অমদি মমা লুখ্রাবীনা য়োক্লকপনা মহাকপু খুনগী মীশিংনা শাকচরকই। মহাক্না ফত্তবনরা নত্রগা খুনগী মীশিংনা ফত্তবদগীরা কাঙ্গৈথম লোংজাও থুল থাদোক্কুনা মৈত্তৈ তম্পাক্তা চেনখি। মহাক্না চেনখিবা অসি করি মরমদগীনো হায়বগ অহল-লমনশিংনা লাইরিক্না রারা অনিথক লৈ।

"রৈমৈ পরিখো :— কাঙ্গৈথমলে কপাম্ম অথংলে কনৈরুই দুঙ্গায়মৈকাই অথংক্রম জু হৌভুরে তুরে। জুথৈ ভৌবংখো ফুংকৈনা চুঙ্গপাংখো শোংনা তুথং শবমখো কমড্রুই লাইজোননে তুরে। কপমৈম্পুত্তেখো পিংনা পকরৈকথে। তুকি, কমৈখো গনলাইতৈ গম্লোহনকনা দুংনা পককনে। হৈমৈ জু হৌভুপুইজাং কায়লোংখো লংনায় পংথে। কমৈখো পিংনা কায় গংদংমকথে। কপুই মাইপুইতা কায়লোঙ্মৈরুই স্কৎ থপও শাকনে। লুংশিনা স্কং তিথং লমনাইমকনা, কাঙ্গৈথম-পুই জুপৌ কাইখো বং বাইলোকনে। কতংখৌ কমৈতা শুবুংনৈখো জোনলোদংকনে; কাঙ্গৈথম-পুই শাহেমলু বং শুনা জেনরা লেনরানা, কনা ওাও হৌত্তৌদংমকনা শুবুং কায়লোংখো থৈজোকনে।"

অহানবা রারা :—কাঙ্গৈথমগা মহাক্না নরাপ অমগা লোইননা ইনাক খুনবা নিপা অমগী হামেং হুরান্দুনা চারমই। হামেং অড পুহুনা চংং হন্নৌ লোক মপান্দা থোংহুনা চাগে তৌরিডৈ ওকয়াদা কৈ অমনা তান্নে হায়। মহাক্তী নরাপ অহুদি কীরহুনা হান্ননা চেনখ্রে। অহুবু মহাক্তি শা থোংলম্বা চফু অহু থাদোক্কনা পুহুনা চংখি হায়। চাক্লরিবা হামেং অহুগী মরমদা খুনদদি রা চাওনা থোক্তুনা লৈরে। মহাক্তি কীহনা মখুনদা হুক্কত্রে। মহাক্তী মমা লুখ্রাবীবু খুন্না রা কোংডু হায়খি। লাইরবদগী রাকাংগদবা করিস্ নৈজব্রহুনা মহাক্তী মমা লুখ্রাবী অসি হামেং মপু ইনাকখুনবা ইমুংদা মীনাগ ওইখি। মতুংদা মহাকপু শুবুং হায়বা খুঙ্গ অহুদা য়োম্হোকথরে। মহাক্তী মমা শাহেমলু হায়বী অহু খুন অত্রদা কনা অমগী মীরা মীপাও তাদনা শিখ্রে।

"পরি খংরুই :—লোংজাঙ্ কায়লোংখো শুবুংমৈখং থনলোমৈ তূনা অখৎতা কাঙ্গখম রুই কশেত্তিনা, কপুইতা শুবুংমৈরুই গংনা রাই-রা কন্নে। কমৈথো তায় পক্কেকথে তুরে।"

অনিগুবা রারী :— লোংজাঙ্ থুন্দা শুবুং থুনগী মীগী লৈশাবী অমা হায়-রম্বা অত্থুবু কাঙ্গখন্না চেনখি। মরম অসিদগী মমা লুথ্রাবীবু অরাবা পিখি।

'হৈমৈ খমমৈ পরিহৈ লুমদেং মকগে। তবুইজাংরুই তুকি, কাঙ্গখম-রুই জাং কৈখোনৌ দোংকৈমকগে। হৈকুমকি, কপুইতা জু-জাংনি জাংনি শুবুংমৈনোরুই মনানা শুমৈথো থায়থে। হৈকুমপুইজাংতৈ, থঙ্গাল-রুই কবম দায়গংদংখো শুবুংমৈতা পৈনা লেনরামৈ তিকনে তুরে।"

মহাক্তি তম্পাক্তা চেনখরে। অকোনবগী রারী অসি ময়াম্না থাজবা রাৎনৈ। মরমদি কাঙ্গখন্না তম্পাক কুম্নকপদা হুপী অহু য়াওরক্তে। অত্থুবু হুপীগী মরমদসু ওইসন্থু, হামেংগী মরমদসু ওইসন্থু, মমাবু শুবুংগী মীনা থীনা তৌখি হায়বদি খঙনরে। মরম অসিদগী থঙ্গালনা ফম চাওরবা মতমদা শুবুং থুনবু অরাবা পিত্থনা ওৎ-নৈখি।

"থঙ্গালহৈ লোঙ্জাং, কায়লোং গনলোত্থনা তায় কৈথে তায়-খং জম তান তানমৈ কবম নাইমৈ গানখৎপুকাইখো, কমৈহৈ তান তনীকনা লুংথাওকনে। কগনথৈ লাইনা, কনিংতিং নাইমৈ খৎনী কতান কলোই গায়মৈতে হোলোখোরুই কমৈতা পৈনা নীংকুংনা মকোৎ লোকনে। কতংখো কমৈতনা হিন্দু ধর্ম্ম তিলানা তায় তিগোনকথে। তায় বাই-থোরুই 'কাংঙাবম' য়ুন্নাকতৈ থঙ্গাল জম কাইথোং শুনা লালোথে। অশৈ ঙন্না চিংমৈরুই তায় গোনমৈ পৈনা নাইদে। তায় গোনখো কজন খৎনী খোংজীন তায়মৈজন থোল্লোনাএ। থঙ্গালতা মকোৎমৈপুরুই কমৈরুই ফুংলোমৈ খং-জম তানবমতৈ থঙ্গালখো তিলোকলে।"

থঙ্গাল অসি লোংজাঙ থুল থাদোক্তুনা মৈতৈ তম্পাক্তা কুমখি অমসুং নিংথৌগী ফম্নাইবা অমগী ময়ুমদা থবক তৌত্থনা লৈখি। মতমগী মতুং ইন্না মরৌশিং অমদি শু-নোম্বা কনবা মরমদগী মুপু অত্থনা লুনা-চান্না

থমখি। মতুংদা হিন্দু ধর্ম্ম লৌহুনা মৈতৈ ওনখি। মৈতৈ ওনবদগী মহাক্কী য়ুম্নাকম্ তু কাংঙবম ওনখি। ঙসি ক্ন্‌াওবদা চৗংগী মীশিংনা মৈতৈ ওনবসি য়াম্না উরি। মৈতৈ ওনবদা মহাক্কী মখিং অমম্মুং য়ুম্নাক ওনখি। থঙ্গালবু য়োকপিবা নিপা অহুনা শিরমদাইদা মহাকপু নিংথৌগী কম্নাইবা ওইহনখি।

অধ্যাপক গংমুমৈনা থঙ্গাল অসি রোংমৈনি, মতুংদা মৈতৈ ওনখিবনি হায়বা রাফম অসিনি মথক্কা উৎনিংলিবা। অহ্রবু শ্রীএন, খেলচন্দ্র সিংহগা মহাক্কা অনি পুল্লগা "Dictionary of National Biography" কৌবা লাইরিক্কা থঙ্গাল জেনরেলগী অশম্বা জীবনী ইরিবা অহুদদি নাগা জাৎ খরনদি থঙ্গাল অসি নাগাদগী মৈতৈ ওনখিবনি হায়না দাবী তৌই, মণিপুরী পণ্ডিতশিংনদি মণিপুরী (মৈতৈ)নি হায়রি, অম্মুন হায়না ইরি—"Though some of the Naga tribes of Manipur claim that he was originally a Naga converted to Hinduism and absorbed into Manipuri ( Meitei ) community. Manipuri scholars assert that Thangal was a Manipuri." *

মথংদা থঙ্গাল শুরুংগী চৗংমী কাংবু অমনা থঙ্গাল জেনরেলবু থঙ্গাল শুরুংদা পোকপনি, থঙ্গালনি হায়রিবা রাফম অনি লৌখৎচরি। ঐহাক্না মণিপুর অরাং জিলাগী সদর হিলস ইষ্ট সব-ডিভিসনগী সব-ডিভিসনেল অফিসার/ব্লক ডিভেলপমেণ্ট অফিসার ওইহুনা সব-ডিভিসন অসিগী হেড কার্টরস্ সাইকুলদা লৈরিঙৈদা থঙ্গাল শুরুংদা টুর চৎপদা থঙ্গাল শুরুংগী খুল্লাকপা শ্রীঅবুং অমম্মুং খুল অহুগী অহল-লমনশিংগা রারী শানবা মতাংদা মথোয়না কন্না থাজবদি থঙ্গাল জেনরেল অসি মখোয়গী থঙ্গাল শুরুং হায়রিবা চৗংগী খুল অসিদা পোকপনি,

* Dr. S. P. Sen : Dictionary of National Biography ( Calcutta 1974 ) Vol. IV, P. 343.

মহাকপু পোকপা মপাগী মমিংনা সন্নাইঙম কৌই, মমাগী মমিংনা অংখালা কৌই, মমিংনা লুংথৌবু কৌই। মণিপুর নিংথৌনা থঙ্গাল খুন্দা লেংলকপদা মহাক্কী মীওই-মীতৌ, শাওং শাদা অমস্তুং হৈকং-লৈকং ফজবা উবদা নিংথৌনা খুল্লাকপগী মনাও নিপাগী মচানিপা 'লুংথৌ' (থঙ্গাল) অসিবু মপল থঙ্গাল খুল্লাকপগী মফমদগী নিহুনা থেমহুনা পুখি। লুংথৌবুনা চৎলমদাইদা মমা অংখালানা মচা খায়নবগী থম্মোই শোক্লা কপখিবা ঈশৈ অহু হৌজিক ফাওবা কাউনদনা থঙ্গাল গুরুংদা শক্লরি। ঈশৈ অহু থঙ্গালগী লোন্দা শকপনি—

> "Anka Kalong Katong long
> Anda Kabon Kapin ram,
> Hi tau anao ayo nou ,
> Chahou gai Kapok yang ;
> Anthim anta bu chi nang tha nou bi,
> Lungthoubu pui Angkhala ni
> Kagui mang andan kaha yang bu ;
> Gale galebi Kagui Kan ran gui yang,
> Angham Kadei ambam."

ঈশৈ অসিদা হায়রি—থঙ্গাল চীং অতোংবা লম, লৈপাক শোগৎপা সনা লৈবাক, হুংশিদা ইচা হুংশিবা পোকপগীদমক, ইচা লুংথৌবু নং নতোমদরা লুংথৌবু মমা অংখালানা অকবা মং মংলুবগীদমক চৎলম্রা চৎলম্রা অকবা পাউ পুরক্লবগীদমক তম্পাক অচৌবা লমদা।

থঙ্গাল গুরুংগী মীশিংনা থঙ্গালবু মণিপুরগী নোংচুপ জিলাগী রোংমৈ হায়বা চীংমীগী কাংবুনি হায়বা রাক্ষম অসি শুকয়া য়ানিংদে।

T. C. Hodson না ইবা "The Meitheis" কৌবা লাইরিক্কী রাহৌদোক্তা M. Horam (Tangkkul) না থঙ্গাল জেনরেলবু "Naga General Thangal" হায়না ইরি হায়বসি মথক্তা পনজথে।

ভারত লোক সভাগী সদস্য ওইবিরম্বা শ্রীলাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহনা 'থঙ্গাল জেনেরেল চীংমীরা ?' হায়বা প্রবন্ধ অমা ইবিখি। মসিদগীসু থরগী মথৈ কান্নবা ফংবিগনি খঞ্জতুনা মতুমক মথাদা হোত্তজরি—

## থঙ্গাল জেনরেল চীংমীরা ?

"আগষ্ট তাং ১৩।৮।৭৬ ইংগী সহিদ দিবস পালন তৌমিত্তা বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা সরকারনা শিনবা থৌরম অমদা মাননীয় চিফ মিনিষ্টর সাহেব রাজকুমার দরেন্দ্র সিংহনা অথোয়বা অতিথি ওইবিখি। অতুগা মাননীয় অধ্যক্ষ চন্দ্রমণি সিংহনা সভাপতিগী তাংবল লৌবীখি। লৈবাক অসিদা মচিন তোংবা অঙম অথৌ মন্ত্রী অমসুং সরকারগী মকোক থোংবা ফম্নাই তুনাইবা অমসুং মরৈবাক নীংজবা মীচম প্রজা মী য়াম্না তিল্লবা চিংলেম্বা সভা অসিদা মাননীয় চিফ মিনিষ্টর সাহেবনা মরীক চুমলবা ভাষণ অমা পীবীখি। ভাষণ অসিদা চিফ মিনিষ্টর সাহেবনা অসুম্না হায়বিখি। মণিপুরগী মনিং মথা তম্বা অসি চীংতম অনিগী প্রজানা ঙাকতুনা লাকলীবনি অমসুং মতু ঙাক্লবগীদমক থৌনা ফবা সহিদ কয়াগী মথরাই বলিদান কৎখ্রবনি অমসুং মতুংদসু চীংতম অনিগী প্রজানা লৈবাক অসিগী হায়বদি রাজ্য অসিগী চাওখৎনবগীদমক য়াম্না কন্না লিংজেন মান্ননা হোৎনগদবনি। য়াম্না ফজখ্রবা অরাংবা আদর্শনা থল্লবা ভাষণনি অতুবু অরাবদি, মথা তারকপদা ঐহাক অমসুং তিল্লিবা প্রজাশিংগী মক্কমদা থরা মমনা অমসুং ঙকনা থোকপা ব্রাকম অমা য়াওখি। চিফ মিনিষ্টর সাহেবনা হায়বিখি :—তমগী অথৌবা বীর টিকেন্দ্রজিৎ সিংহ অমসুং চীংগী অথৌবা বীর থঙ্গাল জেনরেল অনিনা বৃটিশ সাম্রাজ্যগী মায়োক্তা লেপ্তূনা মণিপুর কন্নবা লান থেংনখি। বৃটিশ সাম্রাজ্যগী মথক্তা অমসুং মহারাণী ভিক্টোরিয়াগী মর্থক্তা লাল হৌই হায়বগীদমক

**তমমী সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং চীংমী থঙ্গাল জেনরেল অনিবু ঙসিগী নুমিৎ অসিদা মকম অসিমকতদা ফাঁসি তৌখি।**

চীফ মিনিষ্টর সাহেবনা হেড অফ দি গবর্ণমেণ্ট ওইনা অতুগী মথক্তা চীফ গেষ্ট ওইনা অফিসিয়েল ফংসন অসিদা থঙ্গাল জেনরেলবু চীংমী অমনি হায়না লাউথোকখিবা অসি য়াম্না লুম্বা অমসুং মরু ওইবা লাউথোকপা অমনি। থঙ্গাল জেনরেলবু চীংমীনি হায়না ওফিসিয়েল এনাউন্সমেণ্ট অমা পীবসি ঐহাক্না ফংজবা কাওবদদি মসিনা অহানবনি হায়না লৌই। ঐখোয়না ঙসি ফাওবদা খঙলকই—থঙ্গাল জেনরেল তম মচানি, মহাক্কী শাগৈনা কাঙবমনি। মহাক্কী মচামক চৈরাপ পঞ্চায়দা মেম্বর ওইরমই। মসিসু ইতিহাসগী মচাক ওইনা লাকই। থঙ্গাল জেনরেলবু চীংমীনি হায়বা অসি করিগুম্বা ইতিহাসগী শরুক অমত্তদা থেংনদ্রি। অনৌবা ইতিহাসকারশিংনা করিগুম্বা অনৌবা অমা পুথোকলবসু য়াম্না কুপ্না নৈনবগী দরকারনি। মসিদা সরকারগী ওইবা ওফিসিয়েল জজমেণ্ট পীবা য়াম্না থুমনবা থোক্কনি। রাফম অসি নৈনবনা চৌং অমসুং তম অনিবু য়ামনা তোঙান তোঙান খায়দোক্লিংবা রাফমলোমদা পুখিগদ্রা হায়বগীসু অকিবা পোকই। অতুবু ইতিহাসতি মীনম্বা য়াদে, অচুম্বা থিগদবনি। মণিপুর হায়বা লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীওইশিং অসি আর্য্য নত্তে, টিবেটো বর্ম্মন গ্রুপনি। আর্য্য য়াওরবসু খরা য়ানশিনখিবনি, মণিপুরদা লৈরিবা মীশিং অসিদি চীংগী কাংবুগা হোরকফম নক্নে। অসুমনা মৈতৈ অমসুং চীংমীশিং অসি জেনরেলাইজ তৌনা চীফ মিনিষ্টরনা হায়বিবা ওইরবদি ইতিহাসকী তাঙ্কক্তগী পংলাপ লাপ্তে হায়না লৌবা য়াই। অতু নত্তনা চীংমী অমসুং তমমী অনি থোক্না থমলগা বীর টিকেন্দ্রজিৎপু তমমীনি অমসুং থঙ্গাল জেনরেলবু চীংমীনি হায়বসি ঐখোয়না ঙসি ফাওবদা খঙলকলিবা ইতিহাসতগী খর হায়দোকনা চৎখে।

রাকম অসিগীদমকময়েক শেংনা প্রজাগী মোত অমা লেপ্পা মতম ওইরে। চীফ মিনিষ্টর সাহেবকী মিৎয়েং অমসুং রাখলসু চিংশিনজরি।" *

"জেনরেল অসি পোক্তিৈঙদগী মৈতৈ ওইরে হায়রবদি মহাক মৈতৈ ওইনা পোকপনি, পোকপা লোইরগা মৈতৈ ওইবা নত্তে।" রাকম অসি শ্রীরাহেংবম গৌরচন্দ্র সিংহ বি, এ-না ইবা "মণিপুরগী অরোইবা লাল" (১৯৭১ ইং) কৌবা লাইরিক্তা থঙ্গালগী মরমদা মহাক্কী মত পিরি। মত অসিবু শোগৎতুনা মহাক্না হায়রি—"মিং অসিদগী মহাকপু চিংশিনগদবগী মহাকপু হুংশিদবা কাংবুনা তৌবা অমসুং মহাকপু হাও ওইহঞ্জনিংতুনা তৌবা ওইরবদি অতৈগীসু হায়নিং-ঙাই য়ামনা লৈ। টিকেন্দ্রজিৎকী মমিং 'কোইরেং' সু কৌই। মহাকসু "কোইরেং হাও" ওইবা তারি। মেজর চোংথাসু "চোংথা মিয়া" কৌই, অতুনা মহাকসু 'পাঙল' ওইহনবা তাগদৌরি। অতুগী মথক্তা 'মরিং' কৌবা মী কুম্বাবদসু য়াওরি, নিপা অতু মরিং হাওনি লৌবা তারি। অসিদা নত্তনা 'তাংখুল', 'খোংজাই', 'কবুই' 'হুমে' কৌবসু লৈরি। মখোয়সু মমিং মমিংগী জাৎ অতু ওইহনবা তারি। থঙ্গাল হাওদগী ওল্লকই, ওল্লক্তে খুদম নিংথিনা পীতুনা প্রমাণ তৌরগা হাও ওইরম্লবসু ওইজসনু, মতুনা কাইবা করিসু লৈতে। মৈতৈ মরক্তা হাওগী শরুকসু য়াওখ্রবনি, অওইবতু পাম্বগী রাতনি।" মহাক্না মথাসু অমুম্না তারি—"থঙ্গাল খুল অমরোমদা নত্রগা অমরোমদা মহাক্কী পোক্ক-ফম ওইহন্দুনা অকনবা, অশিংবা, অচোবা নিপা অসিবু মখোয়গী কাংবুগী মী ওইতুনা অতু য়োখিবনি হায়বা য়ানবদা হোৎনবা য়াবগী মওং মাল্লি খনবদা লানগনি নিংদে। মৈতৈ ওজ্রিঙৈগী মমিং ফাওবা থোন্দুনা (মাওকাইথম) কনশিন্নবা লাক্করি। চহি ১৫৩/৪গী মমাংগী করম্বা মুত্তবা ময়েক হৌজিক ফাওবা মুত্তনা লৈতনা অমুক লাইনা খুদম ওই-হল্লিবনো হায়বা রাকম অসি অমুক্তংগা তিন য়োথতুনা খনবনা চুম্মি।"

* পাওজেল—১৯৭৬ ইংগী আগষ্টগী তাং ২০ গী চেফোঙ।

Col. L. W. Shakespear, C. B., C. I. E. নদি অথোরিটি তশেংনমক থঙ্ ব্রবস্থ থঙ্গাল জেনরেলবু 34th N. I. Mutineer শিংগী মধুংদা চেন্নকপা অমম্বুং লৈবাক অসিদা থবক তৌহুনা লৈখিবা অমনি হায়নৈ হায়রি—"It is said, though the authority is not definite, that the Thangal General, an old man who with the Senapati was hanged for the Manipur Rebellion in 1891, was one of the 34th N. I. mutineers who escaped and took service in that State." *

শ্রীগিরীশচন্দ্র চৌধুরী বি, এল-না মহাক্কী "মণিপুর যুদ্ধ" কৌবা লাইরিক্তা ইরি—থঙ্গালগী অশেংবা মমিং অমস্থুং মরী-মথোং ফংদে। ইংরাজী লাইরিক ইবা খরনা মহাকপু নাগানি হায়না ইরি তৌইগুম্বম্বুং মতু ভাবনা শাবা রানি। থাঙ্গেশেংবদি থঙ্গাল নাগা নত্তে। হায়নবা অমা লৈ, রাজা জয়সিংহগী মতমদা আসামগী লালহৌবা মোয়ামরীয়া খরা মণিপুরদা চংজফম থিরকথি অমস্থুং মফম অসিদা লুহোং-খোং-দোংহুনা মণিপুরী ( মৈতৈ ) ওইখি। থঙ্গাল অসিগুম্বা লালহৌবা অমগী মচানি, মপাগা লোয়ননা মণিপুরদা চংলক্তুনা লৈখিবনি। মহাক্না ইবা লাইরিক অসিদগী মতাং অসি লৌখৎচরি—

"থঙ্গালর প্রকৃত নাম আরু পরিচয় পোরা নেযায়। ইংরাজ লিখক কিছুমানে এওঁক নগা বুলি লিখিছে কিন্তু সেইটো অনুমানর কথাহে। প্রকৃতপক্ষে থঙ্গাল নগা নাছিল। এটা প্রবাদ আছে, রজা জয়সিংহর দিনত অসমর বিদ্রোহী মোয়ামরীয়া কিছুমানে মণিপুরত গৈ আশ্রয় লয় আরু তাতে বিয়া বাক করাই মণিপুরী হৈ যায়। থঙ্গাল হেনো তেনে-কুরা বিদ্রোহীর সন্তান, পিতাকর লগত মণিপুরত আশ্রয় লৈছিল।" * *

Capt. E. W. Dun, B. S. C. না মহাক্কী "Abridged Gazetteer of Manipur" কৌবা লাইরিক্তা হৌজিক্কী প্রাইম

---

* Col. L. W. Shakespear C. B., C. I. E. : History of the Assam Rifles ( London, 1929 ), P. 64.

* * গিরীশচন্দ্র চৌধুরী বি, এল : মণিপুর যুদ্ধ ( বরপেটা, ১৯৬৭ ) পৃঃ ৫৪

মিনিষ্টর অহুগা লৈবাক অসিগী নিংথৌঙম্বা অঙম্বা থঙ্গাল মেজর হন্থবা জাৎতা পোকপনি অমসুং বাঙ্গালী সনাশাবা অমগী মচা-মগুনি হায়না অস্থম্না ইরি—"The present prime minister and vertical ruler of the State, Thangal Major .. ... ... is by birth low caste and descendant of Bengali goldsmith." *

মণিপুরগী মহারাজ কুলচন্দ্র ধ্বজ সিংহ অমসুং যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহগী মমা ইবেম্মশিং, মচল-মচেমসিজশিং, রাণীশিং, মজাইবুংঙোশিং, মজাইবেম্মশিং, মরি-মতাশিং, মচা মনাইশিং অমসুং প্রজাশিংনা ১৮৯১ ইংগী জুনগী তাং ২৬ তা ভারতকী ভাইসরয় অমসুং গবর্ণর-জেনরেলদা থাখিবা দরখাস্তদা থঙ্গাল জেনরেল আসামী সোনারী অমনা মৈতৈ নুপী লৌহনা পোকপনি অস্থম্না হায়রি:—

"About two years ago General Balaram Singh died, but Thangal aged about 90 years and an old "grand father" is still alive. He is born of a most humble family, having been born of a Manipuri woman kept by an Assamese Sonari." * *

আসামগী মমিং চৎলবা ঐতিহাসিক শ্রীবেনুধর শর্মানা মহাক্কা লাইরিক "দূরবীণ" গী "যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ সিংহ সেনাপতি" কৌবা রারেংদা থঙ্গাল জেনরেলবু 'ব্রাহ্মণ রাজমন্ত্রী ঠেঙাল জেনরেল' হায়না ইরি অমসুং ব্রাহ্মণনি অস্থম্না হায়রি—

"৭ মে তারিখর পরা বিজুলী ছাতির দরে, ইজনর পাছত সিজনকৈ মণিপুরী বীর সকলক বৃটিশর পিঞ্জারত আবদ্ধ করি অনা হল। পোনেই বন্দী করা হ'ল বৃদ্ধ ব্রাহ্মণ রাজমন্ত্রী ঠেঙাল জেনরেলক।"

* Capt. E W. Dun, B. S. C. Abridged Gazetteer of Manipur (Simla, 1891 ), p. 28

* * Dr. R. C. Majumdar : Rebellion n Manipur, 1891 ( Indian Historical Records Commission Proceedings, Vol. XXXV, Part II, New Delhi, February, 1960 )

গম্ভীরসিংহ মহারাজনা চীংদা থঙ্গাল থুন্দা লাল চংপদা থঙ্গাল জেনরেলসু য়াম্না অঙাং ওইনা সনা থোগল ইল্লমই। লাল ভম্নকই। থোদোক অত্থু কাউদনবা হায়দুনা মহারাজনা মহাকপু থঙ্গাল হায়বা মিং অসি থোনখিবনি। মতাং অসি মথক্তসু পনজথ্রে। মতাং অসিগী মরী লৈননা হায়নিংবদি থঙ্গাল জেনরেলনা মহাকথক্তা মৈতৈ ওল্লকপনি হায়না চীংমী কাঙলুপশিংনা মুন্নরিবা অসি সার জেমস্ জনষ্টোন সাহেবনা থঙ্গাল জেনরেলগী মথুরানা—চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজবু পোকপা মপাবুং গম্ভীরসিংহনা অঙাং ওইরিঙৈদা ময়াম্বুং মারজিৎনা মরী-মতা পুম্নমকপু হাৎনবা থোরাং তৌরক্লবদা গম্ভীরসিংহগী মথরাই কনখি হায়বা রাক্ষম অসি করম তৌবা তারি? জনষ্টোন সাহেবনা মতাং অসি অস্থুম্না ইরি—

"Thangal Major was a remarkable character, and had a chequered history. His uncle had saved the life of Rajah Ghumbeer Singh (Chandra Kirtee Singh's father), then a child, when other brother Marjeet attempted the murder of all his relations. Thangal Major was one of the props of the throne when Ghumbeer Singh ascended it. He had been introduced at Court at an early age and accompanied in an expedition against the village of Thangal inhabited by a tribe of Nagas. He was given the name Thangal in memory of the event." *

মণিপুরদা ফোঙখিবা ইংরেজীগী থাখাযগী চেফোঙ "Cyclone" (A Dynamic fortnightly of Noth East of India) গী Vol I, No. 8, 1975 গী সেপ্টেম্বর তাং ২৭ কী মশীঙদা থঙ্গাল জেনরেলগী মতাংদা থঙ্গাল জেনরেল অসি মৈতৈগী কাংঙবম শাগৈদা পোকপনি

* Major General Sir James Johnstone, K. C. S, I, : My Experiences in Manipur and the Naga Hills (London, 1896). P. 74-75,

অয়াম্বনা লান্না লৌনবা নাগাদগী হৌরকপনি হায়বা অসি ওইথোক-তবনি হায়না অস্থন্না ইরি—"He (Thangal General) bellonged to the Kangabam family of the Meiteis and he was never a Naga in origin as undrstood by many."

## ২ পোকপা অমস্থুং শাওং-শাদা অনি

থঙ্গাল জেনরেলনা পোকখিবা চহি অসিস্থু চয়েৎনরি। Major General Sir James Johnstone, K. C. S. I. না মহাক্কী "My Experiences in Manipur and the Naga Hills" কৌবা লাইরিক্তা থঙ্গাল জেনরেল ১৮১৭ ইংদা পোকপনি হায়না অস্থন্না ইরি—"The old man, he was then sixty, having been born in 1817." *

Dr. S. P. Sen না সম্পাদক ওইদুনা ১৯৭৪ ইংদা কলিকাতাদা ফোঙবা 'Dictoinary of National Biography' কৌবা লাইরিক্তা গংমুমৈ কবুই অমস্থুং শ্রীএন, খেলচন্দ্র সিংহনা পুন্না Thangal (Major) গী অশন্বা জীবনী ইবদা পোকপা চহী অসি ১৮১৭ ইংনি হায়না ইরি। অদুগা অমুক শ্রীএন, খেলচন্দ্র সিংহনা কলচরেল ফোরমনা থা ৩/৩দা ফোঙবা "ঋতু" গী ১৯৭৫ ইংগী ৫৮ শুবা চেফোঙদা ফোঙখিবা থঙ্গাল জেনরেল হায়বা রারেং অদুদদি "জেনরেল অসি খৃঃ ১৮১৭ তা পোকই হায়না জনষ্টোন সাহেবনা ইরম্লিবসি কদায় ফাওবা চুম্বগে হায়না খন্ন-নিঙাইনি" হায়না চিংনরপ ইরি। †

* Major General Sir James Jahnstone. K. C. S I, : My Experiences in Manipur and the Naga Hills (London, 1896), P. 77

† ঋতু ৫৮ শুবা চেফোঙ, (১৬ শুবা চহী, ৭ শুবা ভোল্যুম, ৬ শুবা মশীঙ,) ১ জুলাই, ১৯৭৫ ইং—শ্রীএন, খেলচন্দ্র সিংহ—থঙ্গাল জেনরেল।

লেফটেনেন্ট পি, আর, গর্ডন, এসিষ্ট্যাণ্ট কমিশনরনা ১৮৯১ ইংগী মে থাদা আসামগী চিফ কমিশনরদা চিঠি ইবদা থঙ্গাল জেনরেল চহী মরিফু শুরে হায়না পল্লি—

"Thangal Major being 80 years of age, it could not be expected that he could be able to hold his post much longer." *

আসামগী চিফ কমিশনরগী সেক্রেটরীনা ইণ্ডিয়া গবর্ণমেণ্টকী সেক্রেটরীদা ১৮৯১ ইংগী এপ্রিলগী তাং ১১ দা থাখিবা টেলিগ্রাম অহূদস্থু থঙ্গাল জেনরেল চহী ৮০ রোম শুরে হায়না অসুম্না ইরমই—

"Thangal General—very old, about 80 years of age, fair complexion, short and stoutish, hair quite white, very much bent." †

Mrs Ethel St. Clair Grimwood না লেংবা "My Three Years in Manipur and Escape from the Recent Mutinee" কৌবা লাইরিক্তা থঙ্গাল জেনরেলগী চহী অসি ৭০ দগী ৮০ দা নকশিল্লে হায়না অসুম্না ইরমই—

"He was an old man nearer eighty than seventy, I should think, taller than the average Manipuri and marvellously active for his age." ‡

বৃটিশনা মণিপুর লৌশিল্লবদা বৃটিশ সরকারনা থঙ্গাল জেনরেলবু ফারকপা ভুম্বা মাশক্তা লুপা ২০০০ পিগনি হায়না লাওথোকপদা থঙ্গাল জেনরেলগী মীওই-মীচৌ থাবদা চহী ৮০ রোম শুরে হায়রমই—
"Description—Age about 80." ||

---

* Assam Secretariat Foreign A Progs, Sept. 1891, No. 335

† Ibid, No. 187

‡ Mrs. Ethel St Clair Grimwood : My Three Years in Manipur and Escape from the Recent Mutinee ( London, 1891 ) P. 85

|| English Translation of the Proclamation from the Chief Secretary to the Chief Commissioner of Burma to Foreign Secretary,

থঙ্গাল জেনরেলগী চহীনা ১৮৯১ ইংদা ৮০ শুবা তারবদি জেনরেল অসি ১৮১১ ইংদা পোকপা তাই। মহারাজ কুলচন্দ্র ধ্বজ সিংহ অমসুং যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মমা ইবেম্মশিং, মচন-মচেমশিং, রাণীশিং, মজাইবুংঙোশিং, মজাইবেম্মশিং, মচা-মনাইশিং অমসুং প্রজাশিংনা ভারতকী ভাইসরয় অমসুং গবর্ণর-জেনরেলদা ১৮৯১ ইংগী জুনগী তাং ২৬ তা থাখিবা দরখাস্তদা থঙ্গাল জেনরেল চহী ৯০ শুরে হায়না অসুম্না ইরি—"About two years ago General Balaram Singh died, but Thangal aged about 90 years and an old "grand father" is still alive"* মসিগী মতুং ইল্লবদি থঙ্গাল জেনরেলনা পোকপা চহী অসি খৃষ্টাব্দ ১৮০১ ওইবা তাই।

মণিপুরগী চিফ পলিটিকেল অফিসর এইচ, ম্যাক্সওয়েলগী কোর্টতা তৌখিবা বিচারদা থঙ্গাল জেনরেল চহী ৮৫ শুরে হায়না ইরি—"Statement of accused Tangal Sing alias Tangal General, son of Khettri Sing Manipuri, of village Angom Leikai, aged *85* years" †

অসিগীসু মথক্তা থঙ্গাল জেনরেলনা ১৮৯১ ইংগী জুনগী তাং ১৮ দা ভারতকী ভাইসরয় অমসুং গবর্ণর-জেনরেলদা ফাঁসিগী হুকুমগী মায়োক্তা মেমোরিয়েল অমা থাখি, মতুদসু চহী ৮৫ শুরে হায়রমই—"Your memorialist is now 85 years of age, suffering

Govt. of India, Foreign Deptt, dated Rangoon, the 11th April, 1891—Correspondence relating to Manipur ( London, 1891 ), No. 3 P. 11

* Dr. R. C. Majumdar : Rebellion in Manipur ( Indian Historical Records Commission Proceedings, Vol. XXXV, Part II, New Delhi, February, 1960

† Empress Vs Thangal General.

from illness, become short sighted and deaf living in jail for over a month." *

থঙ্গাল জেনরেল মশামক্না ইহুনা পিবা চেরোলদা মশাগী চহী ৮৫ শুরে হায়রবনিনা মহাক ১৮০৬ ইংদা পোকপনি হায়না লৌবদা করিগুম্বা অমতা চিংনবিভাই লৈতে। মীনা হায়বগা মশানা হায়বগা মশানা হায়বনা চুম্বা হায়বসি য়েংনবিভাই লৈত্রবনি। Ministry of Education, Govt. of India, New Delhi না ১৯৬৯ ইংদা Dr. P. N. Chopra না Chief Editor ওইহুনা কোঙখিবা "Who's Who of Indian Martyres, Vol. I" দা "Thangal ( General ) : b. 1806 at v. Thangal, Imphal, Manipur" † হায়না ইরি। চহি অসি অচুম্বনি হায়না লৌবদা করি চিংনবিংভাই লৈ?

থঙ্গাল জেনরেল নিংথৌরোন মরি সনা থৌগল ফংখিবা শীংথানরবা অথৌবা অমনি—মহাক্না মথংশিংনা গম্ভীরসিংহ মহারাজ, চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ, সুরচন্দ্র মহারাজ অমসুং কুলচন্দ্রধ্বজ মহারাজ হায়রিবা নিংথৌ মরি অসিগী সনা থৌগল তৌখি।

জেনরেল অসিবু পোকপা মপাগী মমিং কাংভবম ক্ষেত্রিসিং কৌই। মহাক ইম্ফালগী রাংথৈ অঙোম লৈকাইদা লৈরমই।

কলিকাতাদা কোঙবা "Dictionary of National Biography' ( 1974 ) কৌবা লাইরিক্কী Vol. IV গী লমাই ৩৪৩ দা থঙ্গাল জেনরেলগী অপোকপগী মমিং কাংভবম যাত্রা সিংহ কৌই হায়না অস্নুম্না ইরি--"His father's name was Kangabam Jatra Singh." থঙ্গাল জেনরেলগী মপাগী মমিং কাংভবম ক্ষেত্রি কৌই হায়বা ঐথোয়

* Memorial of General Thangal Singh dated 18th June, 1891 submitted to His Exceelency the Viceroy and Governor-General of India, Simla ( Foreign Deptt. Secret E. Pros. September, 1891, No. 73)

† Dr. P. N. Chopra : Who's Who of Indian Martyres, Vol. I ( New Delhi, 1969 ), P. 342

থঙই, যাত্রা সিংহ কৌই হায়বা অসিদি লাইরিক অসিদা থেংনবা অসি-মঙাইরি। মসি অচুম্বনি হায়না লৌবা ঙমদে।

থঙ্গাল জেনরেলগী মমিং অশেংবদি চিতানন্দ সিংহ কৌই। হায়রিবা মিং অসি হৌজিক ফাওবা জেনরেল অসিগী মচা-মশুশিংনা তর্পণ-নচিংবা কৎপদা শিজিন্নৈ। জেনরেল অসিগী বংশাবলী মথাদা পিজরি—

## থঙ্গাল জেনরেলগী পারি-পুরি

(বংশাবলী)

ঙাংবা
(খাঙেম্বম চনু)

পোংলেন (লাইরেল্লাকপম চনু) — পামশা শোইনাইদে — শাজৌ ঔরাদা লৈপ্রে

পোংলেন → তোমসেন (নিংথৌজম চনু)
পামশা → খারোইঙম্বা

তোমসেন → লক্ষ্যণ (তখেল চনু)

লক্ষ্যণ → লখন (হৈথম চনু); খোঙনেম (১। নিংথৌজম চনু ২। কোংবম চনু)

লখন → নিমাই (অচম্বক শোইনাইদে), হেম, অবুংজাও
খোঙনেম → ভাগ্যসিং (থোকচোম চনু); অতোনজাও

ভাগ্যসিং → ক্ষেত্রি

ক্ষেত্রি
(১। অঙোম চনু খম্বু ২। খোকচোম চনু পুইনু)

হেমসিং — ঈ তাদে
ইন্দ্রমণি — শোই নাইদে
থঙ্গাল (চিতানন্দ) — (শচীপ্রিয়া দেবী)

জেনরেল অসি নিংথৌজা শলাইদা পোকপনি, শাগৈনা কাংঙবমনি, মশামক কাংঙবম শাগৈ অসিগী পিবানি। মৈতৈ যুম্নাক ময়ামগী পিবা মখৈদগী মমিং ইবা "শঙ্গাই ফম্মাং" কৌবা লাইরিক্তা "কাংঙবম তোনসেনগী ঈদি থঙ্গাল মেজোর লাইফম লাকপা ময়ুমনে" হায়না ইরি। জেনরেল অসিবু পোকপা মমা পুইনু দেবী মোইরাং অনৌবা শলাইগী নিঙোন্নি হায়না "কৈফারোন" কৌবা লাইরিক্তা অস্থুম্না ইরি—

"লোনলোই মতাইমা ফয়েং অচনপা হাওরং কৈক্রপোক কাওরেন শনশেনপুং ঙাহুরৌ লৌহুংকোস্তা পানপা শাতা কৈরেন ফাএ। মতাইরেম পলেম মমা কৌপারোন নোংখাম নিংথৌ চনু লিনকোয়কি লোয়ম রাংঙম নাহা থংকান কাংঙাপানা পানপা লাচুমএ, কৈরেন থাঙলেনলে।"

শাওং-শাদা—

থঙ্গাল জেনরেলগী শাওং-শাদা অমসুং কুচু-কুমেনগী মরমদা মহাক মশামক্কা থেংনখিবা মেজর জেনরেল সার জেমস জনষ্টোন-না মহাক অসি নেম্মী, মশা মরুং থাই সাধারণ মণিপুরী অমগী কুচুদগী খরা লৈশিল্লি, মমিৎ থৌই অমসুং মনাতোন হায়রপ তুমই হায়না মহাক্না লেংবা "My Experiences in Manipur and Naga Hills" কৌবা লাইরিক্তা অস্থুম্না ইরি—"In person he ( Thangal ) was short and thickest, darker than the average of

Manipuris, with piercing eyes and rather a prominent nose." *

Mrs. Ethel St. Clair Grimwood ( মণিপুরদা পলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা মিঃ গ্রিমউডকী মেম সাহেব ) না হায়—থঙ্গাল জেনরেল অসি অহল ওইরে, চহী হুফুতরাদগী মরিফু নকশিল্লকলে, সাধারণ মণিপুরী অমনা রাংবদগী মহাক্না হেন্না রাংই, অদুগা চহীগা য়েংনবদা মশা য়াম্না থিংই। "অহল ওইরবা মায়থোং অদু ফজে, অহল ওইবগী মায় অদু ময়ি ময়ি চংলে অমসুং উনশা খুইরে। অমুবা মমিৎ অদু থোই, ভৌরবা পীশুম অদু শুক্রে, মশমসু ভৌরে। মনাভোন অদু তুমই অদুগা থরা কোম্বরপ তোই, মচিনবান ফজে, য়াম্না পুক্নিং থিংজিনবগী মওংনি" হায়না মহাক্না লাইরিক "My Three Years in Manipur and Escape from the Recent Mutiny" দা অস্মুন্না ইরি—

"He ( Thangal ) had a fine old face, much lined and wrinkled with age. He had piercing black eyes, shaggy overhanging white eyebrows, and white hair. His nose was long and slightly hooked, and his mouth was finely cut and very determined." †

থঙ্গাল জেনরেল অরং-অরাক মচু য়াম্না পাম্নমই, গুলাপ মচুগী কৈজোম শেংপা, ইংলিশ প্যাটার্নগী অমুবা কোৎ লিংপা অমসুং গুলাপ মচুগী কোয়েৎ য়েংপা অদুগা কোয়েৎ মতোম্দা উরৈ শাংপা মতমদা উরৈ চরোং অমা থেংপা পামজৈ হায়না Mrs. Ethel St. Clair Grimwood না মহাক্না লাইরিক্তা অস্মুন্না ইরমই—"He was fond of bright colours, and I never remember seeing him in anything but a delicate pink silk dhotee, a dark

* Major General Sir James Johnstone, K. C. S. I. : My Experiences in Manipur and the Naga Hills ( London, 1896 ) P. 75

† Mrs. Ethel St. Clair Grimwood : My Three Years in Manipur and Escape from the Recent Mutiny (London, 1891) P. 85-86.

coat made from a finest-rate English pattern and a pink turban, and when the orchids were in bloom, he seldom appeared without a large spray of some gorgeous hued specimen on the top of his turban."

## ৩ থঙ্গাল জেনরেলগী মতিক-মগুণ অহুম

থঙ্গাল জেনরেল মতিক মগুণ লৈবা, থোৌনা ফবা, মরৈবাক নিংবা অমস্থুং শা-লান্দা থোৌবা নিংথৌ ওম্বা অওম্বনি।

থঙ্গাল নিংথেম পিশক চন্দ্রকীর্ত্তিনা অঙাং ওইনা মমাসিজ কুমুদিনী মহারাণীগা মণিপুর থাদোক্লমতুনা কাছাড়দা চেনখিবা মতাংদা সনা থোৌগল তৌবা য়াওরক্লবনি। ১৮৪৪ ইংগী জানুৱারী থাগী তাং ২৭ মাসগী শুক্লা অষ্টমী থাংজা নুমিৎকী সন্ধ্যাগী মতমদা মন্ত্রীময়ুম নবীন-নচিংবা মী থরনা রিজেন্ট নরসিংহগী হকচাংদা থিকতং শোক্লা থুৎলাই থোকখি। রা অসিগী কীবনা শ্রীযুৎ মহারাজ নিংথেম পিশকস্থ মমাসিজ নিংথৌ পোকপী কুমুদিনীস্থ লোৎখি। * কাছাড় তান্না চেনবদা থঙ্গাল-নচিংবা মনাই-মশলশিংনা থোৌগল তৌখিবা মতাং অসি "নিংথৌ-রোল কূম্বাবা" দা অস্থুন্না ইরি—"মতম অসিদা নিংথৌশেনবা কয়ানা নবীনবু তান্নতুনা থাঙগা কোন্ননা ফারে। অতুগা খুদক অতুমক্তা নবীন তাইবংদগী অতুম খাইনহল্লে। শঙ্গায়দা নরসিংবু মীয়াম্না পুশিল্লতুনা লাইকনরবা মতমদা মমাসিজ কুমুদিনীনা নরসিংনা লাউখিবা খোজেলবু তাইওন্ননা লৌখিবনা নিংথেম পিশকপু ফারো হায়বগুম তাখিবনা

---

* কেপ্তেন গর্ডন পলিটিকেল এজেন্টা রিজেন্ট নরসিংহনা ১৮৪৪ ইংগী জানুৱারীগী তাং ২৮ দা মৈতৈরোন্দা ইখিবা চিঠি—Foreign Deptt. 1844, Political Consultations- 2 March, No-178.

মচা ইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তিবু পুত্থনা কোন্নুংদগী লোম্না চেংম্থাকখরে। চন্দ্রনদী মপান্দা থঙ্গাল, নেপ্রো, পাউশোং, রামচরণ, বলরাম, তাম্রসিং মখোয় ৬ত্তি কোন্নুংগী ইরাং অত্থু ইতা তাদনা অরোনবদা ঙাইত্থনা লৈরবগী মমাসিজগা উনরত্থনা তোংজে মরিল্লোম পাংলপ্লে। অহিং অত্থুমক খুরাইরাকপন চীংজেং কাত্থনা মথং মথং কাছাড় মায়কৈ তমখি।" ইং কুমজা ১৮৫০ দা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা কাছাড়দগী লাল হৌরকপা খোঙফমদস্থ থঙ্গাল মেজোরনা থোংগল তৌরকই। চন্দ্রকীর্ত্তিনা লান-ফমদা মাই পাকখিবা অসিস্থ মহাক্কী অচৌবা মথৌদাং য়াওখি। মতৌ অম্থুম্না মহাক অসি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা শাদা-লান্দা, লৈবাক্কী রায়েন-থৌদাদা অচৌবা শরুক য়াত্থনা লাকখিবা লৈবাক্কী অঙম্বনি।

নীংতম্বা মণিপুরগী ফমথোন মথং মথং কাখিবা থঙ্গাল জেনরেলনি। মহাক্না মথং মথং হাজারী, অপানবা শঙলাকপা, মেজোর, লাইফম লাকপা ওইখি, অত্থুদগী "জেনরেল" ফমথোন কাখি। থঙ্গাল জেনরেল পুত্রম্বস্থ ওইরমই।

ইং কুমজা ১৮৭২ দা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগী য়্না হাকথক্তা থঙ্গাল মেজরনা (মতম অসিদা জেনরেল ফমথোন কাদ্রি) সৌরাইজাম্বা বলরাম মেজোরগা লোইননা লুশৈ (হৌজিক্কী মিজোরাম) দা লান্দাত্থনা থুঙ্গং কয়ামরুম লোই চনখি। মতাং অসি "চৈথারোল কুম্বাব" দা অম্থুম্না ইরি —"লাইশ্রম পূর্ণসিংগী কুম শক ১৭৯৩—২৪ নি শগোলশেন্দা শজিবুগী পালোক ওই। × × × ৪ নি শগোলশেন্দা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। × × × ২৬ নি ইরাইদা সৌরাইজাম্বা মেজোর, কাংঙবমচা মেজোর ২ মানচিংনা সিফাই ২০০০ বেগারি ৪০০০ গা লোইনত্থনা লুশৈ নাবা চৎলে। সাহেবস্থ য়াওএ। × × × পোইন্থ থা য়ুমশকৈশনা হল্লে। × × × ১৩ নি নোংমাইজিংদা লুশৈ লান চৎপা চিপু থুম-খোং ম্নৌএ। × × × রাকচিং থা শগোলশেন্না হল্লে। × × ×

২ নি ইরাইদা পোইবোই নিংথৌনা লম্বুন নিংথৌ, লৈরিক নিংথৌ ২ মানা চিংহুনা শামুময়া ২ পুরক্তুনা লোই হাবা লাকএ। × × × লূশৈনা মৈতৈ নখোয়বু কিরে—নিংথৌ থুরমজগে হায়না ৩ নি থাংজদা চিপু থুগাই। থুমখোং তৌহৌএ। অচ্ছ হুমিত্তা মেজোর ২ মাগা সাহেবকা বামন থুমজাও পুরেন—৪ মানচিংনা লৈবাক্কী সিফাই পুন্নমক্কী মমাংদা লূশৈগী তম্বম নিংথৌ লৈরিক নিংথৌ খোংজাইগী ওনথেং—হাওমাং—লমলৈপুং মখোয় অসি য়াওনা তিল্লবদা নখোয় হাওগী সাক্ষিদি করিনা ওইবগে হংবদা ঐখোয় হাওগী সাক্ষিদি হুইরিন থৎপা, য়োং থেকপা, হুইয়াং থাইবা অসিনা লূনৈ হাইরবদা মেজোর ২ মানা ঐখোইস্মু হায়গে—হুমিৎ থা ২ মানা মাংদ্রিবা, নুংনা মশম হৌদ্রিবা, শোইবোন্না য়েনবিমরুম চাওদ্রিবা তুয়াইগী ঈশিংনা মরুরম চেনখৎত্রিবা মথৈ অসিদা—নখোই লূশৈনা মৈতৈ ঐখোয়গী লোই মোইরাং, কুমফি, খোংজাই কপুই পুন্নমক অসিবু হাৎলবদি হুই মতু কেনবগুম কেল্লো, য়োং থেকপগুম থেকও, পানাও শিংনাও তাগনো, ফৌ চরোং কেনবগুম কেল্লো, নপা-নমা পুন্নমক উৎকুমনা তুমও হায়রবদা ইবুধৌ শাইরুনগী ধারমথৈ তুন্না মাংলগে হায়না হায়বদা তুয়াই তুরেন মহুংথোং মথক্তা স্না লুপা য়াওনা হুইরিন থৎলে। হুইয়াং থাইরে—য়োৎ থেক্লে। মৈতৈগী মাইবদি ফাইরেনগী নিংথৌ হাওশোংনে—মানা মকোক পাই। লূশৈগী মাইবদি তম্বুমনে—মানা মমৈ পাই। × × × ৮ নি শগোলশেন্দা শ্রীপঞ্চযুক্ত মহারাজগী পাদচিহ্ন য়েক্লবা তুয়াইদগী হুং ১ চিংহুনা পাদচিহ্ন য়েকএ। হুং ২ দি থাংজিং মতৈ-মনাও য়েকএ, ১দি জর্ণেল সাহেবকী হুই য়েকপিএ। × × × ১৬ নি ইরাইদা নিংথেমগী পাদচিহ্ন য়েকপা নমঙা নোংশা য়েকপা থাংজিং মতৈ-মনাও য়েকপা অয়েকপা থৈবিক থুমগোং ২ মাগী মরক্তা যুংএ। × × × হুং য়েকপা মীদি মোংজমচা ধর্ম্মশোর কলিকোরদা কাবানা য়েকএ। × × × ২৮ নি ইমশ-কৈশদা শৌরাইজাম্বা, কাংঙবমচা মেজোর ২ মানা লূশৈ নারুবা থুংলৈ।"

লুশৈ লান ঙম্বগী চিপুদা য়ুংলিবা হুং অদুদা জেনরেল অসিগী মমিং "শ্রীকাংঙবমচা থংগাল লাইফম লাকপা তুলি নাদ মেজর" হায়না ইরি।

মতম অমদা মণিপুরগী মমিং চংলবা পাঞ্জি ওইরম্বা অচোম নিমাইচাঁদ সিংহ জ্যোতিষার্ণবনা মণিপুরদা নিতিগী ফোঙলম্বা "ঙসি" পাউজেল-চেগী ১৯৫৮ ইংগী আগষ্টকী তাং ১৩ য়ুমশকৈশকী চেফোঙদা থঙ্গাল জেনরেল গী মরমদা অস্থুম্না ইরমই—

"মণিপুর লৈপাক্তা নিংথৌ পাল্লিহৈদা মতিক মগুণ চেনবা, পুকচেল চাউবা, থৌনা ফবা, মরৈবাক নীংবা অমস্থুং প্রজাগী শান্তি ওইননবতা খন্দুনা মপুন্সি কেমথিবা মণিপুর মাত্তাগী মচা মহাত্মা য়াম্না পোকখি। মতুগী মস্থুংদা "থঙ্গাল জেনরেল" হায়বসি মমিং চংপা, মতিক-মগুণ চেনবা মরৈবাক নীংবা, লান্দা থৌবা নিপা অমনি। জেনরেল অসি রাং-চাউই, মুরৈনৈ, য়াম্নস্থু নোইদে, য়েংবদা শকফম অহু গম্ভীর লৈ। হুমিং চুপ্পা রাখলদা খনবা অকীবা হঙ্গোইবগী শকফমনি। চংথোক-চংশিন তৌবদা খোংথাং খুদিং রাখল তৌবগুম্বা মওং ওইনা উহল্লি। মীনা রা অমা হায়গদবসি হঙ্গোইনৈ। লৈঙাং ফীতুপ য়াম্না পান্না কোইয়েৎ য়েৎকল্লি, মশা শেংই, নাগন্দে।"

"থাইনদি নিংথৌ অমগী মেজ্রের, জেনরেল ওইবসি য়াম্না লুনা থোকই, পংনা ওইবা ফংনদে। অদুবু ৺থঙ্গালদি মণিপুরেশ্বর শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ, শ্রীশূরচন্দ্র মহারাজ অমস্থুং শ্রীকুলচন্দ্র মহারাজ নিংথৌরোল ৩ গী মেজর, জেনরেল ওইখি। মেজর অসিগী শাজত্তি—দেশকী চাউ-থংনবা, য়েক্লবা-তীঙ্খং কোক্লবা হোৎনবনা মাগী মথৌনি। লেম্না পোথাহনা হরাউ-কুম্মৈ পামহনা মতম লেন্দে। লানগী পোমিং, লৈচীল্লোন, শোরগী শাজেন য়াম্না থংই। মনিংথৌবু লাইগুমনা নীংই, মতম খুদিং অফ-ফত্তা নিংথৌদা হঙ্গংলি। ফত্তবা অরানবা, তুংদা কাইরক্কদবা মীবু

লাবকই। মরীল ফবা, থৌনা ফবা মীবু লৈপাক্কী নিংথৌগী থবক্তা শীজিন্নবা মতীক চাবা মনা-মথুম পীনবা হোৎনৈ।"

"রাজনীতিগী মবমদসু থঙ্গালগী রাজনীতি হায়না মী অযাম্বনা শোন্নবি। মন্নুং খংজিন্দবা মীনা দেশকী ঙাক-শেনবদা চংদবা যাদবা মচাক, থবক মতৌদা মী ফত্তে হায়নবসু যাওই, অশিংবা মীনদি থাগৎনফম ওইবা থৌবমসু যান্না থোকখি হায়নৈ।"



কোহিমাদা কর্ণেল জনষ্টোন, মণিপুরগী নিংথৌমচাশিং, থঙ্গাল মেজর অমসুং ইউরোপিয়ান অফিসারশিং।

ইং কুমজা ১৮৭৯গী অক্টোবর থাদা নাগা হিলসকী বৃটিশ পলিটিকেল অফিসার মিঃ ডামাণ্টপু ঙামৈ ( অঙ্গামী ) শিংনা খোনোমাদা হাৎলগা কোহিমাদা লৈবা অফিসরশিং অমসুং মখোয়গী চুপী-অঙাংশিং কোযশিন্দুনা থমগ্রবা মতাং অতুদা মণিপুরগী মতম অতুগী পলিটিকেল এজেন্ট সার জেমস্ জনষ্টোন সাহেবনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজদা তেংবাংবিয়ু হায়জবদগী মহারাজনা মজা ইবুংঙো সুরচন্দ্রগা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগা থঙ্গাল জেনরেল অসিগা লোইননা মৈতৈ লাম্মী লিশিং অনি থাতুনা

কোহিমাদা অরাবা তাহুনা লৈরম্বা বৃটিশ অফিসরশিং অমম্মুং মখোয়গী হুপী-অঙাংশিংগী মথরাই কনবিখি।

কোহিমাদা লৈবা চীংমী মশেল মহৈ মহৈ মীচং নাইনহুনা শাথীনা খংনরকপা খাম্বা ভয়দ্রবা মতাং অমদা মহারাজনা থঙ্গাল মেজরবু থাহুনা তাইশিনহনখি। মতাইশিন্দি—থঙ্গালনা খাম্বা য়াদ্রবদি মী চাগনি হায়জিন্দুনা মী অশিবা শেনহল্লগা থোংলগা "থঙ্গাল মী চাই" হায়হুনা কীহল্লগা চীংমীশিংনা ভাওরকপা অহু ইরাই লাইনা তাইশিনখি। মতাং অসি লৌখংতুনা মথক্তা পনজগ্রবা স্বর্গীয় অচোম নিমাইচাঁদ জ্যোতিষার্ণবনা শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহনা সম্পাদক ওইহুনা নিতিগী ফোঙ্লম্বা "ওসি" গী তাং ১৩। ৮। ৫৭ ইংগী লৈপাকপোকপগী চেকোঙ্দা অস্মুন্না ইখি—

"থিবোম্মৈ হাউথুলগী অচৌবা রাথোক্কী মরিদা থুল নাকপাক তানহুনা মী য়াম্না শোক্লরে, শিনরে, লাল ওইরে; হৈ শিংল-শিংলবা হাউরম্মু মথৈ থাজিন্দুনা থেমজিন খামজিনবা কান্নখিদে। থাংগী ময়া চিকহুনা ওকশি শোন্দুনা মতিন শিংতুনা, মপাম্বোম তিংহুনা, মখোং থিন্দুনা লৈনৈ; মীরা তাদে, মাহু উবদা তাইশিনবা থেমজিনবা বিচার থংত্রহুনা হাউরম্মু খুদিং চেন্নরকতুনা কোম্মুং তান্না লাক্লে। হাউরম্মু ময়ামনা মণিপুরেশ্বর মহারাজদা রারম অপুমবা হঙ্গংখি।"

"মহারাজগী স্নায়াথংনা থঙ্গাল জেনরেলনা থিবোম্মৈ চংপা তাখি। মচা-মনাই, অঙম-অথৌ খরগা মী ৫০ রোম লাক্লে। থিবোম্মৈ লমথৈ য়োরকপদা লোক ময়াদা মী অশিবা খরা তাবা উখি। মেজোরনা দোলাই থাহল্লগা অশিবা হাউগী মশাদা অশোকপা লৈবশিংহু মুন্না য়েংই। দোলাইথক্তা খুবি চিকতুনা রাথল তৌখি। লোইনরিবা অঙম-অথৌদা চ্যেকশিল্লু, শ্রীগোবিন্দজীউ কাউগম্মু তাকখি।"

"মাংজোননা চংখিবা হাউরম্মুনা খুলগী মী অপুম্বা তিলহনখি। মেজর য়েংনিংবনা অঙাং-মুবী অপুম্বা অমত্তা চিথদনা লম্পাক অমদা

মীয়াম তিনখি। ময়ামগী ঙাংমবা লাওনবা মখোলনা মাইল ৪/৫ গী লম ফাওবা ইনিন নিনখি। মেঞ্জরনা মখোন তাবদা করম তৌসিগে চিন্তা তৌনা তৌনা য়ৌরক্লে।"

"হেক থুংবগা মেঞ্জরনা দোলাইদগী কুমথরকলে। ইচাশা, অথৌবা ইচিন-ইনাওশা, ফম্মো, তুমিন্না ঙাইহাকতা লৈসি হায়রগা মেঞ্জর লিগী মোরাদা ফমথরে। নিপা ৪০০/৫০০ না মহৈ মহৈ রাকৎনবদা মেন তাদরে। নখোয় মকোক ওইবা মী ১০/১০ লাকউ হায়তুনা কৌশিল্লে। ইচাশা, ঐ নখোয়গী নতৌ অসিগা ঐনা রানা লাকপগা ছুজিক রারোইবা য়ারোইদৌরে, ঐ চাক চাখিগে হায়খি। মীয়াম ঙাইতুনা লৈখি।"

"মেঞ্জরগী মনাই খরনা হায়—থুলগী মকোক ওইবা অচা-অথক লাংবা কাংবুশা, অঙম্বদি নখোয়গী ঙা অচ্ চারোই, মীশা চাগনি হায়রি, থূনা পিরকউ। তাবদা ঙক্লে—শুনা লোক্তগী মী অশিবা পুরক্লে। থোংবা য়ানবা শেমগল্লে। মেঞ্জরগী মনাইনা ঙক্রো পুরকপা অচু উপুদা হাপখরে, ঙক্রো মতুম চাওনা লেন্দুনা থোংখরে। থুলগী মকোক ওইবা হাউগী মমাংদা ঙক্রো মতুম অচৌ-অচৌবা অচু চিকতুনা চাখি।"

"হাউয়াম অচু তুমিন তুমিন্না থঙ্গাল মী চারে হায়তুনা কিতুনা ময়ুম তান্না চেন্নখরে। শুপী-অঙাং থোং লোন্নখি। লৈহৌবা মী য়াম্মক-তরে, শোয়বা য়াদবা মকোক ওইবা মী ৫০ মুক্তা ঙাইহৌরে। মেঞ্জরনা হায়রকই—ইচাশা, নখোয়না পিজবা ইস্নাং হাওরে, থা ১/২ লৈখিবা তারি। মাচু তাবদা খৎনরম্বা হাউ মকোক থুম্বুশিং রা তানরে, লোম্না মখোয় মশেন তাইনজরে। নোংমগী মী অমা শোয়বা য়াদবা ইস্, ঐখোয় ঙম্মোই, খৎনহ্নসি, চানজরে, লেংবিরো হায়রসি হায়বা নাকল অনিনা য়ানখরে।"

"মেঞ্জরনা নখোয়গী বিচার তৌরগে লাকও—য়াথং তাবদা খৎনবা নাকল অনি অনিগী মীয়াম তিন্নতুনা থুরমতুনা হায়জখি—মেঞ্জর, ননাই

ঐথোয় থৎনদরে, চান্নজরে। নথোয় য়ানরবরা ?—য়ানজরে। খুল অপুম্বনা অচা-অথক লৈবা নিংখিজনা খুদোন-পোৎ কৎখি।"

"মেঞ্জর মাই পাকতুনা হরাওনা হল্লকই। শ্রীযুৎ মহারাজদা রা পুম্বা হঙ্গৎখি। নিংথোনা হায়খি—ইপু মেঞ্জর, শিংয়িদা, রাজনীতি হৈদা হায়না মনা পিখি।"

থঙ্গাল জেনরেলগী মতিক-মথৌনা অমম্নুং মরৌশিং খঙবিতুনা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা মনা-মথুম য়াম্না পিবিরমই। মতুগী মম্নুংদা শীংথানবা য়াবদি—ইং কুমজা ১৮৮০ মেরা থাগী ১০ নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা থঙ্গালদা খুবোম-য়াই, খুদাং-য়াই, থোঙ্গাই মথক-মখা অমম্নুং তাংবল্লোই পিবিখি।

শ্রীযুৎ স্না য়াথং মতুং ইন্না কাংঙবা থঙ্গাল মেঞ্জরবু মহাক্না তৌজরকপা খিবিকপু শীংথাতুনা "চৈথারোল কুম্বাবা" দা অম্নুম্না ইরি—"হিয়াঙ্গৈ থা থাংজনা হল্লে। ১০ নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ স্না য়াথং কাংঙবা মেঞ্জোরবু মানা তৌজরকপা খৈবিকপু তোপ্পা ইতুনা হাপ্পিও ১ম্নুং মাগী থারাদি চারোন শুরোন য়োনা অরা অনা শুফরোই হাইবিরমমে।" চৈথারোলকুম্বাবাদা অমুবম্নু মখা তানা ইরি—"হৈস্না ধর্ম্মগী কুম শোক ১৮০৬—১৬ নি থাংজদা শজিবুগী পালোক ওই। × × × × ১৭ নি নিংথৌকাবা × × × × অতু নুমিত্তা শ্রীযুৎনচিংবা সাহেবকা লোইননা লৈপাক পুম্নমক দোরবার তৌএ। রারমদি কাংঙবা মেঞ্জোর পুথ্রনবগী মচামশু মাগী থারগী মথৈ থোগন অরা অনা খুৎ কোকপনচিংবা অসি মৈনা ঈশিংনা মুৎত্রিমখৈ কোকপিরে। নিংথৌ ঐগী ইয়াথং অসি শোইফরোই হাইতুনা স্না দোরবারদা রাশক রারেপ্পু হাইখরে।"

ইং কুমজা ১৮৮৬ তা বরাচাউবনা লাল হৌরকপা মতাংদা থঙ্গাল জেনরেলনা বরাচাউববু লান্দা মায়থীবা পিখি। থঙ্গালনা লান চৎপা অসিদা অকীবগী শকক্ম পুথোকই হায়না লৈখিত্রবা দরবার মেম্বর

ওইরম্বা লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ জজ্‌না লাল য়াওবা মীওইশিং-দগী তাহোই হায়না ঐথোয়দা তম্নমই। হন্দক্কী লাল ওয়কপা মতাং অসিদা মহারাজনা পেল্লহুনা থঙ্গাল জেনরেলদা লৌ পরি মরিগা লুপাগী চাইশেনগা মনা পিখি। নাগা হিলস্‌দা বৃটিশ অফিসারশিং অমস্তুং মথোয়গী মুপী-অঙাংশিংনা অঙ্গামীশিংনা লাল হোরকপদগী অরাবা তারবা মতমদা মথোয়বু কনবিখিবা অতুগীদমক্তা ইং কুমজা ১৮৮০ গী ফেব্রুরারী থাদা আসামগী চিফ কমিশনার মশামক মণিপুরদা থোরক্তুনা থঙ্গাল জেমনেলদা সনাগী "ষ্টার" অমা পিবমই।

কর্ণেল মেকুলোক (Colonel McCulloch) না থঙ্গাল মেজোরগী থোইদোক হেন্দোকপা অমস্তুং কান্নরবা মতিক-মগুণবু শীংথারহুনা মহাকপু থোইদোক হেন্দোকনা তৌবা ঙম্বা মীশক অমনি "he was an exceedingly able man" হায়রমই।

থঙ্গাল জেনরেল মণিপুরগী লম্মিং-তুমিং চংথোন্না খঙ্‌লমই। মহাক্না মণিপুরগী লম্মিং-তুমিং কদায় ফাওবা খঙলম্বগে হায়বগী মতাংদা মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা Major-General Sir James Johnstone, K. C. S I. না মহাক্না লেংবা "My Experiences in Manipur and the Naga Hills (London, 1896)" কৌবা লাইরিক্কী লামাই ৭৫-৭৬ তা অস্তুম্না ইরমই "He was acquainted with every part of Manipur, and, though ignorant



সার জেমস্ জনষ্টোন

of English, could point out any village in the State on an English map In fact, he has studied geography in every branch to enable him to defend the cause of Manipur against the survey officers who were suspected by the Manipuris of wishing to include all they could within British territory. He knew all our technical terms such as "watershed" in English. Thangal Major's knowledge of us and our customs, as well as of our moral code, was astonishing. He realised the power of the British Government, and though he would resist us to the utmost in the interests of Manipur, nothing would have induced him to join in any plot against our rule in India. Thangal Major was the strong able man of the old type."

সার জেমস জনষ্টোন সাহেবনা হায়রিবদি—থঙ্গাল মেঙ্গোরনা মণিপুরগী মফম খুদিংমক ফজনা খঙলমই, মহাক্না ইংরেজী হৈত্রবস্থু ইংলিস ম্যাপতা মণিপুরগী করিগুম্বা খুঙ্গং অমা খুদোম্বীনা থিন্দুনা হেক তাকপা ঙম্মমই। তশেংনমক হেক ঙম্বমথৈ মণিপুরগী লম অসি বৃটিশকী লম মঙ্গুংদা চনশিনখিগদ্রা হায়না মণিপুরীশিংনা চিংনরিবা সার্ভে অফিসারশিং অত্থুদগী মণিপুরগী রাক্ষমবু কনবা ঙম্মনবগীদমক্তা থঙ্গাল মেঙ্গোরনা মণিপুরগী ভূগোলগী হীরম খুদিংমক খঙদোক্লমই। ইংরেজী লোনগী রাহৈ "watershed" নচিংবা মহাক্না খঙলমই। থঙ্গাল মেঙ্গোরনা সাহেবশিংগী চৎনবী অমস্তুং লমচৎ-ব্যবহার খঙবা অসি অঙকপনি। মহাক্না বৃটিশ সরকারগী মপাঙ্গল খঙলমই অত্থুগা মণিপুরগী ওইজবা মাইকৈদদি মহাক্না ঙম্বমথৈ থিংলমই, অত্মদি ওইরগা ভারত্তা বৃটিশ শাসনগী মাইয়োক্তা চৎথবা থবক অমতদা য়াওশিল্লমদে। থঙ্গাল মেঙ্গোর হায়বা অসি থাইনগী মওংগী থৌনা ফবা তৌবাঙম্বা মীশক্নি।

মতাং অমদা হায়রিবা সার জেমস্ জনষ্টোন সাহেবনা থঙ্গাল মেজোর হায়বা অসি নিংখিনা মশাগী মী ওইনা থম্বা ঙম্নবদি য়াম্না ফবা মীনি, অদুম্নদি ওইরগা মহাক অসি য়াম্না চেকশিন্না লোইনবা চংই হায়না মহাক্কী লাইরিক অদুদা অসুম্না ইরমই—"Thangal was an excellent man when kept well in hand, but he required to be managed with great firmnes."

থঙ্গাল জেনরেল করম্বা মীতানো হায়বগী মরমদা সার জেমস্ জনষ্টোন সাহেবনা মহাক অসি থৌনা ফবা, তৌবা ঙম্বা, চিংনিনিংঙাই লৈতবা, করিস্থু লৈতবা পোৎতা খন্দুনা লৈথোকপা, এশিয়াটিক অয়াম্বগী মতৌ-গুম্না থবক খুদিংমক তৌবা ঙম্বা মীনি হায়না অসুম্না ইরমই—"He was a strong, able, unscrupulous man, not likely to stick at trifles, and, like most Asiatics of his type, capable of anything." মহাক্না মথা তানা থঙ্গাল হায়বসি অয়াম্বা হীরমদা থৌজাল হৈবা, হীরম খরদনা হুংশিহৈতবা পুকচেল চেল্লমই অমসুং খুদক্তা তমথী, মহাক খংশাও শাওগল্লি হায়না অসুম্না ইরমই—"Thangal was in many ways kind hearted, in others ruthless, and for the moment cruel, his wrath flared up."

সার জেমস্ জনষ্টোন সাহেবনা ছুটিদা ইংলণ্ডদা চৎখ্রিঙৈদা থঙ্গাল মেজোর মকোক হায়গৎলম্লে অমসুং মহাক্না মুসলমান খরবু ওৎপিরমই অমসুং মখোয়বু জেলদা থমজিল্লমই। জনষ্টোন সাহেবনা মণিপুরদা ছুটিদগী হল্লকলগা মুসলমানশিং অদুবু জেলদগী থাদোকহল্লমই অমসুং থঙ্গালগী মপাঙ্গল শোম্বহল্লমই হায়না মহাক্না ইরমই। কোঙ্গোন কেশগী মতাংদা থঙ্গালনা থৌদোক অদুগী মরম থিজিনসি হায়বদা য়ানিংদবা উদুনা জনষ্টোন সাহেবনা মহারাজদা থঙ্গালগী মহুৎতা সৌরাইজম বলরামসিংহ মেজোরবু অয়াপুরেল মেজোর হাপ্পিনবা হায়জরমই। মহারাজনা মসি লৈথোক্নবা হোৎনরমই। অঙম-অথৌশিংনা হায়নরমই,

থঙ্গালবু অয়াপুরেল কমদগী লৌথোকপদগী মহারাজবু লৌথোকপনা হেয়া লাইনা থোকনি—সার জেমস্ জনষ্টোন সাহেবনা ইরমই।

থঙ্গাল জেনরেল হিন্দুস্থানী নিংথিনা ভাংবা ভয়মই। চিফ কমিশনর জে, ডব্লিউ, কুইন্টন-নচিংবা সাহেবশিংনা ইং কুমজা ১৮৯১ গী মার্চ্চ থাগী তাং ২৪ গী হুমিদাংদা লাল তোঙ্করসি হায়বা লাকপগী নোংচুপ সনথোং য়াংমদা লৈরিভৈদা থঙ্গাল জেনরেলনা সাহেবশিংদা হুমিদাং য়া ভাংমবা কথে, হনথরো, নোংভাল্লগা রা ভাংনসি হায়না হিন্দুস্থানীদা হায়খি। থঙ্গাল জেনরেলনা হিন্দুস্থানী লোন ভাংবা হৈনা হৈনা জনষ্টোন সাহেবনা খঙবা হিন্দুস্থানীদা ভাংবগী মহুৎতা মৈতৈরোন খঙবা বর্ম্মীজ পাও পুরকপা মীশিংগী মমাংদা মৈতৈরোন্না ভাংখি, মসিবু থঙ্গালগী লমচৎতা খ্বাইদগী কত্তবনি হায়না সার জেমস্ জনষ্টোন সাহেবনা অস্থুন্না ইরি—"The worst of Thangal's behavior was, that he spoke in Manipuri, and in the presence of the Burmese messangers, who understood it instead of in Hindoostani which no one but myself understood."

মণিপুরদা আসামগী চিফ কমিশনার জে, ডব্লিউ, কুইন্টনগা লোইননা হাৎখিবা মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা সেন্ট ক্লেয়ার গ্রিমউড (St. Clair Grimwood) কী মেম সাহেবনা মণিপুরদগী চেনখ্রগা ইবা অমম্তুং লণ্ডনদা ফোঙ্বা "My Three years in Manipur and Escape from the Recent Mutinee (London, 1891) কৌবা লাইরিকী লামাই ৮৬-৮৭ তা থঙ্গালগী মরমদা ইরি—লৈবাক অসিদা লৈবা কনাগুম্বা মী অমদগী ইমু-নাইমু তাহনবা অসি মহাক্না হেল্লি। করিগুম্বা খুল অমনা নত্তবা লমচৎ চৎলবদি, অতোপ্পা খুল অমদা লান্দারবদি, থাজানা থিযু হায়বা য়াত্রবদি নত্রগা লালুপ কাও হায়বা য়াত্রবদি থঙ্গালনা খুল অহু তান্না চৎকনি অমম্তুং লৈমাইদগী খুল

অদু পুমমুং মুথৎকনি। নিপা, মুপী অমম্মুং অঙাংশিং মুংঙাইতবা খজিক্কম্মু ফাওদনা থাংনা কক্কুনা হাৎলমই। খরা নাম্বোকখিবশিং অদুনা থাপ্লা চৎখি অমম্মুং অতোপ্পা খুলদা লৈখি; যুম-কৈ খুদিংমক মৈ থাদোক্লমই, ওক-য়েন মাংহল্লমই চাওখৎলম্বা অমম্মুং পোৎ-চৈ মরাং কাইরম্বা অদু তুম্না মাং-হল্লমই। খঙ্গাল জেনরেলগী মশাগী দোষ য়াম্না লৈরবম্মু মহাক্কী অক্নবম্মু য়াম্না লৈ। মহাক য়াম্না ইচং থৌরমই, থোং শাবা অমম্মুং কোম্মুংগী অকোয়-বদা লৈরিবা লম্বীশিং অদু ফজনা শেমজিনবা পাম্লমই। সেনাপতিগুম্না মহাক খরাই য়াওবা লাম্মী অমা ওইরমই,



মিসেস্ গ্রিমউড

নোংমৈ কাপ্পা খরাই তানা য়েংলমই অমম্মুং মশামক নহা ওইরিঙৈদা অরাংবা থাক্কী নোংমৈ কাপ্পা হৈবা মীশক অমা ওইরমই। মহাক ঙক কনবা অহল অমা ওইরমই, অদুগা অহৌবমক্তদা মহাকপু পেলহনবা ঙমহৌদ্রবদি হোদোকলুবা করিগুম্বা বাক্কম অমা মহাকপু তাহনবা লুনা থোকই তৌইগুম্বম্মুং মহাক্না করিগুম্বা অমা তোগে হায়প্রবদি মহাক হায়খিবা রাক্ষম অদুদগী খক হন্দোকতে, থাজবা য়াবনি হায়বসি মী খুদিংমক খঙলমই। মিসেস্ গ্রিমউডকী মরোম্দদি অম্মুম্না হায়রি—"He was credited with more bloodshed than any man in the kingdom. If a village had misbehaved itself, raided on another, or refused to pay revenue or do

lalup, the Tongal would travel out to that village and wipe it off the face of the earth. Man, women and children were cut down without the slightest compunction. Few escaped, and those travelled away and joined other villages; but every house and barn and shed was burnt, pigs and fowls destroyed, and ruin and devastation reigned where prosperity and plenty had held sway before."

"If he had his faults he had his virtues also. He was very enterprising, fond of building bridges, and improving the roads about the capital. Like the Senaputti, he was a keen soldier, enjoyed watching good shooting, and had been in his younger days a first-rate shot himself. He was an obstinate old man, and it was very difficult to get him to listen to any proposition if it did not please him at the outset; but when once he had promised to get anything done, he did not go back from his word, and one knew it was reliable."

থঙ্গাল জেনরেলগা ইংরেজ কেরাণী রসিকলাল কুণ্ডুগা য়ানখিদবা রাফমগী মতাং পল্লহুনা রসিকলাল কুণ্ডুনা পোকপা মণিপুর পলিটিকেল এজেন্সী কোর্টকী হাকিম ওইরম্বা মনোমোহন কুণ্ডুনা শ্রীরামপুবদগী মনাও নিপা দেবেন্দ্রসিংহদা ইং কুমজা ১৯৫১ গী সেপ্টেম্বর থাগী তাং ১৪ দা বাংলাদা ইরকপা চিঠিগী মরী লৈনবা শরুক অমা লৌখৎচরি—

"থাংগাল মেজর ৮০ বৎসরের বুড়া, তিনি চলিতে পারিতেন না। আমরা সর্ব্বদা তাঁহাকে দোলায় যাওয়া আসা করিতে দেখিতাম, তিনি চাণক্যের মত রাজকর্য্যে কুটবুদ্ধি সম্পন্ন বলিয়া তিন পুরুষ রাজার বড় মন্ত্রীর পদে ছিলেন, মহারাজা কুলচন্দ্র, টিকেন্দ্রজিৎ প্রভৃতি

ভাইয়েরা তাঁহাকে "ইপু বড়মন্ত্রী" সম্বোধনে মর্য্যাদা করিতেন। এধারে প্রজা সাধারণ তাঁহাকে অত্যন্ত নির্দয়, ক্রুর, লঘু পাপে গুরু দণ্ডের জন্য যেমনই ভীত থাকিত তেমনই মনে ২ ঘৃণা করিত অত্যাচারী বলিয়া। তিনি Cherap, Durbar এমন কি মহারাজার আজ্ঞাও মানিতেন না, তাঁহার order ই অবশেষে প্রতিপালিত হইত। তিনি অত্যন্ত পতিহিংসা পরায়ণ ছিলেন। সামান্য দোষ পাইলে গুরুদণ্ড দিতেন এবং তাঁহার অপ্রিয় ব্যক্তিকে ফাঁসি কাঠে ঝুলাইবার সুযোগ খুঁজিতেন। এই গেল তাঁর স্বভাব বা প্রকৃতি। Colonel Johnstone P. A. বাবাকে সঙ্গে লইয়া বেড়াইতে বাহির হইলেন। মণিপুরী ভাষা ভাল জানিতেন বলিয়া সকল P. A. ই তাঁকে কাছে ২ interprete করিবার জন্য রাখিতেন। হঠাৎ একজন পায়ে বেড়ীযুক্ত কয়দি সাহেবের পা জড়াইয়া উচ্চৈস্বরে কাঁদিতে লাগিল এবং তাহাকে জেল হইতে মুক্ত করিবায় জন্য অনুরেধ করিল, সে বলিল সে British প্রজা, কাছাড়ে বাড়ী। অন্যায়ভাবে থাংগাল তাহাকে ১৪ বৎসরের জন্য কারাবাসের আজ্ঞা দিল। বাবা তাহার সব কথা সাহেবকে জানাইলে P. A. note করিয়া লইলেন ও বাঙ্গালায় আসিয়াই Chadrakirti মহারাজার নিকট কয়দিটির সমস্ত case এর record ও conviction order চাহিলেন এবং বলিলেন সে British প্রজা দাবী করিতেছে, যদি তাহা সত্য প্রমাণিত হয় তাহার case State এ না হইয়া P. A 's কাছে হওয়া উচিৎ জানাইলেন। দেখা গেল থাংগাল summary trial এ উপযুক্ত সাক্ষি প্রমাণাদি না লইয়াই দীর্ঘকালের মিয়াদে তাহাকে সশ্রম কারাবাস দণ্ডে অভিযুক্ত ও দণ্ডিত করিয়াছে। P. A. তাহাকে বিচারে কারামুক্ত করিলেন ও অবিলম্বে কাছাড়ে চলিয়া যাইবার হুকুম দিয়া মহারাজকে জানাইলেন। এই ঘটনার পরে P. A. র notice এ থাংগালের বিরুদ্ধে অনেক অভিযোগ আসিতে লাগিল। P. A. মহারাজকে সকল case

অনুসন্ধান করিবার জন্য বলিলেন এবং থংগালকে ছয়মাস susp‹nd করিয়া রাখিতে অনুরোধ করিলেন। মহারাজ যখন দেখিলেন বাস্ত-বিকই বুড়াকে আর প্রশয় দেওয়া উচিৎ নয়, তখম কৌশলে তাঁহাকে ৬ মাস Tamu তে বায়ু পরিবর্ত্তনের জন্য ছুটি দিলেন বা যাইয়া তথায় থাকিতে বাধ্য করিলেন। থাংগাল নিজের দোষ না বুঝিয়া অত্যন্ত ক্ষুণ্ণ হইয়া সকল দোষ বাবার ঘাড়ে চাপাইয়া রসিক বাবুই এই অপ্রিয় ঘটনার মূল বা কারণ বুঝিলেন এবং বাবাকে সুযোগ পাইলে তাঁহাকে হত্যা পর্য্যন্ত করিতে দ্বিধা করিবেন না মনস্থ করিয়াছিলেন।"

চিঠি অসিদা হায়রিবা মরোম্দি অসিনি—থঙ্গাল মেজর চহী ৮০ শুরবা অহলনি, মহাক চৎপা ঙমদ্রে। ঐখোয়না মহাকপু মতম পুম্নমক্তা দোলাইদা চৎথোক-চৎশিন তৌবা উরমই, মহাক চাণক্যগী মতৌগুম্না লৈবাক ঙাকপগী থবক্তা হৈশিংবা মরমদগী নিংথৌরোন অহুম বড়মন্ত্রীগী ক্ষম পাইরমই, মহারাজা কুলচন্দ্র, টিকেন্দ্রজিৎনচিংবা মচিন্মনাওশিংনা মহাকপু "ইপু বড়মন্ত্রী" হায়না কৌহুনা ইকায় থুম্নরমই। অমরোমদা অচম্বা প্রজাশিংনা মহাকপু ভুংশিহৈতবা, শাওগনবা, অয়াংবা মরালগী অরুম্বা দণ্ড পিবগী কীবা অহুক্কী মতিক মহাকপু মীওৎপনি হায়না মাগী মাগী মপুক্রিংদা হঙ্গোইনরমই। মহাক্না চৈরাপ, দরবার, করি অমুক হায়গনি মহারাজগী য়াথং ফাওবা লোরমদে, মমৈদা মহাক্কী হুকুম অহু চৎনহল্লমই। মহাক লমন য়াম্না থুমগনবা মীশক অমা ওই-রমই। ইচম চম্বা মরাল অমা ফংবগীসু অরুম্বা দণ্ড পিরমই অমসুং মহাক্না ভুংশিদবা মীবু ফাঁসিগী শগাইদা থৌরী থুননবা থুদোং চাবা থিরমই। মসিনা মহাক্কী স্বভাব নত্রগা শাজৎনি। কর্ণেল জনষ্টোন পি, এনা বাবা (রসিকলাল কুণ্ডু) বু পুহুনা কোয়থোক্লমই। মৈতৈ-রোন নিংথিনা খঙই হায়গ্না P. A পুম্নমক্না মহাকপু মখোয়গী মনাক্তা লোন হন্দোক-হঞ্জিন তৌননবা থম্লমই। খঙহৌদনা মখোংদা য়োহিলং থাংলিবা নিপা অমনা হৌনা কপ্লমই অমসুং মহাকপু জেলদগী

থাদোকপিনবা হায়জরমই। মহাক্না হায়জরমই মহাক বৃটিশ প্রজানি, ময়ুমনা কাছাড়দনি। মরম চাদনা থঙ্গালনা মহাকপু চষী ১৪ জেলদা পিশিনবিরে। মহাক্না হায়জবা রা পুন্নমক বাবানা সাহেবতা খঙহল্লবদা P. A. না ইশিল্লমই অমসুং বাঙ্গলাদা লাক্লগা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজদা কেশ অদুগী চে-চাং অমসুং জেল পিবগী হুকুম তাল্লমই অদুগা মহাক বৃটিশ প্রজানি হায়না দাবী তৌবা অসিনা চুন্নবদি মহাকী কেশ অদু ষ্টেটনা তৌদত্তনা পি, এনা তৌবনা চুমগনি হায়না খঙহল্লমই। উরে মতুদি থঙ্গালনা মতিক চাবা সাক্ষি প্রমাণ য়াওদনা অশম্বা বিচার মতৌ অমদা নিপা অত্তবু মরাল শীত্তনা মতম শাংনা থবক শুবা দণ্ডি পিরম্লে। পি, এনা মহাকপু বিচাব তৌরগা থাদোকপিরমই অমসুং থিন্দনা কাছাড়দা চৎখিনবা হুকুম তৌবা অদু মহারাজদা খঙহল্লমই। থৌদোক অসিগী মতুংদা পি, এদা থঙ্গালগী মথক্তা য়াম্না রাকৎনরকই। পি, এনা মহারাজদা কেশ পুন্নমক মরম থিজিনবিনবা অমসুং থঙ্গালবু থা তরুক থবক্তগী পোত্থাহন্নবা হায়জরমই। তশেংনমক অহল অসিবু কনত্তনা থম্বা চুমদ্রে হায়বা উরত্তনা লৌশিং তৌত্তনা মহাকপু ঈশিং-মুংশিং হোংনবা টুমুদা থা তরুকতং লৈরুনবা ছুটি পিরমই। থঙ্গালনা মশাগী দোষদি খন্দনা মথরাই য়াম্না হুংঙাইতনা দোষ পুন্নমক বাবাগী মথক্তা তাশিল্লগা রসিক বাবুনা হুংঙাইতবা থৌদোক অসিগী মরুনি হায়না লৌরমই অমসুং বাবাবু খুদোং চাবা ফংলবদি হাংপা ফাওবা চিংনরোই হায়না মপুক্লিংদা থনখি। —মসি মনোমোহন কুণ্ডুনা মহাকপু পোকপা রসিকলাল কুণ্ডুদগী তাহৌবনি হায়না মনাও নিপাদা ইরকপা চিঠি অমদগী লৌথোকচবা শরুক্লি।

লেফটেনেণ্ট কর্ণেল এলবান উইলসন, ডি, এস, ও ( Lt. Col. Alban Wilson D. S. O. ) না মহাক্না ইবা লাইরিক "Sport And Sevice in Assam and Elsewhere (London. 1924)" ফোবা লাইরিক্তা থঙ্গাল জেনরেলবু হুংশিহৈতবা শাগী লমচৎ চৎপা

অহলনি, মহাক্কী মথৌদি অকোয়বদা লৈরিবা চীংমীশিংবু লম হেলহন্নবনি হায়না অস্মুন্না ইরি—"The Tongal General, the old ruffian whose job was to keep the sorrounding hill tribes in order."

কলিকাতাদা ফোঙলম্বা "The Englishman" হায়বা নিত্তিগী ফোঙবা ইংরেজী চেফোঙ অহুগী ১৮৯১ ইংগী জুনগী তাং ১৭কী চেফোঙদা ইরি—থঙ্গাল হৌখিবা চহীশিং অসি পলিটিকেল এজেণ্টকী মাইকৈদগী তৌরম্বা নি—অঙকপা ফংনা পাঙ্গল লৈবা, মীওইবগী মহৌশাগী শাজৎতা য়াম্না মহুং হুনজিন্না উবা অমসুং মীতোপ পুম্নমকপু তুক্কচবা মীশক্নি। মহাক্না হিংলিবা মথৈ পাঙ্গল চাং য়েংনদনা মণিপুরগী লৈপাক অসি কুচু ভোবা মীগী মখোংনা মোৎহনবা য়ারোই হায়না মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা লিংখি। নিংথৌগা মান্ননা শক্তি লৈ হায়না মপুক্লিংদা নিংখিবনা নাটকী অরোইবা দৃশ্যগী মরম ওইখি, অরোইবা দণ্ডি ফংবা ভাইবা ওইনা মীহাৎপা থম্বা কাথু অমদা মহাক লৈবা তাখি। ইংরেজী পাম্ভজেল চে অহুদা ইখিবা অহুমক মখাদা পিজরি—"The Tongal has been for years past the thorn in the side of the Political Agent —a man of wonderful energy, vast insight into human nature, and a hater of all strangers. Merely because they were such, he had determined that as long as he lived the soil of Manipur should not be contaminated by the feet of the white man, except by force of arms. His determination to hold co-equal power with the ruler himself has in great part been the cause of the closiag scene of the drama which has found him in a murder's cell, awaiting the last penalty."

থঙ্গাল জেনরেলগী বিচার তৌখিবা মেজর (তুংদা লেফটেনেণ্ট কর্ণেল ওইখিবা) ম্যাক্সওয়েল সাহেবনা বিচারগী রায় পিবদা আসামী

ওইরিবা থঙ্গাল সিংহ, মণিপুরীশিংদা থঙ্গাল জেনরেল হায়না 'হেন্না খঙনবা নিপা অসি লৈপাক অসিগী য়াম্না অহল ওইরবা মনাই অমনি অমসুং দরবারগী থাইদগী হেন্না থাজবা য়াবা পাউতাক পিবা মীশিংগী মচুংদা অমনি হায়না অস্মুন্না ইরি—"The accused Thangal Singh better known to the Manipuris as Thangal General is a very old servant of the State and one of the most trusted advisers of the Darbar."

থঙ্গাল জেনরেল লাইবু থাজবা অমদি বৈষ্ণব ধর্ম্মদা পুক্নিং হুজিনবা মীশক অমা ওইরমই। মহাক্না চেক্না শাবা মন্দির অমা রাধাকৃষ্ণদা কৎলমই। মন্দির হোংবা মতাং অসি "চৈথারোল কুম্বাবা" দা অস্মুন্না ইরি—"নোংখোনবা ধর্ম্মগী কুম শক ১৮০১ × × × × কালেন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৩ নি শগোলশেন্দা × × × × কাংঙবা মেজোরগী ফুরা × × × × হোংএ।" মন্দির অসি কোন্থুং মনাক্তা রাংখৈ লৈকাইদা হৌজিক ফাওবা লৈরি।

থঙ্গাল জেনরেল নিপা পালাগী ঈশৈ হনবা মীশক অমসু ওইরমই। থবক পুন্নমক লেপতুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগা থঙ্গাল জেনরেলগা ঈশৈ ফাংনখিবা মতাং অমা মণিপুরগী মতম অদুগী পলিটিকেল এজেন্ট সার জেমস্ জনষ্টোন সাহেবনা মহাক্না Diary গী ইং কুমজা ১৮৭৮ গী এপ্রিলগী তাং ১৪ দা অস্মুন্না ইরমই—"April 14th 1878: All business suspended as a series of religious entertainments are being given by the Maharaja at which he is engaged in a singing match with Thangal Major."

থঙ্গাল জেনরেল অসি শা-লান্দা খঙদে, ঈশৈ-নোংমাইদা খঙদে, অরু-অরুবা মতাংদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগা ইথা-থানদবা ওইনা তৌই। ঈশৈগী রাগ নৈনবা মতাং অমদসু থঙ্গাল জেনরেল মশামক য়াওনা অচুম-চুমদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ সনা মাংদা রায়েনখি

হায়বা "চৈথারোল কুম্বাবা" দা অস্থুন্না ইরি—"হৈক্রুজম চাওবগী কুম শক ১৮০২ পোইন্থু থা ইরাষ্টনা হল্লে। × × × ২৫ নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি সিং মহারাজনা তাশিকোন কৌবা রাগ অসিবু মুৎলে, ওজাশিং কনা হৈবনো হায়না থিনবদা উজা থুয়োনথেম্বনা হৈরমএ। শ্রীযুৎ ম্না মাংদা কাংওবম মচা মেজোরনা অয়েকপম ওজা নারুম্বা, লাইশ্রবা কুকিলা তুহার মখোই ৩ মক্তা রাগ অসি চুম্বরা হংএ। ওজা নারুম্বা অসিনা চুমএ থুমএ, লাইশ্রবা তুহারদি চুমদে থুমএ। অতু ওইরবদি নং তৌও হাইববু তৌবা ঙমদতুনা কৈদা শুমএ।"

---

## ৪ "সাহেবলোক্কী মচিল থুপচিল্লো" মরি — কনানা?

ইং কুমজা ১৮৮৬ তা মহারাজ সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা নোঙ্গাথিবা হুমিৎ অতুমক্তদা মজা ইবুংঙো অহল সুরচন্দ্র সিংহনা মশাগী চহী কুম্থ্রামঙা শুবদা মণিপুরগী সিংহাসন্দা লেংখৎখি। সুরচন্দ্র মহারাজগী মচিন্মনাও তরানি, মখোয়গী মহুংদা গন্ধার সিংহগা কৈজ্জাওসনা (ঝলকীর্ত্তি) সিংহগা অনি অসিদি ঙস্তা শিথিবনা মচিন্মনাও নিপালতা ঙাইহৌরে। লৈহৌরিবা মনিন্মনাও নিপাল অসিগী মহুংদা মচিন্মনাও মরি—(১) সুরচন্দ্র (২) পাকাসনা (ভৈরবজিৎ) শগোল হঞ্জবা, (৩) থম্বৌসনা (কেশরজিৎ) শামুহঞ্জবা অমম্মুং (৪) গোপালসনা (পদ্মলোচন) ফুঙ্গানাইশঙলাকপা—অসিনা মমা তিন্নবা মচিন্মনাওশিংনি; অতুগা অতোপ্পা মচিন্মনাও মরি —(১) কুলচন্দ্র ধ্বজ সিংহ যুবরাজ (২) কোইরেং (টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ) সেনাপতি (৩) অঙৌসনা (ভুবন সিংহ) দোলাইরোইহঞ্জবা অমম্মুং (৪) জিলাঙম্বা (লক্ষ্মীনারায়ণ)—অসিনা মমা তিন্নদবা মচিন্মনাওশিংনি। মমা তিন্নবা মচিন্মনাও মরি, মমা তিন্নদবা মচিন্মনাও মরি হুংশিনদবনা মরম ওইদুনা নাকপাক নাকপাক তানথি।

ইং কুমজা ১৮৯০ গী সেপ্টেম্বর থাগী তারিখ ২১ নোংমাইজিং শুমিৎকী অহিং নোংয়াইদা স্যুরচন্দ্র মহারাজনা সনা শঙ্গায়দা চেপ্লিভৈদা মনাও ইবুংঙো অঙোসনা দোলাইবোইহঞ্জবগা মনাও ইবুংঙো জিলাঙম্বগা অনিনা স্যুরচন্দ্র মহারাজগী মথক্তা লাল হৌরমই অমস্যুং কৈরাক থাত্নুনা মহারাজনা চেপ্লিবা সনা শঙ্গায় অত্নুদা কাখৎলগা নোংমৈ কাপশিল্লমই। নোংমৈ মখোল তাবদা মহারাজ মিকপ্ খংথোক থোক্তুনা চেপলম্বদগী লেংখৎলগা কোইয়েৎ য়েৎশিল্লমই। মহারাজগী কোকথোন অত্নু নোংমৈনা পানখি। য়েঙ্কবনা কোন্নুং পাইখরে হায়বা রাখন্দগী মহারাজ স্যুরচন্দ্র খুৎহৈবা কৈরুংব নচিংবা মনাই খরনা সনা থৌগল তৌত্নুনা মনিংথোংলোমদা লেংথোরক্লগা শঞ্জেনথোংলোমদা চেন্থোক্লমই।

লালহৌবগী পাও অসি হেক ফংবগা টেকেন্দ্রজিৎ সেনাপতিস্যু লালহৌবা অসিদা য়াওশিল্লরে। টেকেন্দ্রজিৎ সেনাপতিনা কোন্নুংগী মরুওইবা মফম পুম্নমক লৌশিল্লমই। মহাক্না জেলগী থোঙ হাংদোক্তুনা লৈরম্বা ফাদোকশিং অত্নু লোইনা থাদোক্লমই অমস্যুং থাদোকলম্বা ফাদোকশিং অত্নু টেকেন্দ্রজিৎকা মতেং পাংলমই। কুলচন্দ্র যুবরাজদি অহিং অত্নুমক্তদা নখোল ভাগ্না চেনখি অমস্যুং কোন্নুং মন্নুংগী থৌদোক অত্নু য়াওখিদে।

মনাও ইবুংঙো পাকাসনা শগোল হঞ্জবগী শঙ্গায়দি শঞ্জেনথোং রাংমদা লৈরমই। কোন্নুংলোমদা নোংমৈ কাপখি হায়ত্নুনা মনাও ইবুংঙো অসিস্যু ইফিং ফিংনা মশাগী ঙাকশেন্নবা সিফাই ৮০ গা মহাক্কী কেরাণী মনিলাল দেগা লোইননা সনা কোন্নুং তান্না লাকপদা শঞ্জেন-থোংদা মহারাজ স্যুরচন্দ্রগা থেংনখি। পাকাসনানা ময়াম্নুং মহারাজদা কোন্নুংদা অমুক লেংশিল্লসি হায়না হঙ্গৎখি, অমম্বা অহিংদা কনানা কনাগী মীচংনো হায়বা খঙনররোই, মী য়াম্না শিনরগনি হায়না মহারাজনা য়াখিদে। পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউডনা লৈরিবা বৃটিশ রেসিডেন্সিদা চংবনা থুদোং চাগনি খন্দুনা নোংয়াই মতুং পুং ২॥০ রোম তাবদা

রেসিডেন্সি তান্না লেংহুনা পলিটিকেল এজেন্টকা উনখি অমসুং থোক্লিবা থৌদোক অহুগী মরীদা রারী শানখি। অহিং অহুমা মহারাজ রেসি-ডেন্সিগী দরবার হোলদা লেনখি।

মথংগী হুমিং সেপ্টেম্বরগী তাং ২২ গী অয়ুক্তা মহারাজবু লুংশিবা অঙম-অথৌ ময়াম লাকহুনা মহারাজদা কোন্নুংদা লাল চংলসি হায়না হঙ্গৎলমই। তিল্লমলিবা মীয়াম অহুদা পলিটিকেল এজেন্টনা মী অমতা রেসিডেন্সিদা খুৎলাই পায়বা য়ারোই হায়হুনা খুৎলাইশিং অহু মশামক য়াওনা লৌশিনখি। পলিটিকেল এজেন্টকী ফিবম মতা উবদা তিল্লমলিবা মীয়াম অহু নীংবা কায়রহুনা মহৈ মহৈ মন্নুমদা হন্নখি।

মহারাজ সুরচন্দ্রনা পলিটিকেল এজেন্ট সাহেবতা মতেং পাংবিয়ু হায়জবদগী মহাক্না থোক্লিবা থৌদোক অসিগী মরী লৈননা আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ জে, ডব্লিউ কুইন্টন সাহেবতা শিলংদা টেলিগ্রাম অমা তৌখি। আসামগী চিফ কমিশনারনা কোহিমাদগী সিফাই লৌরগা মহারাজগী মতেং পাংনবা টেলিগ্রাম তৌরকপনি, * অহুবু পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউডনা টেলিগ্রামগী মরোল অহু মহারাজদা খঙহনখিদে। মহারাজগী মতেং পাংবগী রাফম তোকথোক্নুনা পলিটিকেল এজেন্টনা মহারাজদা মফম অসিদা কুইগররবদি মহারাজগী খুদোং থীবা কয়া থোরকপা য়াই, অহুনা সিফাই ৫০ না থৌগল তৌহুনা কোহিমারোমদা চৎখিবনা হেন্না অফবা ওইগনি হায়রবদা মহারাজনা চিংনরহুনা তোংজৈ মরিন লম্বীদা চৎলগা কাছাড় তাখিগে, ঢাক-শেন্নবা মতিক চাবা সিফাই পিয়ু হায়জরমই।

মতাং অসিদা মহারাজ সুরচন্দ্রনা মনাও ইবুংঙো টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ সেনাপতিদা বৃন্দাবন চৎথ্রগে, কোকথোনগা সনা খুৎশু-থাংগা

---

* আসামগী চিফ কমিশনারনা মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্টতা তৌরকপা টেলিগ্রামগী মরোল—"You can apply for troops at Kohima, you can have your troops in support of the Maharaja."

লোহোরো, তীর্থ চৎপগী খরচ ওইনবা লুপা লিশিং তরাদদি পিরকউ হায়না চিঠি ইখিবা মতুং ইন্না টেকেন্দ্রজিৎ সেনাপতিনা ময়াম্বুং মহারাজদা থোকখিবা খোঁদোক অসিগী অরানবা পুন্নমক ভাকপিগনি, লুপা লিশিং অমা কৎচখিবনি. অরাংপা শেল অদুনা বৃন্দাবন্দা থাজিনজরকে হায়না ইদুনা লুপা লিশিং অমা থারকখি।

মহারাজ সুরচন্দ্র পোকমিন্নবা মনাও ইবুংঙোশিং অমম্বুং মনাই মশন খরগনা থোগল তৌদুনা মণিপুর থাদোক্কুনা কাছাড় তান্না লেংখি অমম্বুং পলিটিকেল এজেন্টতগী পাস অমা পুখি। শিলচরদা থুংবগা পাস অদু ফাক্তোকতুনা য়েংলুবদা মহারাজ সুরচন্দ্র মণিপুরগী রাজগাদি থাদোক্লমলবনি হায়বা রাফম থেংনরুবদগী মহারাজ সুরচন্দ্র সিংহনা শিলংদা আসামগী চিফ কমিশনারদা পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউডনা রাজগাদি থাদোক্লম্লবনি হায়না পাসতা ইরিবা রাফম অসি পুমলান লানগনি, পলিটিকেল এজেন্টনা লান্না লৌবনি হায়না টেলিগ্রাম অমা তৌখি। *

১৮৯০ ইংগী সেপ্টেম্বর থাগী তাং ২৩ লৈপাকপোকপা হুমিৎতা যুবরাজ কুলচন্দ্র ধ্বজ সিংহনা মণিপুরগী সিংহাসন্দা লেংখৎখি। সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎসু যুবরাজ ফমথোল কারে, অঙোসনানা সেনাপতি ওইরে।

ইং কুমজা ১৮৯০ নবেম্বর থাগী তারিখ ১৪ দা মহারাজ সুরচন্দ্রনা বৃটিশ সরকারদা মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্টনা মীচং-মীখাই নাইনা চৎখিবা পুন্নমক পল্লঙ্না হায়গদবা মথৈ হায়রগা মণিপুরগী সিংহাসন্দা অমুক হঞ্জলহনবিয়ু হায়না দরখাস্ত অমা থারমই। বৃটিশ সরকারনা থারিবা দরখাস্ত অদুগী মরম কুপ্পা থিজিল্লগা যুবরাজ কুলচন্দ্র ধ্বজ সিংহবু মণিপুরগী নিংথৌ ওইহনবা অদুগা মণিপুরগী সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎ

* **Telegram dated the 6th October, 1890 from Maharaja Surachandra Singh, Silchar to the Chief Commissioner of Assam, Shillong. "Just now opening Political Agents pass learn that I abdicated. Wholly untrue. Political Agent misunderstood me."**

সিংহবু দেশান্তর তৌবগী য়াক্‌ম দরবারদা ফোঙ্‌দোক্লবা আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ জে, ডব্লিউ, কুইন্টনবু মণিপুরদা থারকখি।

আসামগী চিফ কমিশনার মার্চ্চ থাগী তারিখ ২১ দা মহাক্কী কাঙবুগা লোইননা মণিপুরদা থুংলগনি হায়বা পাউ ফংবগা থঙ্গাল জেনরেলনা মাওদা, অঙৌ সেনাপতিগা কর্ণেল শামু সিংহগনা সেকমাইদা চিফ কমিশনারবু ওল্লমই। মথংগী নুমিৎ মার্চ্চ থাগী তাং ২২ নোংমাইজিং নুমিৎতা সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা চিফ কমিশনারবু কোইরেঙ্গৈদা ওকখি। নুমিৎ অসিগী অয়ুক পুং ১০ রোম তাবা মতমদা আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ জে, ডব্লিউ কুইন্টন ইম্ফালদা থুংলে। মহারাজ কুলচন্দ্র ধ্বজ সিংহনা চিফ কমিশনার সাহেবপু সনথোংদা ওকখি। তোপ ১১ রক কাপ্তুনা চিফ কমিশনারবু ইকাই খুম্নবা উৎখি।

চিফ কমিশনারনা ইম্ফালদা থুংলবগা নুমিৎ অসিগী নুমিৎ মুংবা মতমদা দরবার তৌগনি, মহারাজ, সেনাপতি অমসুং লৈপাক্কী অঙম-অথৌশিং দরবার য়াওবিনবা থংহল্লকই। মতম চানা মহারাজ কুলচন্দ্র ধ্বজ সিংহ, মনাও ইবুংঙোশিং অমসুং অঙম-অথৌ পুন্নমক রেসিডেন্সিদা লেংঙকলে, সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎ সিংহসু শগোল তোংদুনা মনাইমশল খরনা থৌগল তৌদুনা রেসিডেন্সিদা লেংঙকলে। দরবারগী শেম-শাবা লোইদ্রি হায়দুনা কনা অমত্তবু রেসিডেন্সিগী দরবার হোলদা চংহল্লমদে। দরবারদা কৌরগা ফাগদবগী থৌরাং ওইরমালে হায়না পুক্নিংদা চিংনরদুনা সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ সনা হকচাং নুংঙাইতে হায়দুনা শঙ্গায়দা হনখরে। টেকেন্দ্রজিৎ য়াঙদ্রবদি দরবারদা বৃটিশ সরকারগী হুকুম ফোঙদোকপা কান্নদে হায়দুনা চিফ কমিশনারনা মহারাজগা ফাওবা উনখিদে।

চিফ কমিশনারনা হয়েং নোংঙাল্লগা হনখিনবা বেগারি পিম্মু হায়রমই। নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদা মণিপুরগী রাস য়েংখিগনি হায়দুনা

নোংথোগ্বম ফুলোনা শীন্দুনা সাহেবশিংনা য়েংনবা শান্নরুই। গ্লাস অহু খন্না ওন্না লোইশিলহল্লমই।

অহিং অহুদা লেপ্পখিবা মতুং ইন্না নোংঙাল্লমদাইদা ৪৪ শুবা গুর্খা রাইফলসগী লেফটেনেন্ট ব্রকেনবরী অমসুং ৪২ শুবা গুর্খা রাইফলসগী ক্যাপ্তেনা বুটচরনা লুচিংজুনা বৃটিশকী সিফাই ২৫০ না টিকেন্দ্রজিৎপু ফাননবা যুবরাজগী শঙ্গায় কোয়শিল্লমই অমসুং নোংমৈ কাপশিল্লমই। মী য়াম্না শিনখি। মখোয়গী মতুংদা পুখ্রম্বা তঙ্কোসিং শিখি। তুরেল রাংমদা বৃটিশকী সিফাইনা মুসলমান ফটোগ্রাফর দম্বু সর্দ্দার, দম্বু সর্দ্দারগী ফুপী নোংমৈনা কাপতুনা হাৎখি অমসুং মখোয়গী মচা-ফুপী অনি মশম-মশম পুনশিন্নরগা মৈনুংদা লংশিন্দুনা হাৎখি। বৃটিশ লান্মীশিংনা খুল্লক-ইবক চংজুনা উশম লৈকাই, য়াম্বেম লৈকাই, শাইখোম লৈকাইগী যুম মৈ থাখি।

খুম্বোং সুবেদার, লৈশাং জমাদার, অথোকপা দেরান অমসুং চোংথা মিঞানা চিংজুনা লাল কাপনখি। খুম্বোং সুবেদার, লৈশাং জমাদার অমসুং অথোকপা দেরান অহুম্মক নোংমৈনা পান্দুনা শিখি। মাইকৈ অনিমক্তা লাল কন্না শোক্লখি। নাকল অনিমক্তা মী য়াম্না শিনখি। বৃটিশকী মায়কৈদা ৪৪ শুবা গুর্খা রাইফলসগী লেফটেনেন্ট ব্রকেনবরি, সুবেদার হীমচাঁদ-নচিংবা বৃটিশকী লান্মী খরা শিখি। লেফটেনেন্ট লুগার্ডকা বৃটিশ সিফাই তরামরিগা য়াম্না শাথিনা শোক্লমই। ফুমিৎ তারমদাইদা বৃটিশ লান্মীশিং রেসিডেন্সিদা চেনশিনখি। ফুমিদাং পুং ৮ তাবা মতমদা বৃটিশকী ক্যামতগী লাল লেপ্পসি হায়জুনা বেঙ্গুন থোং-লকপগা লোইন-লোইননা মায়কৈ অনিমক্তা লাল লেপ্পখি।

লাল লেপ্পবদা আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ জে, ডব্লিউ, কুইন্টন মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউড, কর্ণেল স্কীন, লেফটেনেন্ট সিম্পসন অমসুং মিঃ কসিন্সকা বেঙ্গুন থোংবা গুর্খা সিফাই অমগা লোইননা করিগুম্বা য়ানবা মওং অমা পুন্নকপা ওমম্রা য়েংবা কোম্নুং

ভান্না লাক্লমই। বৃটিশ অফিসারশিং অহুবু হাওবম দেরান অমসুং লুক্রোমবা লালুপচিংবা অনিনা ওক্লমই।

চিফ কমিশনারনচিংবা সাহেবশিং কোন্নুংদা লাকই হায়বা পাও অসি ভাবগা য়ুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহস্থ চিফ কমিশনার সাহেব উনবা লেং-থোরকই। হুমিদাং ওইবদগী দরবারগী শঙ্ অহু'থোঙ লোম্লস্বা মরম্না দরবার শঙগী মনাক্তা অহাঙ্বা মফমদা চৌকি থাহুনা দরবার তৌরমই। মণিপুরগী মায়কৈদগী দরবার অহুদা য়াওরম্বা অতৈ মীশক্তি—(১) থঙ্গাল জেনরেল (২) অয়া পুরেল (৩) নোংমাইথেম গিরিধারী অঙোম নিংথৌ (৪) হাওবম দেরান (৫) কর্ণেল মাইস্নাম শামু সিংহ লুরাংনিথৌ (৬) সরাইসম যাত্রা সিংহ অসিনি। মপান্দস্থ মী য়াম্না তিল্লমই। মখোয়গী মহুংদা মশক নাইবা মীওইশিংদি—(১) মিয়া সিংহ (২) কালি মুহোদার (৩) লৈশং যাত্রা (৪) বোরাচাউবা (৫) য়ুম্নাম চাউবা মখোয়শিং অসিনি। হুমিদাংগী পুং ৯ লোম ভাশিল্লকলবদা দরবার অহুদা য়ানবা মওংগী করিগুম্বা রাফম অমতা লেপ্নবা ঙমখিদ্রে। দরবার অহুদা য়ুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা চিফ কমিশনারদা খঙহনাথ মহুদি বৃটিশবু অমুক থাজবা লৈত্রে, বেগারি পিয়ু চৎপগে হায়শিন্নরগা অহিংদা মী পুম্নমক্না তুম্নরিডে মতমদা লোম্না বৃটিশ সিফাইনা কোয়শিন্দুনা লান্দারে, হুপী অঙাং য়াম্না শিরে, ঐবু হাংকে তৌবনি, ঙমখিদবদগী তোকখিবনি। সাহেবশিংনা লাল তোক্লসি, ফনরসি হায়রবদা য়ুবরাজনা সাহেবশিংবু থাজদে, বৃটিশকী খুৎলাই পুম্নমক থাদোক্লো হায়রমই। সাহেবশিংনা য়ারমদে। অস্নুম্না পুংখায় অমরোম ঙাংনরবা ফাওবদা মেন-মান তানবা ঙমখিদ্রে।

সাহেবশিং অহুনা চৎলগে হায়হুনা ফুক ফুক হৌগৎলক্লবদা মচা মশু, শাগৈ-নাতৈ হাংখিবগী শাওবনা মৈ হৌহুনা মপান্দা লৈরম্লিবা মৈতৈ প্রজাশিংনা "হাংলো, হাংলো" হায়না লাওনরকপদা বৃটিশ অফিসারশিং অহু মপাল থোকপা য়াত্রহুনা দরবার হোল তাম্না চেনশিল্লকই।

ভিল্লমলিবা মীশিং অহুনা সাহেবশিং অহুবু তাম্নরকই। মথোয়গী মরক্তগী অমনা লেফটেনণ্ট সিম্পসনগী মকোক্তা থাঙনা য়াল্লমই। পলিটিকেল এজেণ্ট মিঃ গ্রিমউডকী লুখমদা নেপ্রা কুৎনা লুশম পাইহুনা ইল্লগা কাজাও অর্ফে পুখ্রম্বা ফিভাংনা তানা খিন্দুনা গ্রিমউড সাহেবনা দরবারগী সিড়ি কাখৎনবা হোৎনরিঙৈদা হাৎখি।

মহারাজ কুলচন্দ্র ধ্বজ সিংহ অমসুং যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মজা ইবুংঙোশিং মজা ইবেম্মশিং, মচে-মনেমশিং, মরী-মতা অমসুং মনাই-মশলশিংনা ভারতকী ভাইসরয় অমসুং গবর্ণর-জেনরেলদা ইং কুমজা ১৮৯১ গী জুনগী তাং ২৬ তা থাবা দরখাস্ত * অহুদা হায়রি—থঙ্গাল জেনরেলগী ঈঙ্গিত ফংবদগী মৈতৈশিংনা সাহেবশিং অহু তম্না ফুজিল্লকখিবনি। মরন্নাই হুংঙাইনদবনা মরম ওইহুনা মতাং চারে হায়না



মিঃ গ্রিমউড

থনবদগী থঙ্গাল জেনরেলনা ঈঙ্গিত তৌহুনা পলিটিকেল এজেণ্ট গ্রিমউড সাহেবপু ইহান হান্না হাৎহনখিবনি। ভারতকী গবর্ণর-জেনরেল লর্ড ল্যান্সডাউন অমসুং আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ জে, ডব্লিউ, কুইণ্টনগী অরানবা থৌশীলদগী মতৌ অসুম্না গ্রিমউড সাহেব মথরাই থাখি।

*Dr. R. C. Majumdar : Rebellion in Manipur, 1891—Indian Historical Commission Proceedings Vol. XXXV, Part II, 1960.

যাত্রাসিংহ ফৌরুংবনা সাহেবশিং অহু কন্নবগীদমক দরবার হোলগী থোঙজাও অহু কাউথায়গনা সাহেবশিংবু হোল মনুংদা থাজিল্লমই। দরবার হোলগী থোঙজাও অহু শো লোল্লমই। শো লৌরুবা ;তারবদি সাহেবশিং অহু খুদোংথীবা থোকপা য়াই খনবদগী যাত্রা সিংহনা শো লৌরুরগা থোঙ হাংদোকপগী রাখল তৌথিদবনি। মথোঙনা কাউহুনা দরবার হোলগী থোঙজাও অহু হাংদোকখিবনি।

মীয়ামগী নিল-খোংবা অহু তাবদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহসু মফম অহু তান্না লেংলকখি অহুগা তিল্লমলিবা মীয়াম অহুবু চৈ অমা পাইহুনা তাম্বোকলমই। চিফ কমিশনারগা রারী ডাইহাক শানরগা যুবরাজনা সাহেবশিং অহুগী অশোয়-অঙাম থোকতনবা অঙোম নিংথৌদা শিন্নরমলে। অঙোম নিংথৌনা মী নিপালদা—(১) ওইনা শাজৌ (২) ধনসিং খোমজা (৩) অক্লুসিং অ.র্ফ ভূসবর্ব (৪) অবুংলাউ য়েংখোইবা (৫) হিদাচাউবী মচাহল (৬) নোনি সিংহ নেপ্রা মচাহল (৭) খম্বাসিংহ লাইশ্রবা মচাহল অমসুং (৮) থজো সিংহ ময়েংবা মচাহল মখোয় নিপালদা সাহেবশিং অহু শিন্নহুনা থম্লমই। চিফ কমিশনারনচিংবা সাহেবশিং অহু মৈতৈগী মখুত্তা বন্দী লৈরে।

মতাং অসি পনহুনা মতম অহুদা ইংলণ্ডদা ফোঙ্বা "TRUTH" হায়বা চেফোঙ্ অহুদা অস্মুন্না ইরমই—"মিঃ কুইণ্টন-না বিশ্বাস-ঘাত তৌহুনা সেনাপতিবু কাগে হায়না হোৎনরুবা অহুগী মহুত্তা সেনাপতিনা মহাকপু বিশ্বাসঘাত তৌহুনা ফাখরে। কুইণ্টন-ন-চিংবনা টেকেন্দ্রজিৎপু বন্দী তৌননবগীদমক্তা লাং থাকলুবা অহুদা মখোয় মশামক থুখি, লাংদা থুবা ডাক্তমনা লৈখি"।

থঙ্গাল জেনরেলনা মতম অহুদা তোপ গারোৎতা লৈরম্বা মীশিং অহু কোথোক্লমই। থঙ্গাল জেনরেলদা মপান্দা তিল্লমবা মীশিং অহুনা লাওরকই—"শা মমাঙদা অঙৌবা মক্লোক তাগনি"—পুরাণদা ইরি—কল্কিগী তারোই? ডাইহাক রাখল জোরগা ফিবম মজা অসিদা

সাহেবশিংগা অমুক তাইশিন্নবা হায়বসি ওইখোক্তবনি হায়বা রাখল্লগী থঙ্গাল জেনরেলনা উসর্ব্বদা "সাহেবলোক্কী মচিল থুপচিল্লো" হায়রমই।

থঙ্গাল জেনরেলনা ভারত সরকারগা মরুপ ওইননবগী পাম্বৈ উত্রবদা বন্দীশিং অদু হাৎননবগী রাকম হৌদোকখিবনি হায়নৈ হায়না লণ্ডনদা থা-থাগী ওইনা ফোঙ্বা "History Today" গী ১৯৬২ ইংগী জানুয়ারী মশীঙ্দা Antony Brett-James না "Disaster in Manipur" হাযবা রায়েংদা অসুম্না ইরি—"The General was later reported to have said that he saw no means of becoming friends of the Indian Government and therefore proposed to kill his captives."

উসর্ব্বনা থঙ্গাল জেনরেলগী হুকুম—সাহেবশিংবু হাৎতোকলো—হায়বা রাকম অসিদা যুবরাজগী করি মোত লৈবগে খঙদোক্কে হায়রুনা যুবরাজ তান্না চৎখি। থঙ্গাল জেনরেলগী হুকুম অদু ভাবদা যুবরাজনা উসর্ব্বদা মদু তৌরুখিদু, ঐহাক লাকখিগে হায়রকই। যুবরাজগী য়াথং অসি উসর্ব্বনা থঙ্গাল জেনরেলদা তম্লমই। থঙ্গাল জেনরেলনা যুবরাজদি অপাংবনি, সাহেবশিংগা তাইশিন্নবা হায়বসি শুকয়ামক য়াররোইদবনি. মসিদা যুবরাজনা হায়রিবা রাসিবু করিনো হায়না শোল্লিদৈদা যুবরাজসু লেংলক্লে। মশু-মপু ভাইহাক রারী শানরগা চৎনখি। ভাইহাক লৈরগা "সাহেবশিং অদু শওলিংবদা শিন্নখরো" হায়বা থঙ্গাল জেনরেলগী হুকুম লাকখি।

অঙম্বশিংগী হুকুম মতুং ইন্না থাঙজবা য়াইমা কোবা য়োংশুবা অদুবু হুমিদাং পুং ৯॥০ রোম ভাবদা মী থাদুনা কৌহল্লুবগা মঙোন্দা সাহেবশিংগী মথোঙদা য়োংহ্লিং-ফলাং চনশিল্লু হায়রমই। য়োংশুবা নিপা অদুনা য়োংহ্লিং-ফলাংশিং অদু সাহেবশিংগী মমাংমক্তদা থাদদুনা থম্লমই। হায়রিবা নিপা অসিনা টেকেন্দ্রজিৎকী বিচারদা সাক্ষী ওইনা জবান পিবদা হায়খি—সাহেবশিং অদুনা পুশিল্লকলিবা য়োংহ্লিং-

ফলাংশিং অহু মুন্না মুন্না যেংলগা মখোং শাংনা তিংথোক্লকখি। খোং-শুবা থাঙজবা য়াইমানা মখোং মখোংদা খোংহ্লিং-ফলাং চনশিল্লবা মতুংদা মখোয মখোয়গী মথুৎ অহু তুংবুন্নখি। নোংয়াই মতুং অহুরাইদা উসর্ব্ব অমস্নুং নেপ্রো মচাহল অনিনা বন্দী লৈরিবা চিফ কমিশনাবন-চিংবা সাহেব মরি অহুগা গুর্খা বেঙ্গুন খোংবা অহুগা মখোয় মঙামকপু শঙলিংবদা শিন্নখি।

য়াফম অসিগা ঃবী লৈননা শঙলিংবা শগোলশেম্বা ধনসিংনা টেকেন্দ্র-জিৎকী বিচারদা সাক্ষীগী জবান পিবদগী খঙবদি হাযবিবা অহিং অদিদা



কংলা-শা

"শা-মা দা অঙ্গোবা মকোক তাগনি"—তাথবে।

( ১৮৯১ ইংগী এপ্রিলগী তাং ৩০ দা ক্যাপ্তেন এলেন অ-সু লেফ টনেন্ট কাসগ্রেন রোয়েল ইঞ্জিনিয়ার অনি না শা অনিগী মচিন্দা সাহেবশিংগী ঈ তৈশিনখি হায়খুনা নোংমৈ-হিদাক চন্দুনা কাপথায়খি।)

গুক্রম্বগা লৈশাংথেম্বগা শঙলিংবা অনিসি লাক্তুনা মহাকপু কৌথৎলৈ অমস্নুং মখোয় অহুম লাম্মী য়াইরেকশঙ তান্না লাক্লমই। নোংযাই মতুং পুং অমরোম তাবদা যেঙ্খোইবা ললুপচিংবনা মপুত্তা তেন্দোঙ থাঙ কৌবা মখোক শাংনা পানবা থাঙশাং অমা পাইদুনা ত্রিলোক সিংহ

নোংথোনবা সত্থানগা লোইননা বন্দী মঙামক লাকথোং (শা মনাক্কী থোঙজাও) তান্না পুথোক্লমই অহুগা শঙ্লিংবা শগোলশেম্বা ধনসিংদা অমমম্তা ওইনা শিন্নবমই।

শঙ্লিংবা শগোলশেম্বা ধনসিংহনা বন্দী মঙা—(১) আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ জে, ডব্লিউ, কুইন্টন (২) ৪২ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌গী কর্ণেল স্কীন (৩) ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌গী লেফটেনেণ্ট সিম্প-সন, (৪) চিফ কমিশনারগী এসিষ্টেণ্ট সেক্রেটরী মিঃ কসিন্স অমসুং (৫) গুর্খা বেঙ্গুন খোংবা —মথোবশিং অসিবু অমমম্তা পুথোক্লগা তেন্দোং থাঙ্না বকতুনা হাংখি। শঙ্লিংবা নিপা অসিনা মখা তানা হাযবদি বন্দীশিং অহুবু হাংপা মতমদা বন্দীশিং অহুবু মমায নোংচুপ ওলহল্লমই অহুগা মহাক মশা-মক্তি বন্দীশিংগী ওইথোমদা লেপ্লগা মমায় অরাং ওল্লমই। বেঙ্গুন খোংবা



আসামগী চিফ কমিশনার
মিঃ জে, ডব্লিউ, কুইন্টন

গুর্খা সিফাই অহুগা সাহেব অনিমদি থাঙকক্ অমুক্তুদা কল্লমই অহুগা সাহেব অনিদি থাঙ্কক্ অনি অশিরক্তা কল্লমই। মতৌ অসুম্না "শামাংদা অঙৌবা মকোক তাগনি" হায়বত্থু চপ চানা থোকখরে।

বন্দীশিং অহু হাংলবা মতুংদা তোলেন সিংহ রাথৌ পণ্ডিত অমসুং য়েংকোকপা পণ্ডিত অনি কৌরুত্থনা মখোয়না থিন্দুনা তাকপা 'হুঙ্গোইবী" দা শগোলশেম্বা ধনসিংনা অককপা মকোকশিং অহু পুরগা খুবোম অমরোম নুনা তৈবগা ফুমজিল্লমই। পণ্ডিতশিংনা হুঙ্গোইবীদা চৌনবা

তৌহুনা ঈরাৎলমই। মতাং অসি "চৈথারোল কুম্বাবা" দা অম্মুন্না ইরি—"সাহেব মঙা পেংগুপ ১গদি ৬ মা উক্রা মমাংদা হাৎলে। অদুদা মাইবগী রাখ্মে পণ্ডিত ১ য়েনকোকপা অশৈবা হনবা ১ অসিনচিংবা হঞ্জবা হিদং কৌহুনা শ্রীমনাও ইবুংঙো যুবরাজনচিংবা অশুম্বা পুন্নমক্না হায়এ। পণ্ডিত নথোয়না হৌনবা তৌও হায়এ। লালুদি মুঙোইবীদা চল্লে। মশাদি থাইরম্বন্দা ফুমএ।"

চিফ কমিশনারনচিংবা সাহেবশিং মণিপুরদা হাৎখিবা অসিগী পাও হেক ফংবগা মায়কৈ অহুমদা বৃটিশকী লান্মীনা লাল চংলকই। অরাং-লোমদগী লাকপা তেঙ্গোলদি ব্রিগাদিয়ার-জেনরেল এইচ. কলেটনা লুচিংলকই। থাদগী লাকপা তেঙ্গোলনা ব্রিগাদিয়ার-জেনরেল টি, গ্রাহামনা লুচিংলকই অহুগা নোংচুপলোমদগী লাকপা তেঙ্গোলনা লেফটেনেন্ট-কর্ণেল আর, এইচ. এফ, রেনিকনা লুচিংলকই। থাগী মায়কৈদা লান কন্না থেংনখি। বৃটিশকী লান্মীনা খুৎলাই ফবা হেনখিব-দগী অম্মুম অম্মুম তকশিল্লক্কুনা ইং কুমজা ১৮৯১ গী এপ্রিলগী তারিখ ২৭ কী অয়ুক্তা মণিপুরগী কোন্থুং ইম্ফাল লৌশিনখি।

বৃটিশকী লান্মীনা মণিপুর লৌশিনখিবগা লোইন-লোইননা হাৎখিবা সাহেবশিংগী ঈ অহু পণ্ডিতশিংনা ঈরাৎপদা কংলা-শা অনি অহুগী মচিন্দা তৈশিনখি হায়না লৌহুনা এপ্রিলগী তারিখ ৩০ গী হুমিদাং-রাইরমদা নরসিংহ মহারাজ স্না হাকথক্তা শারম্বা কংলা-শা অনি অহু ক্যাপ্তেন এলেন অমস্থুং লেফটেনেন্ট কাসগ্রেন রোয়েল ইঞ্জিনিয়ার অনিনা নোংমৈ-হিদাক চন্দুনা কাপথায়খি। মতাং অসি "চৈথারোল কুম্বাবা" দা অম্মুন্না ইরি—"ইঙা থাদি নোংমাইজিংনা হলএ। × × × × ১৪ নি নিংথৌকাবদা × × × উক্রা মাংদা লৈবা চেক্না শাবা নোংশাস্থুং কাপথাইএ।"

---

বৃটিশনা মণিপুর লৌশিনবগা লোইন-লোইননা লাওথোক্লমই—আসামগী চিফ কমিশনারনচিংথা সাহেব মঙা হাংথিবা মীওইশিংবু ফারকপা ঙম্বা মীশিংদা শেল ওইনা মনা পিগনি। মথোয়গী মতুংদা থঙ্গাল জেনরেলবু ফাবা ঙম্বা মী নত্রগা মীশিংদা লুপা ২০০০ মনা পিগনি হায়না লাওথোক্লমই। থঙ্গাল জেনরেলগী মীওই-মীতৌ অমস্তুং কুচু-কুমেন অস্তুম্বা তাক্লমই—

"থঙ্গাল জেনরেল—মীওই-মীতৌ—চহী ৮২ রোম শুরে, কুচু-ঙৌই, মশা নেম্মি অমস্তুং নোম্ম-ৎপেল্লি, মশম-মনা ঙৌই, ময়াং য়াম্মা কোল্লে।"

ইং কুমজা ১৮৯১ গী মেগী তারিখ ৭ তা থঙ্গাল জেনরেল মশানা বৃটিশ সরকারদা চংজরক্লে। * মহাকপু জেলদা ফাজিন্দুনা থম্লমই। থঙ্গাল জেনরেলবু ফাগৎনবা হোৎনখিবদা তেংবাংখিবা Ykonvfvdc-nvzyhopzvga দা লুপা ৭০০, Twaxbdvxfqdzvrnpvxb দা লুপা ৩০০, Wanakxvdyhmqpfs দা লুপা ৬০০ অমুগা Dtpazy-vwbzyhouqbnx দা লুপা ৪০০—পুম্না লাওথোকখিবা লুপা ২০০০ অহু মণিপুরগী চিফ পলিটিকেল অফিসার এইচ, ম্যাক্সওয়েল সাহেবনা চহী অসিগী মেগী তারিখ ২৭ তা য়েক্লোকখি। মসিবু মণিপুর ফিল্‌ড্ ফোর্সগী মেজর কলেটনা এপ্রুভ তৌখিএ †

ফাগৎলক্লবা মতুংদা বৃটিশ সরকারনা থঙ্গাল জেনরেলগী লৈজরম্বা লুপা লিশিং তরাগী গবর্ণমেণ্ট প্রোমিসরি নোট ৮ মৎতুনা লৌথি অমস্তুং

* Telegam from Chief Political officer Manipur, to the Foreign Secretary, Simla dated May 8, 1891—' 7th May. Tongal General surrendered himself today and is now in custody."

† Miscellaneous Papers connected with 1891 Mu tiny.

মৎখিবা প্রোমিসরি নোট ৮ অতুগী নম্বর, তারিখ অমসুং শেল মশীং মখাদা ইরি—

| নং | তাং | শেল মশীং |
|---|---|---|
| ১৪১৬০০ | ১৮৮৪ ইংগী জুলাইগী তাং ১৭ | লুপা ২০০০ |
| ১৪১৬০১ | ,, | ,, ২০০০ |
| ১৯৪৭১৭ | ১৮৮৪ ইংগী জুনগী তাং ১০ | ,, ১০০০ |
| ১৯৪৭১৮ | ,, | ,, ১০০০ |
| ১৯৪৭১৯ | ,, | ,, ১০০০ |
| ১৯৪৭২০ | ,, | ,, ১০০০ |
| ১৯৪৭২১ | ,, | ,, ১০০০ |
| ১৯৪৭২২ | ,, | ,, ১০০০ |
| | | অপুনবা লুপা ১০,০০০ |

মৎখিবা প্রোমিসরি নোট ৮ অসি মণিপুরগী পলিটিকেল এজেণ্ট অমসুং সুপরিনটেণ্ডেণ্ট ওইরম্বা মেজর ম্যাক্সওয়েল সাহেবনা ১৮৯২ ইংগী জুলাইগী তাং ২০ দা আসামগী কম্পট্রোল্লরদা থাখি। *

থঙ্গাল জেনরেলগী বিচার মণিপুরগী চিফ পলিটিকেল অফিসার লেফটেনেণ্ট কর্ণেল এইচ, ম্যাক্সওয়েল সাহেবনা তৌরমই। মহাক্কী বিচার ইং কুমজা ১৮৯১ গী মে থাগী তারিখ ২২ দা হৌরগা হায়রিবা থা অসিগী তারিখ ২৮ দা লোইশিনখি। থঙ্গাল জেনরেলগী বিচার মেগী তাং ২২, ২৫, ২৭ অমসুং ২৮—হুমিৎ মরিনি চংখি। বিচারগী রায়না জুন থাগী তারিখ ১ দা হায়দোকখি। বৃটিশ সরকারগী প্রোসিক্যুসনগী মায়কৈদা সাক্ষী তরুক চোংথোরকখি—মখোয় মৈতৈ মচামক্তনি —(১) গিরিধারী সিংহ অঙোম নিংথৌ (২) যাত্রাসিং (৩) উসর্ব্ব লালুপচিংবা (৪) মনি সিং নেগ্রো মচাহল (৫) অঙাংজাউ সিং অমসুং

* Letter from the Political Agent and superintendant, Manipur to the Comptroller, Assam ( Political Agent's Specical File No. 12 ).

(৬) য়াইমা। থঙ্গাল জেনরেলগী ডিফেন্সগী মায়কৈদা সাক্ষী অহুম চোংথোরকই—মখোয়সু মৈতৈ মচামক্তনি—(১) থাংজম চাউবা (২) ভুবলা সিং মোংজাম্বা অমসুং (৩) নিংথৌজাম্বা চাউবা।

## মণিপুরগী চিফ পোলিটিকেল ওফিসারগী কোর্ট

১৮৯১ ইংগী মেগী তাং ২২

আসামী কারক্লে।

প্রোসিক্যুসনগী ১বা সাক্ষী | গিরিধারী সিংহ ওর্ফে অঙোম নিংথৌ, অপোকপগী মিং মাধব সিংহ, চহি ৫৫, সাং অঙোম লৈকাইদা লৈবনা অচুম্বতা হায়গনি হায়না রাশকহল্লগা হায়খি—

১৮৯১ ইংগী মার্চকী তাং ২২ দা আসামগী চিফ কমিশনার মণিপুরদা থুংলে অমসুং ফুমিৎ যুংবা মতমদা রেসিডেন্সিদা দরবার তৌবা তারমই। ঐহাক্না রেসিডেন্সি তান্না মহারাজগী থৌগল তৌরমই অমসুং আসামী থঙ্গাল জেনরেল ঐখোয়গা লোইনরমই। দরবার তৌখিদ্রে। তাং ২৩ দা ঐহাক তোপ গারোংতা তুম্লমই অতগা তারিখ ২৪ গী অয়ুক্তা সেনাপতি ওর্ফে যুবরাজগী ইংখোললোমদা নোংমৈ কাপ্পবা তারমই অমসুং



মণিপুরগী চিফ পলিটিকেল অফিসার
মিঃ এইচ, ম্যাক্সওয়েল

বৃটিশ লাম্মীগা মণিপুরীশিংগা নোংমৈ কাপ্পবা অহু মথা চথনরমই। ফুমিদাং পুং ৮ লোম তাবা মতমদা রেসিডেন্সিগী লাল লেপ্পগী বেঙ্গুন খোংলকই অতগা ঐখোয়গী মায়কৈদগীসু ওক্তুনা খোংলমই, অহুদগী

খরা লৈরগা সাহেব খরা দরবার তৌবা লাকই হায়না তারমই অমসুং দরবার শঙগী শো অদু থিবা খঙলমদে অদুগা থোঙজাউ অদুদি লোনশিলমই, অদুনা ঐহাক চৌকি খরা থিবা চৎলমই। সাহেব মঙা চিফ কমিশনার অমসুং পলিটিকেল এজেণ্ট য়াওনা অমসুং মখোয়গা লোইনরকপা বেঙ্গুন থোংবা নিপা ১ গা থানা মখোয় মঙানি। দরবার শঙগী মমাংদা ওফিসারশিং অদু লম্বীদা ফম্লমই অদুগা মণিপুরীশিংগী মায়কৈদা সেনাপতি, আসামী থঙ্গাল জেনরেল, লুরাং নিংথৌ, ঐ ইশামক, ঐখোয় মরুওইবা অঙম-অথৌশিং কয়া য়াওরমই তৌইগুম্বসুং তিল্লম-লিবা মীশিংদুদি য়ামগ্রে, ঐহাক অতৈ কনা য়াউরম্বগে নিংশিংবা ঙমদ্রে। সেনাপতিনা চিফ কমিসনারদা রারম অমা রাকৎগ্রে, মদুদি মহাক্কী লাম্মীশিং য়াম্না হাৎগ্রে অমসুং মহাকপু কীহল্লে অদুনা বৃটিশনা থুৎলাই থাদোক্কদবনি। চিফ কমিশনারনা হায়খি মদুদি হায়রিবা রাফম অসি মহাক্না য়াবা ঙমদে। রা খরগা ঙাংনরবা মতুংদা দরবারদু লোইশিনগ্রে।

আসামী থঙ্গাল জেনরেল তোপ গারোৎলোমদা চৎখি অদুগা সেনা-পতিসু মায়কৈ অদোমদা চৎখি। পলিটিকেল এজেণ্টনা মহাকপু অমসুং অফিসারশিংবু মখোঙ, তাম্না থিদ্দোকপিয়ু হায়রমই অদুগা সেনাপতিনসু অদুম্না হায়রমই। ঐখোয় খোঙশাল্লমই অদুগা শা মনাক্তা লৈবা খোঙজাউ অদু মিংনা উনা উনা খঙহৌদনা থিংজিনখি অমসুং তিল্লমলিবা মীয়াম অদুনা অফিসারশিংদুবু হাৎকনি হায়না কীহল্লমই। মণিপুরী অমনা মহাক্কী নোংমৈগী কুণ্ডানা সাহেব অমদা কুথরকখি অদুগা সাহেব-শিংদা টা অমসুং থাঙশাংনা কীহল্লমই। ঐহাক সাহেবশিংদুগী মাং থারমই অমসুং ঐখোয় দরবার শঙ তাম্না চৎলমই, পুম্নমক চৈ অমসুং নুংনা পান্দুনা শোকখি। ঐখোয়না দরবার শঙগী সিড়ি য়োৎবদা সাহেব ও দি অশোক-অপন য়াওদনা কাখৎখি অদুগা সাহেব ২ দি সিড়ি মখাদা তুথি অমসুং মীয়াম ওমশিনখি।

যাত্রাসিংহ অমস্তুং রাংখৈরাকপনা মীয়ামত্থু ইম্থোক্লবা হোৎনবদা ঐগী ইত্তেং পাংখি অমস্তুং যাত্রানা চৎখ্রগা থোঙজাউত্থু হাংখি অমস্তুং সাহেব ৩ ম্থ মস্থুংদা থমখি। সেনাপতি থুংলরে অত্থুগা মীয়াম অত্থু ভানথোকখি, অত্থুগী তুংদা পলিটিকেল এজেন্ট অত্থু সিড়ি মথাদা শিত্থুনা লৈবা উরমই অত্থুগা সাহেব ১ দি শোক্তুনা লৈরমই, মাবু ঐনা দরবারশঙ মস্থুংদা চংননবা তৌবদা মাগী মতেং পাংলমই। পলিটিকেল এজেন্ট অত্থু টানা থিল্লমই, সেনাপতি তোপ গারোৎতা থুনা-য়াঙনা হল্লকখি অমস্তুং মীয়াম্না লাংলিবত্থু নেমথদ্রিবফাওবা ঐহাক মতম খরা পম্থত্থুনা লৈখি। ঐনা যাত্রাসিংহদা মখোয়বু শিন্নরমই অত্থুগা ঐহাক তোপ গারোৎ তান্না চৎলমই অমস্তুং সিফাই খরবুনা মখোয়না লৈরিবা মফমত্থু তান্না চৎলগা মখোয়বু থুদোং থীবা তোক্তুনবা শেন্নৌ হায়না হুকুম তৌরমই। ওইনা লালুপচিংবা, উসর্ব্ব লালুপচিংবা, খোংড্রা লালুপচিংবা, য়েংখোইবা লালুপচিংবা অমস্তুং অতৈ নিপা ২/৩ চৎখি। মতম অসিদা আসামী অমস্তুং সেনাপতিদি তোপ গারোৎতা লৈরমই। অত্থুদগী ঐহাক হকচাং শেংদোকপা ইরুবা অমস্তুং চাব-থকপগীদমক চৎলে, মত্থ পুং ২ রোম চংলমই অমস্তুং ঐনা তোপ গারোৎতা হল্লকপা মতমদদি সাহেবশিং অত্থু হাংখ্রে হায়বা পাউ তারমই অমস্তুং রারত্থুনা হুংঙাইতবা অমদি থরাই হুংঙাইতবদগী ঐহাক তোপ গারোৎতা চৎলে। ঐ তশেংনা নিংশিংলি মত্থদি ঐহাক্না সাহেবশিং অত্থুবু শংউ হায়ত্থুনা সিফাইশিংদা হুকুম তৌবা মতমদা আসামী অসি তোপ গারোৎতা লৈরমই। (অকোন-বগী রাহৈ পরেং অসি জেরা তৌনবা মতমদা থুমখিবা রারোলনি)।

পাত্থুনা তাহল্লে অমস্তুং চুন্নে হায়না য়ারে।
২২ মেঃ ১৮৯১ ইং, মণিপুর

সহি/এইচ, ম্যাক্সওয়েল
চিফ পলিটিকেল অফিসার

২ শুবা সাক্ষী—যাত্রাসিংহ, অপোকপগী মিং কানুসিংহ, লৈকম কৈশাম-
থোং, মণিপুর, চহী ৪০, অচুম্বতা হায়গনি হায়না রাশকহল্লগা
হায়খি—

ঐহাক মহারাজগী ফৌ-চেঙ পান্নবনি। মার্চ্চকী তাং ২৪ দা বৃটিশ লান্মীগা মণিপুরী লান্মীগা লাল শোক্লখিবা ঐহাক তাখি। ঐহাক ফুম্মিদাংবাইরম ফাওবা ঐগী ইথৌ পাঙথোক্লমই, মতম অদুদা সাহেব থরা দরবারশঙদা দরবার তৌবা লাকই হায়বা ঐহাক তাখি, মখোয় করি তৌরিবগে হায়বহ্ যেংবা চৎলমই। সাহেব ৫ না দরবার শঙগী মমাংগী লম্বীদা ফমহুনা লৈবা ঐহাক উরমই অমসুং সেনাপতিগা আসামী থঙ্গাল জেনরেল, কর্ণেল শামু, অঙোম নিংথৌ, হাওবম দেরান অমসুং অতৈ অতৈস্সু মফম অহুদা লৈবা উরমই। দববারদা করি করি তৌনখিবা হায়বহূদি ঐহাক হায়বা ঙমদ্রে মরমদি ঐদি খরা থাপ্লপ লৈরমই। অহুম ওইনমক দরবার লোইরবদা সাহেবশিং অহুনা শা মনাক্তা লৈবা থোঙজাউরোমদা চৎখি অহুগা সেনাপতিগা আসামী-গনা তোপ গারোংলোমদা চৎখি। সাহেবশিংনা থোঙজাউ অহু হেক য়ৌবগা মখোয়না উনা উনা থোঙ অহু হেক লোনশিনখি অমসুং তিল্লমলিবা মীয়ামহুনা মখোয়বু হাৎকনি হায়না কীহনবগা লোইননা ইরাং হৌরমই। অঙোম নিংথৌগা ঐহাক্না সাহেবশিংহুবু কল্লনবা হোৎনরমই অহুগা রাংখৈরাকপস্থু ঐথোয়গী ইতেং পাংখি, ঐথোয় দরবার শঙগী সিড়ি তান্না হল্লকখি অহুগা ঐহাক সিড়ি মথক কাখি অহুগা থোঙজাউ অহু নমহুনা হাংদোক্লমই, মহুগী মনুংদা সাহেব ৩ অহু চংহনখি, অহুদগী অতোপ্পা অশোকপা সাহেব ১গা বেঙ্গুন খোংবা অমগস্থু চংহনখি। ৫ শুবা সাহেব অহু করি থোকখ্রবগে হায়বা ঐহাক খঙখিদ্রে, ঐথোয়না সিড়িহ্ য়ৌবা মতমদা সেনাপতি থুংলয়ে, মানা মীয়াম অহু তাম্থোক্লমই অহুগা লেংগ্রে।

শঙ মহুংদা ঐহাক সাহেবশিংতগী সেবা তৌখি অমসুং সাহেবকী অশোকপা অহ্ন ঐগী কোইয়েৎনা য়েত্তুনা পুনশিল্লগা ঈশিং খরা পিথক্লমই। সাহেবশিংবু চোকশিন্না য়েংনবগীদমক ঐগী ইতেং পাংননবা মী থারক্কনি হায়রম্লগা অঙোম নিংথৌ চৎখ্রে। থুনমক সাহেবশিংগী সন্ত্রি তৌনবা উসর্ব্ব লালুপচিংবা অমসুং য়েংখোইবা লালুপচিংবা মী খরগা লোইননা লাকখি অমসুং সাহেবশিং অহুবু ফাৎলো হায়বগী হুকুম ফংলে হায়না উসর্ব্বনা হায়রমই। কনাগী হুকুম্না হাৎকদবনো হায়না ঐনা হংবদা থঙ্গাল জেনরেলগী হুকুম্নি হায়না মানা খুমখি। মহাক্না সেনাপতিগা উনরগা হংলম্লবদি হেন্না ফরমগনি হায়না ঐনা হায়রমই। অহুগা উসর্ব্বগা ঐগনা সেনাপতিবু থিবা চৎলমই। লান-বলগী খা নোংচুপ থ বা কাচিন্দা নোংমৈ কাপ্পনবা শীন-লাংছুনা লৈবহু থেংনরমই। থঙ্গাল জেনরেলনা পী হায়রিবা হুকুমহু ঐখোয়না মঙোন্দা তমই মহুদা মানা হায়খি "মহাক্না অসিগুম্বা হুকুম তৌরবা, ঙাইখো ঐহাক মাগা ঙাংনখিগে"। অহুদগী ঐখোয় ৩ তোপ গারোৎ তান্না লাক্লে অমসুং সেনাপতিগা থঙ্গাল জেনরেলগা রারী শানখ্রে। অকীবগী মশক ওইরবা থবক খরা থোক্কদোরে হায়বসি ঐহাক উরমই অহুনা ঐ থরায় হুংঙাইতহুনা লানবন মহুংগী শঙ অহুদা হল্লকই। অয়ুক্তা সাহেবশিং অহ হাৎখরে হায়বা ঐহাক তাখি। ঐনা সাহেবশিংগা লৈমিন্নরিঙৈদদি সাহেবশিংহু য়োৎহিলিং-ফলাং চন্দুনা থন্নমই। অশোকপা সাহেব অহু নহানি, রাংই অমসুং ময়াং কংই। মিঃ গ্রিমউডকী মশা অহু ঐহাক উখিদে।

আসামীনা সাক্ষীদা হংউ হায়বা য়াখিদে।

পাথোক্লে অমসুং চুম্লে হায়না য়ারে।

১৮৯১ ইংগী মেগী তাং ২২ সহি/ঐইচ, ম্যাক্সওয়েল

মণিপুর চিফ পলিটিকেল অফিসার

৩ শুবা সাক্ষী—উসর্ব্ব সিংহ, অপোকপগী মিং চূড়ামনি সিংহ, লৈকম কবো লৈকাই, মণিপুরী, চহী ৩৫, অচুম্বতা হায়গনি হায়না রাশকহল্লগা হায়খি—

ঐহাক উসর্ব্ব লালুপচিংবনি অমসুং তোপ গারোংতা লৈ, অহুগা ঐহাক নাগাশিং, কুকিশিং, অমসুং তাংখুলশিংগা মরী লৈনবনি। তোপ গারোং হায়বসি হৌজিক জেল ওইনরিবা মফম অসিনি। মার্চ্চকী তাং ২৪ দা সেনাপতিগী ইংখোললোমদা নোংমৈ কাপখিবা তাখি অমসুং হুমিৎচুপ্পা মণিপুরীশিংগা বৃটিশ লাম্মীশিংগা নোংমৈ কাপ্নখিবা তাখি। হুমিদাংদা সাহেবশিং দরবার তৌবা লাক্কনি হাযবা তারমই অমসুং খরা থেংতক্লা দরবারশঙ তান্না লাকখি। সেনাপতি ওর্ফে যুবরাজ তোপ গারোংতা লৈরমই অমসুং দরবারদা চৎলমই, মতমহুদা ঐহাক আসামীবুদি উখিদে, সেনাপতি অমসুং আসামী দরবারদগী হল্লক্লমই অমসুং দরবার শঙগী মায়কৈরোমদা মীয়াম্না নিল-খোংবহু তাখি, মহুদা মীয়াম্না "হাৎলো হাৎলো" হায়বা খোঞ্জেলহু তাখি, অহুদগী নিল-খোংবহু লেপখি। পুংখায় ১ লৈরগা অঙোম নিংথৌ গারোংতা লাক্লমই অমসুং ঐখোয় খরা দরবার শঙ তান্না চৎলগা সাহেবশিং অহু খুদোং থিবা থোক্কনবা খরা শঙউ হায়রমলগা অঙোম নিংথৌ চৎখরে। ঐনা মী ৮ দরবার শঙদা থাখি অহুগা আসামী থঙ্গাল জেনরেলনা ঐবু কৌরমই অমসুং চিফ কমিশনারবু "মচিল থুপপু" হায়না হুকুম তৌরমই। মচিল থুপ্পা হায়বদি মচিল মেৎশিনবা হাৎপা হায়বনি। য়াম্না ফরে হায়না ঐহাক্না খুমখি অহুগা দরবারশঙ তান্না চৎলগা যাত্রাদা তমখি। অহুদগী ঐখোয় সেনাপতি থিবা চৎলমই। লান-বনগী খা-নোংচূপ থংবা কাচিন্দা সেনাপতিগা থেংনরে—রেসিডেন্সিগা মায়োক্নবদা নোংমৈ খিল্লমই অমসুং খা থংবা স্নংথোঙ তান্না মতুং ইল্লমই, মফম অহুদা থঙ্গাল জেনবেলনা তৌবা হুকুম অহু মঙোন্দা তমখি, মহুদা মহাক্না হায়খি "করি, থঙ্গাল জেনরেলনা অহুগুম্বা হুকুম

তৌরবা, ভাইখো ঐ লাকখিগে।" ঐখোয় আসামীগী লৈক্ষম তান্না লাক্লে অমসুং সেনাপতিনা সাহেবশিং অত্থু হাংকত্থু হায়না হুকুম তৌরক্লে হায়না তন্নমই। আসামীনা খুমখি মত্থদি চিফ কমিশনার অমসুং অফিসারশিং অসি অপংবা ভাক্তনি অত্থনা মখোয়শিং অসি লোইথোক্কদবনি। ঐহাক দরবারশঙ তান্না লাক্লমই অত্থুগা সেনাপতিসু তোপ গারোং তান্না লাকখি। দরবার শঙদা থুংলবগা শন্ত্রি খরনা মসুংদা অত্থুগা শন্ত্রি খরনা দরবার শঙগী মপান্দা লৈবা উরমই। পুং ১ রোমগী মসুংদা য়েঙ্খোইবা নিমাই লালুপচিংবা তোপ গারোংতগী অফিসারশিং অত্থু শঙলিংবদা শিন্নখ্রো হায়বা হুকুম পুত্থনা লাক্লমই। খরা লৈরগা শঙ-লিংবগী সর্দ্দার নোংথোনবা সত্থাল মখোক শাংবা থাঙশাং পাইবা শঙলিংবা অনগা লাইননা থুংলবে। দরবার শঙগী থোঙজাউত্থ হাং-দোক্লমই অত্থুগা সাহেব মখিত্থুগা বেঙ্গুন খোংব নিপাত্থুগা মপাল থোরকখি; সাহেবশিং অত্থুগা লোইনবদি ওইনা, নেপ্রো মচাহল, লাংশ্রবা অমসুং হৈদা মচাহল অসিনি অমসুং শন্ত্রিশিং অত্থনা শংত্থনা সাহেবশিং অত্থু শা মনাকী থোংঙজাউ তান্না পুরক্লগা শঙলিংবদা শিন্নখি। অসিদগী হেনবা ঐ উখিবা লৈতে অমসুং ঐ তোপ গারোংতা হল্লকখি। অত্থুগা লম্বীদা দরবার শঙগী সিড়ি মনাক্তা পলিটিকেল এজেন্টকী অশিবা মশা লৈবত্থ উরমই। মথংগী অযুক্তা শা মনাক্তা ঈ তাবা উখি অমসুং সাহেবশিং অত্থ হাংখ্রে হায়বা তাখি সাহেবশিংত্থুগী মখোংদা য়োংহ্লিং-ফলাং চনব ঐহাক উখিদে। ঐনা তোপ গারোংতা হল্লকপা মতমদা মক্ষম অত্থদা আসামীসিবু উখিদে তৌইগুম্বসুং মাগী মনাই-মশলশিংদি উখি।

তাং ২৫ গী অযুক পুং ১ রোম তাবা মতমদা সাহেবশিং অসি হাং-খিবনি অমসুং অফিসারশিংসিনা দরবার শঙ থাদোক্তিত্রৈদা নোংমৈ অমুক হুন্না কাপ্লখি।

তিল্লমলিবা মীয়ামত্থ মশীং য়ামখ্রে অত্থনা মীয়ামত্থগী মমিং ঐনা হায়বা ঙমত্রে।

( অসামীসিনা সাক্ষীসিবু য়েংলু হায়বদা য়াখিদে )

পাথোক্তুনা তাহল্লে অমস্নুং চুয়্রে হায়না য়ারে।

তাং ২২ মে ১৮৯১ ইং সহি/এইচ, ম্যাক্সওয়েল

চিফ পলিটিকেল অফিসার

আসামীবু হাজত্তা থাজনখ্রে, হয়েং মথা চথরগনি।

তাং ২২ মে ১৮৯১ ইং সহি/এইচ, ম্যাক্সওয়েল

চিফ পলিটিকেল অফিসার

আসামী মশা ঙমদবা মরম্না কেশ অসি তাং ২৫ দা য়ৈথোক্লে।

সহি/এইচ, ম্যাক্সওয়েল

চিফ পলিটিকেল অফিসার

**১৮৯১ মেগী তাং ২৫ দা কোর্ট অমুক হন্না হাংলে।**

**আসামী থঙ্গাল সিংহ কোর্ট কারক্লে**

৪ শুবা সাক্ষী—মনি সিংহ নেপ্রা মচাহল, অপোকপগী মিং কেশোব সিংহ, মণিপুরী, লৈফম য়ুম্নাম লৈকাই, চহী ৩০, অচুম্বতা হায়গনি হায়না রাশকহল্লগা হায়খি—

১৮৯১ ইংগী মার্চ্চকী তাং ২৩ গী অহিংদা ঐ তোপ গারোংতা লৈরমই অতগা মথংগী অয়ুক্তা সেনাপতিগী ইঙ্খোলগী মায়কৈদগী নোংমৈ কাপ্পা তারমই অমস্নুং বৃটিশ লাম্মীগা মণিপুরীশিংগা লান শোক্লবহ্ হুমিদাং কাওবা চথরমই। হুমিদাং পুং ৮/৯ গগী মরক্তা সাহেব থরা দরবার তৌবা লাকই হায়বা তাখি। ঐহাক দরবার তৌবহ্ উখিদে তৌইগুম্বস্নুং দরবার শঙগী মায়কৈদা য়াম্না নিনুখোংবগী খোঞ্জেল তাখি, মহু ঙহাক লৈরগা নেমথখি। পুং ১ রোম লৈরগা প্রোসিক্যুসনগী ১বা সাক্ষী তোপ গারোংতা লাক্লমই অমস্নুং শস্ত্রি থরা দরবার শঙ

তান্না চৎতু গা সাহেবশিং শংননবা অমসুং মখোয়গী খুদোং থিবা থোক্তননবা চৎলু হায়না হুকুম তৌরমই। হৈদামচাইল, লাইশ্রবা, ময়েংবা অমসুং ঐহাক থোবক্নে অতুগা দববারশঙ তান্না চৎলমই অমসুং উসর্বর লালুপ-চিংবা, ম্নেংখোইবা লালুপচিংবা, ওইনা অমসুং থোমদ্রা মখোয়শিং অসি থুনা ঐখোষগী তুং ইল্লকখি। ঐহাক শঙ মনুং চংলমই অমসুং সাহেব ৪ গা বেঙ্গুন থোংবা সিক্কাই অমগা কাদা যাত্রাসিংগা মখোয় লোইননা লৈবতু ঐ উখি। হৈদ, লাইশ্রবা, ময়েংবা ঐগা লোইন-রমই। সাহেব অমা মরাইবক্তা শাক্লমই অতুগা মপাশ্বোম অণ্ড ফি অমনা পুল্লমই। মতম অতু ফাওবা ঐ আসামীসিবু উখিবা লৈতে. ঐখোয়না মতম থবা শংলিদৈঙদা উসর্বরনা মখাদগী জেনরেলনা হায়বদি আসামী থঙ্গালসিংহনা বন্দাশিং অতুবু "লাম্মা" হায়বদি শঙলিংবদা শিন্নখ্রো হাযরে হায়না লাউবকপা তাবমই।

যাত্রাসিংহনা লাউরকখি—মতুদি অসিগুম্বা হুকুম অসি ওইথোক্ত-বনি—অতুগা মহাক মপাল থোকখি। অতুদগী অহিং অতুমা ঐনা মাবু অতুম উখিদ্রে। পুং ১ রোম লৈরগা যেংখোইবা লালুপচিংবা থুংলরে অমসুং বন্দীশিংতুবু শঙলিংবদা শিন্নখ্রো হায়বা হুকুম থোকখ্রে হাযরমই। ঙাহাক লৈবগা নোংথোনবা সত্নাল মী খবগা লোইননা লাক্লমই অমসুং সাহেবশিংতুবু অমসুং বেঙ্গুন থোংবা নিপাতবু দরবার শঙগী শা মনাক্কী থোঙজাউবোমদা পুথোক্লমই অতুগা শঙলিংবদা শিন্নথি। শঙলিংবা কয়া শুবগে মতুদি ঐহাক খঙলমদে। বন্দীশিংনা দরবার শঙগী সিড়িদা কুমথরকপদা ঐহাক মমাংগী লম্বীদা লৈরমই, অতুদগী ঐহাক তোপ গারোংতা হল্লক্লমই, মফমতুদা ঐনা সেনাপতি অমসুং থঙ্গাল (আসামী) বু উরমই, দরবার শঙগী লম্বীতু মীনা পিক থল্লমই। অযুক্তা শা মমাংদা ঈ য়াম্না তাবা উরমই অমসুং বন্দীশিং অতু হাংখ্রে হায়বা পাউ তয়মই। ঐখোয়না বন্দীশিংতুবু শংতুনা দরবার শঙদা লৈরি-দৈঙদা লানবনগা রেসিডেন্সিগা নোংমৈ কাপ্পরমই।

| | |
|---|---|
| য়েংনবদা খুম্বা | বন্দীশিংত্থবু মী হাংফম তান্নঃ পুথোকপা মতমত্থদা ঐ আসামীবুস্থ সেনাপতিবুস্থ উথিবা লৈতে। |

ঐখোয় সাহেবশিংবু শংবা দববার শঙদা লাকখিবনি অমস্থং মতম থন্না লৈরমই, মতম অত্থদা পোৎশংবা অমস্থং থাঙজাপানবা য়োৎহ্নিং-ফলাংগা লোইননা লাকখি অত্থগা সাহেবশিং অমস্থং বেঙ্গুন খোংবা নিপাত্থগী মখোংদা যোৎহ্নিং চনশিল্লমই। নিপাশিংত্থগী মমিং ঐ তশেংবা খঙদে, মখোযগী মশক তাকপস্থ ঐ ঙম্লোই। অসিগী তুংদা উসর্ব্ব লালুপচিংবনা সাহেবশিংবু হাংননবা হুকুম পুত্থনা লাক্লে। য়োৎহ্নিং-ফলাংশিং অত্থস্থ কনাগী হুকুম্না চনশিনখিবনো হায়বা কনামতনা হায়খিবা ঐহাক তাখিবা লৈতে।

| | |
|---|---|
| যেৎপদা খুম্বা | ঐনা আসামী থঙ্গাল জেনবেলবু উবদা মশক নিংথিনা খঙই। |

সাহেবশিংবু শংলিবা শস্ত্রিশিংত্থ নোংমৈ পাইবমই। মিঃ গ্রিমউডপু হাংখিবা মাগী মশানা লৈবাক্তা তাত্থনা লৈবা ঐহাক উথিব লৈতে।

পাথোক্তুনা তাহাল্ল অমস্থং চুম্ল হায়না য়ারে।

তাং ২৫ মে ১৮৯১ ইং
মণিপুর

সহি/ঐইচ, ম্যাক্সওয়েল
চিফ পলিটিকেল অফিসার

---

# চার্জ

মনিপুবগী চিফ পলিটিকেল অফিসার ঐইচ, ম্যাক্সওয়েল ঐহাক্না থঙ্গাল সিংহ ওর্ফে থঙ্গাল জেনরেলবু চার্জ তৌরি।

১বা—নহাক্না ১৮৯১ ইংগী মার্চ্চকী তাং ২৪ নত্রগ অত্থরাইদা মণিপুরদা মহারাণীগী মথক্তা লাল হৌথি অমস্থং মত্থনা মরম ওইত্থনা

শিবা নত্রগা পুন্সি চুপ্পা বন্দী ওইনা মপান্দা থাদোকপা কোর্ট অসিনা লৌথৎপা য়াবা মরাল অদু নহাক্কা লঙজরে।

২ শুবা—নহাক্কা ১৮৯১ ইংগী মার্চকী তাং ২৪ নত্রগা অদুরাইদা মণিপুরদা আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ কুইন্টন, ৪২ শুবা গুর্খা রাইফলস্কী কর্ণেল স্কীন, ৩৪ শুবা গুর্খা রাইফলস্কী লেফটেনেন্ট সিম্পসন অমসুং আসামগী চিফ কমিশনারগী এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরী মিঃ কসিন্সপু হাৎখি অমসুং মসিনা মরম ওইদুনা কোর্ট অসিনা লৌথৎপা য়াবা হাৎপা নত্রগা পুন্সি চুপ্পা মপান্দা থাদোকখিবগী নরাল লৈরে; অদুনা কোর্ট অসিনা থঙ্গালসিং ওর্ফে থঙ্গাল জেনরেলবু হায়রিবা চার্জ অসিগী মতাংসিদা বিচার তৌরগনি হায়না নঙোন্দমক খঙহল্লি।

তাং ২৫ মে ১৮৯১ ইং
মণিপুর

সহি/এইচ, ম্যাক্সওয়েল
চিফ পলিটিকেল অফিসার

মথক্কী চার্জ অসি পাদুনা তাহল্লে অমসুং শন্দোক্না তাক্লে অমসুং মাবু মশা কঙনবা হোৎনজো হায়না খঙহল্লে।

তাং ২৫ মে ১৮৯১ ইং
মণিপুব

সহি/এইচ, ম্যাক্সওয়েল
চিফ পলিটিকেল অফিসার

## থঙ্গাল সিংহ ওর্ফে থঙ্গাল জেনরেল, অপোকপগী মিং ক্ষেত্রি সিংহ, মণিপুরী, লৈকম অঙোম লৈকাই, চহী ৮৫ শুবগী জবান

চিফ কমিশনারনা হন্দক মণিপুরদা লাকপা অসিদা ঐহাক মহাকপু উনবা অমসুং ঐহাক্কী ইকাইখুম্নবা উৎপা মাও থানাদা চৎলমই অমসুং মার্চগী তাং ২২ দা মহাক্না অসিদা থুংলবগা ঐহাক মহারাজ অমসুং অঙম-অথৌশিংগা লোইননা দরবার তৌবা রেসিডেন্সিদা চৎলমই। হুমিৎ য়ুংবদা মহাক গেটতা থুংলৈ অমসুং সেনাপতি, ৪শুবা নিংথৌমচা

জিলা সিংহ, অঙোম নিংথৌ, লুরাং নিংথৌ ঐখোয় লৈরম্বই। ঐখোয় মতম খরা ঙাইদ্রনা লৈরমই অদুগা সেনাপতিদি মশা চিক-খোৎলি হায়দুনা ঘুমদা হনখরে অদুগা লৈহৌরিবশিং অদু মনুংদা চংলে। ঐখোয় পলিটিকেল এজেণ্টকা উনরমই, মহাক্না সেনাপতি য়াওদ্রবদি চিফ কমিশনারনা মহারাজগা উনরোই হায়রমই। অদুদগী ঐখোয় চৎলে, মহারাজ কোনুংদা লেংখরে অদুগা ঐহাক কোনুংগী মপান্দা লৈবা ঐহাক্না য়ুমদা মীনা পুবিদুনা চৎলমই। হুমিৎ চুপ্পা ঐহাক ইমুংদগী হেন্দোকলমদে অমসুং মখং নোংঙাল্লকপদা ( মার্চকী তারিখ ২৩ ) পলিটিকেল এজেণ্ট অমসুং অতোপ্পা সাহেব অমা চপ্রাসি অমগা লোইননা ঐহাক্না হকচাং ঙমদবা হংবা লাক্লমই। পলিটিকেল এজেণ্টনা মহারাজগা দরবার অমা তৌখিগনি হায়রমই অদুগা চৎখি। ঐহাক তারিখ ২● অদু য়ুমদগী হেন্দোক্লমদে।

তারিখ ২৪ গী অয়ুক্তা ঐহাক নোংমৈ কাপ্পবা তারমই অমসুং মরম হংবদা ঐঙোন্দা হায়রমই মদুদি বৃটিশ লান্মীশিংনা সেনাপতিগী লৈফম কোয়শিনখরে অমসুং মণিপুরীশিংগা লাল শোক্লরিবনি। হুমিৎ চুপ্পা নোংমৈ কাপ্পরমই তৌইগুম্বসুং হুমিদাংরাইরমদা নোংমৈ কাপ্পবা লেপখি অদুগা কোনুংদগী নোংমৈ কাপ্লকলবদি অঙম-অথৌ পুন্নমক কোনুং মনুং তান্না চৎনবা হোৎনগদবনি অমসুং চংগদবনি হায়বা চৎনবী লৈবনা ঐহাক্না য়েংথিনবা অদু হন্থহনবা য়াবরা হায়বগী খুদোং চাবা অদু লৌদুনা কোনুং তান্না লাক্লমই। ঐহাক খা থংবা সনথোংদা চংলমই অমসুং শা মনাক য়ৌশিল্লকপা মতমদা সর্দ্দারশিং নোংচুপ থোঙ হায়বদি মরু ওইবা সনথোঙদা লৈখরে হায়বা ঐহাক তারমই। ঐহাক মফম অদু তান্না চৎলমই অমসুং ঐহাক্না থুংবগা চিফ কমিশনার অমসুং অফিসারশিংসু থুংলৈ। ৩ শুবা নিংথৌ মচা অঙৌসনা সনথোঙ অদুদা লৈরমই অমসুং ঐহাক্না মঙোন্দা হায়রমই মদুদি অমম-অঙান শিন্নবা মতুং অসিদা অসিগুম্বা মরু ওইবা সাহেবশিংনা কোনুং মনুংদা চংলকপা অসি চুমদবনি অমসুং নিংথৌমচা অসিনা থোঙ অদু থিংজিল্লমই অদুগা

সাহেবশিং অতু মপান্দা লৈহল্লমই। ঐহাক্না চ্যেকশিলহনবগী মরমদি ময়াই কারবা সিফাই ময়াম অকোয়বদা লৈবা অমসুং সেনাপতিবু খনবা মীয়াম তিনবা অসিদগীনি অমসুং রাখল থেনবা মী খরনা সাহেবশিংগী মহুংদা কনাগুম্বা অমবু হাৎখিবা য়াই হায়না ঐহাক্না চিংনরমই। সনথোঙগী মহুংদগী ঐহাক চিফ কমিশনারবু কোরমই অমসুং মঙোন্দা অমুক্তা দরবার তৌসি অমসুং অহিং অথেংবা অসিদা কোম্বুং মহুংদা চংলক্কহু হায়বমই, তৌইগুম্বসুং তিল্লমলিবা মীযাম অতুগী মহুংদা কনাগুম্বা অমনা ঐহাকপু "সেনাপতিন সাহেবশিং অতুবু চংহল্লকউ হায়রগা মহাক্কী য়াথংগী ওন্ন-তৈনবদা ভাংলিবা নহাক কনানো" হায়না চৈরকই। সেনাপতি মশামক্তিং লৈরমদে।

ঐহাক্না সাহেবশিং অতুদা হিন্দুস্থানী অমসুং মণিপুরীদা লাওরমই। থোঙ অতু হাংদোক্লমই অমসুং সাহেব ৫ অতু চংলকই। কনাগুম্বা বৃটিশকী সিফাই সাহেবশিং অতুগা লোইনরকপরা হায়বা ঐহাক হায়বা ভমদে, মফম অতুদা মী য়াম্না তিল্লমই। ঐহাক অফিসারশিং অতুগী মতুং ইল্লমই অমসুং দরবার শঙ্ অতু য়োবদা দরবার শঙগী মমাংদা লম্বীদা দরবার তৌগদবগী ফমঙনা লৈবা উরমই। সেনাপতি, লুরাং নিংথৌ, অঙোম নিংথৌ, হাওবম দেরান, অয়া পুরেল লৈরমই।

৩ শুবা অমসুং ৪ শুবা নিংথৌমচাশিং অঙৌসনা অমসুং জিলাসিংহ মফম অতুদা লৈরমদে, মহারাজসু লৈবমদে। দরবার তৌবা অতু মতম য়াম্না তেল্লমই অমসুং চিফ কমিশনারনা হায়রমই মতুদি নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা দরবার অমা তৌগনি অমসুং মতু সেনাপতিনা য়ারমই অমসুং বৃটিশকী লান্মীশিংনা মখোয়গী খুৎশু-খুৎলাইশিং থাদোকপা পাম্লমই। চিফ কমিশনারনা থুম্নমই মতুদি খুৎলাইশিং অসি মহারাণীগী মপোৎনি। মখোয় খুদিংমক ফুক ফুক হোৌগৎলকই অমসুং অফিসারশিং অতু শা লৈবা থোঙ অদোমদা চৎলমই অমসুং তোপ গারোৎকী থোঙলোমদা ঐহাকপু পুরমই অমসুং মফম অতুদগী ওইরোমদা পুখ্রি অমদা ঐহাক

হকচাং শেংদোক্লমই। ঐহাক হকচাং য়াম্না মুংঙাইরমদে অমসুং পুখ্রি অতুদা য়াম্না কুইনা লৈরমই অতুগা নোংঙাল্লমদাইদা তোপ গারোৎ তাম্না চৎলমই অমসুং তুম্লমই। ঐহাক্না দরবারদগী হেক থোরকপগা নোংমৈ অমুক হন্না কাপ্লবা তারমই তৌইগুম্বসুং পুখ্রিদগী তোপ গারোৎতা হল্লকপা মতমদদি পুন্নমক ইচিক চিক্লমই। তারিখ ২৫ গী অয়ুক্তা ঐঙোন্দা হায়রমই মতুদি সেনাপতিগী য়াথংদগী অফিসারশিং অতু হাৎতোকখরে তৌইগুম্বসুং মতম অতু ফাওবদা মথোয়শিং অতু মতৌ করন্না হাৎখিবনো হায়বা ঐহাক হায়বা ঙমদে। ঐহাক অহল অমনি অমসুং খোংনা চৎথোক-চৎশিন তৌবা ঙমদে অমসুং কুলিগী মনমগন্দা পোত্নুনা পুথোক-পুশিন তৌই। সাহেবশিংনা কোন্সুং মন্নুংদা চংলকপা মতম অসি গুমিদাংবাইনি, মমলে, মতম অতু হায়বা ঙমদ্রে তৌইগুম্বসুং অহিংগী হোরকপা মতমদনি।

কোর্টনা হংবদা খুম্বা | মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা পাল্লিবৈদা লৈপাক অসিদা ঐহাক্কী শক্তি খরা লৈরমই তোইগুম্বসুং চহী খরা অসি ঐহাক্কী শক্তি মমিংতা ঙাইনা লৈরে। ঐহাক্কী মাইয়োক্তা লেপ্‌লিবা সাক্ষীশিং সেনাপতিগী মনাই-মশল ঙাক্তনি অমসুং মরম অসিদগী মবুংঙোবু কন্ননবা ওইদবা ঙাংলিবনি।

ঐহাক্না চৎলুবা পুখ্রি অতুগী মমিং রাংগোল কৌই, মসি তোপ গারোৎতগী গজ ১০০ রোম লাপই। ঐহাক্কী সাক্ষীশিংদি মোংজাম্বা সিজমরা, নিংথৌজাম্বা কুৎ অমসুং থাংজম চাওবনি।

ঐহাক্কী ইথুৎমক্না ইবনি অমসুং মসিদা আসামীনা পিবা মপুং ফাবা জবান য়াওরে।

তাং ২৫ মে ১৮৯১ ইং
মণিপুর

সহি/ঐইচ, ম্যাক্সওয়েল
চিফ পলিটিকেল অফিসার

আসামী হাজোংতা থমজিল্লে। মশা কৃঞ্জনবগী সাক্ষীশিং তাং ২৭ তা সমন তৌরগনি।

তাং ২৫ মে ১৮৯১ ইং — সহি/ঐইচ, ম্যাক্সওয়েল

মণিপুর — চিফ পলিটিকেল অফিসার

---

১৮৯১ মেগী তাং ২৭ কোর্ট অমুক হন্না ফল্লে।
আসামী থঙ্গাল জেনরেল কারল্লে।

প্রোসিক্যুসনগী ৫ শুবা সাক্ষী — অঙাংজাও সিংহ, অপোকপগী মিং অতোজাও সিংহ, লৈকম খাগেমপল্লী, চহী ৩০, অচুম্বদা হায়গনি হায়না বাশকহল্লগা হায়খি—

ইং কুমজা ১৮৯১ গী মার্চ্চ থাগী তারিখ ২৪দা মণিপুরশিংগা বৃটিশকী লান্মীশিংগা লাল শোক্নরমই অমসুং হুমিদাংরাইরমদদি ঐহাক চাক চারে অমসুং তুমখরে। ঐহাক্কী ইথোদি মরাল লৈবা মীশিংদা য়োংহ্নিং-ফলাং চনশিনবা অমসুং হাতবড়া চনশিনবনি। মার্চ্চগী পুং ১২ নত্রগা নোংয়াই মতুং পুং ১ রোম তাবদা ঐহাক্কী সর্দ্দার লৈশং শঙ্গোইবা হঞ্জবনা ঐহাকপু হোদোক্লমই অমসুং য়োংহ্নিং-ফলাং পুহ্না তোপ গারোং তান্না চংলু হায়রমই। নিংথৌজাম্বা হায়বা সর্দ্দার অমগা ঐহাক্কা লোইনরমই। তোপ গারোংতা হেক থুংবগা ঐহাক্না তৌগদবা করিনো হায়না হংলমই অমসুং থোঙ্ শংলিবা সন্ত্রী অহ্না ঐহাকপু দরবার শঙ তান্না চংলু হায়রমই। ঐহাক মফম অদু তান্না চংলমই অমসুং থোঙ শংলিবা সন্ত্রী অহুনা য়োংহ্নিং-ফলাংশিং অদু থাদরম্লগা চংখ্রো হায়রকই। হুকুম মতুং ইম্না তৌরে অদগা ঐহাক য়ুমদা চংলে। ঐহাক দরবার শঙদা সাহেবশিং উরমদে, থোঙ অদু লোল্লমই।

তোপ গারোৎতা আসামীবু উরমদে, মী য়াম্না তিল্লমই অমসুং ঐহাক রানা মীয়াম অহু লাম্থোকতুনা চৎলমই।

( আসামীনা সাক্ষীদা হংনিংবা য়াহং হংউ হায়বা য়াখিদে। )

তাং ২৭ মে ১৮৯১ ইং
মণিপুর

সহি/ঐইচ, ম্যাক্সওয়েল
চিফ পলিটিকেল অফিসার

কোর্টনা হংবদা খুম্বা | ঐহাক্কী লোইশংগী হায়রবদি ঐহাক পোৎশংবনি।

পাথোক্লে অমসুং চু'ম্ন হায়না য়ারে।

তাং ২৭ মে ১৮৯১ ইং
মণিপুর

সহি/ঐইচ, ম্যাক্সওয়েল
চিফ পলিটিকেল অফিসার

প্রোসিক্যুসনগী ৬ শুবা সাক্ষী | য়াইমা, অপোকপগী মিং শ্রীদাম সিংহ, লৈফম মুতুম ফিবৌ, মণিপুরী, চহী ৩০, অচুম্বতা হায়গনি হায়না য়াশকহল্লগা হায়খি—

ইং কুমজা ১৮৯১ গী মার্চ্চ থাগী তারিখ ২৪ দা বৃটিশকী লান্মীশিংগা মণিপুরীশিংগা লাল শোক্লরমই অমসুং হুমিৎ তাবা মতম অহুরাইদা দোলাইপাবা অমা ঐগীদা লাক্লমই অমসুং হায়রমই মহুদি ফাহুনা লৈরবা সাহেব খরা য়োংহিল্-ফলাং চনশিন্নবা বিজয় গারোৎতা ঐহাকপু দরকার ওইরে। ঐহাক মফম অহু তাম্না চৎলমই অমসুং বৃটিশ সিফাই অহুম উরমই অমসুং মখোয়বু য়োংহিলং-ফলাং চনশিল্লমই। ঐহাকপু অমুক্তসু দরকার ওইরকপা য়াই হায়হুনা মনাক অহুদা অহুম লৈখো হায়না হুকুম তৌরম্মী। হুমিদাং খরা থেংজিল্লকলবদা দোলাইপাবা অমা লাক্লমই অমসুং সেনাপতিগী হুকুম মতুং ইন্না দরবার শঙ তাম্না চৎলু অমসুং সাহেবশিংবু

য়োৎহ্নিং-ফলাং চনশিল্লু হায়না হুকুম তৌরমই। ঐহাক চৎলমই অমসুং পোশংবগা সর্দ্দার অমগা উনরমই অমসুং পোশংবনা শঙ অতুগী থোঙদা য়োৎহ্নিং-ফলাংশিং অতু থম্লমই অমসুং ঐহাক মতুং চংলমই। ঐহাক্না সাহেব ৪ অমসুং বেঙ্গুন খোংবা অমা অতুগা সন্ত্রী কয়ামরুম উরমই। সন্ত্রীশিংনা হায়রমই মতুদি সাহেবশিং অতু ঐহাক্না য়োৎহ্নিং-ফলাং চনশিনগদবনি অমসুং মসি মহারাজগী য়াথংনি। সাহেবশিং অতুনা য়োৎহ্নিং–ফলাংশিং অতু য়েংগে হায়রমই অমসুং য়োৎহ্নিং-ফলাং চনশিনবা য়ারমই। বেঙ্গুন খোংবা নিপা অতুবুসু অতুম্না তৌরমই। থবক অতু পাংথোক্লবা মতুংদা ঐহাক য়ুমদা চল্লকই।

ঐহাক থাংজ্রপানবা কৌই। ঐহাক দরবার শঙ অতুদা কনাগুম্বা অঙম-অথৌশিং অমতা উরমদে, ইচম চম্বা সন্ত্রীশিংদা উরমই। ঐহাক্না লাকপদা অমদি চৎখিবদা তোপ গারোৎ ফাওখিদে।

ঐহাক্না য়োৎহ্নিং-ফলাং চনখিবা সাহেবশিংগী মতুংদা অমথক্কী মরাইবক শোক্লমই।

অয়ুক্তা ঐহাক্না হৌগৎলক্পদা সাহেবশিং অতু হাৎতোকখরে হায়না তারমই।

জুমিৎ অতুদা ঐহাক্না আসামী থঙ্গাল জেনরেলবু উথিবা লৈতে, নোংমৈ মরু কোয়পাই পাইরমই অমসুং ঐহাক অয়াম্বা মতমদা য়ুমদা লৈরমই।

( আসামীনা সাক্ষী অতুদা রাহং খরা হংউ হায়বা য়ারমদে। )

তাং ২৭ মে ১৮৯১ ইং
মণিপুর

সহি/ঐইচ, ম্যাক্সওয়েল
চিফ পলিটিকেল অফিসার

আসামীগী সাক্ষীশিং কারকত্রে। কেশ অসিগী সাক্ষী-সাবোংক্কী জবান লৌবা হয়েংদা য়ৈথোক্লে। আসামী হাজত্তা লৈখিগনি।

তাং ২৭ মে ১৮৯১ ইং
মণিপুর

সহি/ঐইচ, ম্যাক্সওয়েল
চিফ পলিটিকেল অফিসার

## ১৮৯১ ইংগী-মেগী তাং ২৮ দা কোর্ট

## অমুক হন্না ফন্নে।

আসামী থঙ্গাল জেনরেল কাবক্লে।

মশা কঙ্গনবগী ১বা সাক্ষী | থাংজম চাওবা, অপোকপগী মিং অতোম্বা সিংহ, লৈফম অঙোম লৈকাই, মণিপুরী চহী ২৫ শুবনা অচুম্বতা হায়গনি হায়না রাশকহল্লগা হায়খি—

ঐহাক আসামী থঙ্গাল জেনরেলগী কুলিনি অমস্তুং মার্চ্চগী তারিখ ২৪ দা রেসিডেন্সিদা লৈবা বৃটিশকী লান্মীশিংগা মণিপুরীশিংগা ফোর্ট মহুংদা নোংমৈ কাপ্পবা তারমই। হুমিদাংরাইবমদা নোংমৈ কাপ্পবা লেপলমই অমস্তুং অহল ওইরবা, শোল্লবা অমস্তুং চৎথোক-চৎশিন তৌবা ঙমদ্রবা ঐহাক্কী ইবুংঙোনা কোনুং তান্না পোতুনা পু হায়না যাথং পিরমই। ঐহাক্না মহাকপু থাগী মপান অমস্তুং মনুং সনথোং ফাওরগা শা মনাক্তা থুংলমই, মতম অতুদা মহাক্না অঙম-অথৌশিং কদোমদা লৈখরে হায়না হংলমই অমস্তুং মখোয় মরু ওইবা সনথোঙ হায়বদি নোংচুপ থোঙদা লৈ হায়না তাক্লমই। ঐখোয় মফম অতু তান্না চৎলমই অমস্তুং ৩ শুবা নিংথোমচা অঙৌসনাগা উনরমই, মহাক্না আসামীদা হায়রমই মতুদি সাহেবশিং মপান্দা লৈরে অমস্তুং দরবার তৌনবা মহুংদা চংগে হায়রি। আসামীনা খুম্নমই মতুদি ফোর্ট মনুংদা ময়াই কারবা খুৎলাই পায়বা মী য়াম্না তিল্লে অমস্তুং সাহেবশিংনা চংলক্লবদি খুদোং থিগনি, মহাক্না থোঙ থিংজিন্নবা অমস্তুং সাহেবশিং অতু রেসিডেন্সি তান্না হনখিনবা অতুগা মথংগী অম্বুক্তা দরবার তৌননবা পাউতাক পিরমই। থোঙ অতু থিংলমই অমস্তুং আসামীনা সাহেবশিং অতু মাগী মাগী লৈফমদা হনখিবনা অমস্তুং মথংগী অয়ুক্তা দরবার তৌবনা হেন্না ফগনি হায়না লাওরমই। চ্যেকশিন্নবা লাওখিবা অসি মণিপুরী অমস্তুং হিন্দুস্থানী লোন্দনি। তিল্লমলিবা মীয়াম অতুগী মহুংদা

বমাগুম্বা অমন লাওরকই, "সেনাপতি হায়বদি য়ুবরাজনা দরবার তৌগনি হায়রুনা সাহেবশিংবু কৌশিল্লি অদুগা মত্থু খিংলিবা মহাকপু কনানো ?" থোঙ অদু হাংদোক্লমক্ত অমসুং সাহেব থম্না চংলকই, মীশিং কয়ানো হায়বা ঐহাক হায়বা ওমদে, মী য়াম্না তিল্লমই অমসুং মখোয় দরবার শঙ তাম্না চংলমই, ঐহাক ঐহাক্কী ইবুংঙো আসামী অসিগা লোইননা তুং ইল্লমই অমসুং দরবার শঙগী মমাংদা লম্বীদা দরবার তৌরমই। ঐহাক্না সাহেবশিং অদু নত্তবা মী ৫ উরমই, মখোয় অদুদি সেনাপতি, অঙোম নিংথৌ, লুরাং নিংথৌ, হাওবম দেরান অমসুং আসামী অসিনি। দরবার অদু থুনা লোইশিনখি অমসুং পুক নুংঙাইতে হায়দুনা ঐহাকপু রাঙ্গোল পুখ্রি তাম্না পু হায়রুনা ঐহাক্না আসামীবু থাংদুনা পুরমই। লম্বীদা দরবার শঙগী মায়কৈদা লাউ-খোংবা তারমই, অদুদগী তুমিন লৈখি। পুখ্রি অদুদা আসামীনা মশা শেংদোক্লমই অমসুং পুক খিল্লি হায়রুনা মশা অদু নমবিরমই অমসুং মত্থু নম্বদা মতম কুইনা চংলমই, পুং ঙনা য়াম্না চংখি হায়বা তাই অমসুং লোইননা নোংমৈ কাপ্পরমই। নোংমৈ কাপ্পবা অমুক হন্না লেপখিবগা খঙ্গাল জেনরেলবু তোপ গারোং তাম্না পুরকই অমসুং তুমহল্লমই। তোপ গারোংতা থু লবা মতমদা অঙম-অথৌ পুন্নমক তুন্নমলে, অদুগা ঐহাৎসু তুমথরে। মথংগী অয়ুক্তা সাহেবশিং অদু হাংতোকখরে হায়বা তারমই অমসুং থরা লৈরগা ঐহাক্না আসামীবু কোর্টকী হেক মপান্দা লৈবা মহাক্কী ময়ুম তাম্না পুরমই।

রাঙ্গোল পুখ্রি তোপ গারোংকী মনাক্তা লৈবানি, গজ ১০০ রোম থাগই।

( আসামীনা সাক্ষীদা হংনিংবা রাহং হংউ হায়বা য়ারমদে। )

পা'থাক্লে অমসুং চুম্লে হায়না য়ারে।

তাং ২৮ মে ১৮৯১ ইং
মণিপুর

সহি/ঐইচ, ম্যাক্সওয়েল
চিফ পলিটিকেল অফিসার

মশা কঞ্জনবগী ২ শুবা সাক্ষী | ভুবল সিংহ, মোংজাম্বা, অপোকপগী মিং গোবিন্দ সিংহ, লৈকম কৈশামথোং তোপ লৈকাই, চহী ২৫, মণিপুরী-না অচুম্বতা হায়গনি হায়ন রাশক-হল্লগা হায়খি—

ঐহাক আসামী থঙ্গাল জেনরেলগী অচম্বা মনাই অমনি অমস্সুং মার্চ্চকী তারিখ ২৪ দা হুমিৎ চুপ্পা বৃটিশকী লাম্মীশিংগা মণিপুরীশিংগা নোংমৈ কাপ্পবম্বা অদু হুমিদাংরাইবমদা লেপপ্রবদা আসামীনা ফোর্ট তান্না চৎনবা থৌরাং তৌরমই। ঐহাক্না আসামীগী ফিরোল অমস্সুং থোং-থাক্লবা কোল-লিক খরা পুত্নুনা মতুং ইল্লমই। থা'জম চাওবনা ঐগী ইবুংঙোবু পুবমই অমস্সুং মশা ঙম্দবা অদু লায়েংনবা নিংথৌজাম্বা কুৎ ঐখোয়গা লোইননা চৎলমই।

ঐখোয় থাগী সনথোংলোমদা কোন্নুং চংলমই অমস্সু ঐহোযনা শা মনাক য়োবা মতমদা আসামীনা সর্দ্দারশিং কদায়দা লৈখরে হায়না হংলমই অমস্সুং নোংচুপ থোঙদা লৈখরে হায়না খুম্লকই। ঐখোয় মফম অদু তান্না চৎলমই অমস্সুং অঙৌসনাগা উনরমই, মহাক্না আসামীদা সাহেবশিং দরবার তৌবা লাক্লি হায়রমই। আসামীনা খুম্লমই মত্নুদি অস্নুম্না অহিংদা অসিদা থবক মখা চৎথরবদি মায়কৈ পুম্নমক্তা ময়াই কারবা খুৎলাই পাইবা মী ময়াম তিনবা অসিনা খুদোংথীবা থোক্কনি। থোঙ অদু থিংলমই অমস্সুং আসামীনা মপান্দা লৈরিবা সাহেবশিং অদুবু দরবার তৌবা লাক্লু, লৈফম লৈফমদা হনগ্রো অদুগা মথংগী অয়ুক্তা দরবার তৌসি হায়না পাউতাক পিরমই। মতম অদুমক্তদা সেনাপতিদগী নিপা অমা লাক্লমই অমস্সুং সেনাপতিনা সাহেবশিংবু দরবারদা কৌশিল্লি অদুগা মখোয়না চংলকপা থিংগদবা কনানো হায়না লাওরকই। থোঙ অদু হাংদোক্লমই অমস্সুং সাহেবশিং অদু চংলমই অদুগা মখোয় দরবার শঙ তান্না মী ময়াম্না ইম্নদুনা মখোংনা লাক্লমই। ঐখোয় তুং ইল্লমই অমস্সুং

দরবার শঙগী মমাংদা দরবার তৌরমই, সাহেব ৫ য়াওরমই অমস্থুং মণিপুরী অঙম-অথৌশিংগী মমুংদা য়াওরম্বনা সেনাপতি, অয়া পুরেল মেজর, লুরাং নিংথৌ, অঙোম নিংথৌ, হাওবম দেরান অমস্থুং আসামী মখোয়শিং অসিনি।

দরবার অহু মতম তেল্লমই অমস্থুং আসামী অহু মবুক হুংঙাইতে হায়হুনা রাঙ্গোল পুখি তান্না পুরমই, মফম অহুদা মগাক মশা শেংদোক্লমই অমস্থুং অহুগী তুংদা কবিরাজনা মতম কুইনা হকচাং নম্লমই। নোংমৈ অমুক হন্না কাপ্লবা হৌরক্লে অমস্থুং খরা লৈরগা লেপখরে অমস্থুং আসামীবু তোপ গারোৎ তান্না পুরমই, মফম অহুদা লৈরম্বা মী পুম্নমক তুম্নমলে অমস্থুং ঈচিক চিক্লমলে। ঐখোয়স্থু তুমখরে অমস্থুং মথংগী অয়ুক্তা সাহেবশিং অহু হাৎতোকখরে হায়না তারমই। অহুগী তুংদা আসামী অহুবু য়ুম তান্না পুরমই। ঐহাক্না মরক মরক্তা আসামীবু পুরিবা কুলি অহুগী অবাবা কোক্লবা মহুৎ শিনবি অমস্থুং মরম অসিদগী আসামীগা লোইননা রাঙ্গোল পুখ্রি তান্না চৎমিন্নবনি।

( আসামীনা সাক্ষীদা হংনিংবা রাহং হংউ হায়বা য়াখিদে। )

পাংথোক্লে অমস্থুং চুম্লে হায়না য়ারে।

তাং ২৮ মে ১৮৯১ ইং<br>মণিপুর

সহি/ঐইচ, ম্যাক্সওয়েল<br>চিফ পলিটিকেল অফিসার

মশা কঞ্জনবা ৩শুবা সাক্ষী | নিংথৌজাম্বা চাওবা, অপোকপগী মিং মিনাম্বো, লৈফম ওইনাম থিংঙেল, মণিপুরী, চহী ৬০ শুবনা অচুম্বতা হায়গনি হায়না রাশকহল্লগা হায়খি—

ঐহাক কবিরাজ অমনি অমস্থুং ১৮৯১ ইংগী মার্চ্চ থাগী তাং ২৩ দা আসামী থঙ্গাল জেনরেলবু লায়েংনবা কৌরৈ। ঐহাক মহাকপু উরমই অমস্থুং মহাকপু শুরমই, নম্লমই অমস্থুং মহাক খরা ফহোরে অহুগা

ঐহাক চৎলে। মথংগী তুমিংতা ঐহাকপু অমুক কৌররে অমসুং তৌকম খোকপা তৌরে। তুমিং চুপ্পা বৃটিশকী লাম্মীশিংগা মণিপুরীশিংগা নোংমৈ কাপ্পরমই অমসুং তুমিন্দাংরাইরমদা নোংমৈ কাপ্পবা অহু লেপখি। আসামীনা করি মতৌনো য়েংবা কোম্বুং মন্নুংদা চৎকনি হায়রমই অমসুং মহাকপু কোম্বুং মন্নুং তাম্না পুরমই। মহাক্কী অথিনবা অচৌ লৈবা মরমদগী মহাক্না হায়বা মতুং ইন্না ঐহাক মহাক্না লোইনরমই। শা মনাক্তা আসামীনা তিল্লমলিবা মীয়াম অহুগী মন্নুংদা কনাগুম্বা অমদা সর্দ্দারশিং অমদি অঙম-অথৌশিং কদায়দা লৈগ্রবগে হংলমই অমসুং মঙোন্দা হায়রমই মহুদি খরা অমনা মরু ওইবা সনখোঙ নত্ত্রগা নোংচুপ খোংদা অহুগা খরা অমনা কোম্বুং মন্নুংদা লৈখরে। ঐখোয় মরু ওইবা খোঙ অচৌ তাম্না চৎলমই অমসুং মফম অহুদা ৩ শুবা নিংথৌমচা অঙৌসনাগা থেংনরমই, মহাক্না হায়রমই সাহেব খরা মপান্দা লৈরি অমসুং মন্নুং চংলক্কে অহুগা দরবার তৌসি হায়রি। আসামীনা হায়রমই, মায়কৈ পুম্নমক্তা ময়াই কারবা মী য়াম্না লৈরে অহুনা ফোর্ট মন্নুংদা সাহেবশিং চংহল্লকপা খুদোং থীগনি। খোঙ অহু লোল্লমহ অমসুং সাহেবশিং অহু মখোয়গী লৈফমদা হনখরো অহুগা অয়ুক্তা দরবার তৌসি হায়না আসামীনা পাউতাক পিরমই। মীয়াম মরক্তুগী নিপা অমনা সেনাপতি হায়বদি যুবরাজনা সাহেবশিংবু কৌশিল্লি অহুগা মহুদা থিংলিবা নহাকপু কনানো হায়না লাওরকই। খোঙ অহু হাংদোক্লমই অমসুং সাহেবশিং অহু চংলকই অহুগা মীয়াম্না দরবার শঙ তান্না মখোয়গী মতুং ইল্লমই। ঐখোয়সু তুং ইল্লমই অমসুং দরবার শঙগী মমাংগী লম্বীদা দরবার তৌরমই। সাহেবশিং অহ্ নত্তবা অকোয়বদা মী কয়া য়াম্না তিল্লমবগে হায়বহু মম্বনা ঐহাক হায়বা ওমদে, দরবার অহুদা সেনাপতি, অঙোম নিংথৌ, অয়া পুরেল, হাওবম দেৱান, লুরাং নিংথৌ অমসুং আসামী য়াওরমই। দরবার অহু থুনা লোইশিনখি অমসুং ঐহাক্না আসামীবু তোপকী খোঙ কাওহুনা রাজোল পুম্রি তাম্না পুরমই, মফম অহুদা মহাক

মশা শেংদোক্লমই অমস্তুং মশা লেংই-থিল্লি হায়তুনা ঐহাক্না মহাকপু মতম কুইনা শুরমই, নম্নমই। ঐহাক্না আসামীবু সেবা তৌরিঙৈদা নোংমৈ কন্না কাপ্নরমই অমস্তুং নোংমৈ কাপ্নবা লেপপ্রবদা ঐখোয় তোপ গারোংতা হল্লকই, মফম অত্তুদা ঐহাক্না মহাকপু থনম্লে অত্তুগা অরাং খোঙলোমদা মাইল ১॥ রোম থাপ্না লৈবা য়ুমদা হল্লমই। উত্তি মমাংদা ঐহাক য়ুম য়ৌরমই। সাহেবশিং হাৎখরে হায়বা অসি ঐহাক তাখিবা লৈতে।

কোর্টনা হংবদা খুম্বা | আসামীবু সেবা তৌ হায়তুনা ঐহাকপু কৌরকপা অসি মার্চ্চগী তারিখ ২৩ অসিনা অহানবনি।

থাংজম চাওবনা মার্চ্চগী তারিখ ২৪ গী হুমিদাংরাইরমদা আসামীবু পুরমই, ঐখোয় হুমিদাংগী পুং ৯ লোম তাবদা ফোর্টতা চংলমই।

পাথোক্লে অমস্তুং চুয়ে হায়না য়ারে।

তাং ২৮ মে ১৮৯১ ইং
মণিপুর

সহি/ঐইচ, ম্যাক্সওয়েল
চিফ পলিটিকেল অফিসার

# বিচার

মণিপুরীশিংনা থঙ্গাল জেনরেল হায়না খঙনবা আসামী থঙ্গাল সিংহ লৈবাক্কী য়াম্না অহল ওইরবা মনাই অমনি অমস্তুং দরবারগী খাইদগী হেন্না থাজবা পাউতাক পিবা মীশিংগী মহুৎদা অমনি। মহাক্কদি হৌখিবা চহী খরা অসি মহাক্কী শক্তি হন্থখরে হায়রি অত্তবু মহাক অসি হৌজিক ক্বাওবা মচীন তোংবা অঙম্বা অমা ওইরি হায়বা অসিদি ময়েক শেংলে। মরমদি মশানা য়ারি, চিফ কমিশনারনা মণিপুর লৈবাক্তা

লানশিল্লকপদা মহাকপু লৈবাক্কী মহুৎশিনবা ওইনা থনখি অদুগা ১৮৯১ ইং মার্চ্চগী তাং ২২ গী নুমিৎ য়ুংবা মতমদা লেপখিবা দরবার অদুদা মহাক রিজেন্ট অমসুং অতোপ্পা অঙম-অখোৌশিংগা লোইনরমই। তারিখ ২৪ গী লান্দা নুমিদাংরাইরম ফাওবা আসামীনা অকনবা শরুক য়াখি হায়বগী প্রমাণ লৈতে, মহাক্না মতম থৃগীদমক্তা লাল লেপ্পগী খুদোং চাবা লোত্নুনা ফোর্টতা চংলকখি অমসুং মৎদগী হোৌরদুনা অহিং অথেংবদা অকাবগী মশক ওইরবা মাহাৎপগী থোৌদোক থোকখিবা অদু ফাওবদি মহাক্না য়াম্না মরুওইবা থোৌদাং লোৌখি হায়বা অসি প্রোসিক্যুসননা প্রমাণ তৌনবা হোৎনৈ। দরবার শঙগী মমাংদা লম্বীদা দরবার তৌখিবা অদুদা মহাক য়াওরমই হায়রি অমসুং দরবার লোইরগা মহাক তোপ গারোৎতা চৎলমই। গারোৎ অসি দরবার শঙগী মনাবমক্তদনি অমসুং আসামী-গুম্বা থাক্কী অমসুং ফিবমগী কনাগুম্বা মীশক অননা গারোৎতা লৈথোকপা অমসুং হেক থংনবদা থোকখিবা থোৌদোকপু খঙদে হায়বা অসি খনবদা ওইথোক্তবনি।

অহিং অদুদা তৌখিবা দরবার অদুদা মেম্বর অমা ওইনা য়াওখিবা অহানবা সাক্ষীনা জবান পিরি মদুদি দরবার লোইরবা মতুংদা বৃটিশ অফিসার ৫—মিঃ কুইন্টন, কর্ণেল স্কীন, লেফটেনেণ্ট সিম্পসন, মেসার্স গ্রিমউড অমসুং কসিন্স অমসুং বেঙ্গুন খোংবা সিফাই অমগা মরু ওইবা হায়বদি নোংচুপ থোঙলোমদা চংলমই তৌইগুম্বসুং গজ কয়ামরুম চৎলগা শা মনাক্কী থোঙ অদু মখোযনা উনা উনবা থিংজিনখি অদুগা ময়াই কারবা সিফাইশিং অমসুং মীয়াম অদু মখোয় মশেল ইন্নরমই অমসুং মশা শোকনি হায়না কীহল্লমই। অদুবু মহাক্না অফিসারশিং অদুবু কন্ননবা লান্নরমই অমসুং দরবার শঙগী সিড়ি তান্না মথং মথং চৎথি, সিড়িদা লাইবক থীবদগী পলিটিকেল এজেণ্ট মিঃ গ্রিমউডপু তিল্লমলিবা মীয়াম মরক্তগী নিপা অমনা টা লংলক্তুনা শিবা য়ানা শোকখি অমসুং অতোপ্পা অফিসার অমসু শোকখি। দরবার শঙগী থোঙজাউ অদু

যাত্রা সিংহনা থুগাইত্থনা হাংদোক্লমই অমস্থুং অফিসার ৪ অত্থগা বেঙ্গুন খোংবা সিফাই অত্থগা শঙ অত্থগী মহুংদা চংনবা লাক্লখি। মতম থরগী মতুংদা সাক্ষী অসি তোপ গারোৎ তান্না চৎলমই অমস্থুং সিফাই থরদা দরবার শঙদা লৈরিবা অফিসারশিং অত্থ ঙাক শেন্নবা হুকুম তৌরমই, অত্থদগী মহাক য়ুমগী থবক-ইনথাং থরা তৌবা চৎলে অত্থগা পুং ২ লৈরগা হল্লকপদা অফিসারশিং অমস্থুং বেঙ্গুন খোংবা সিফাই অত্থ হাংখরে হায়বা খঙখি—হাযবা ভবানগী শরুক অসি ঐহাক্না থাজবা ঙমদে। মহাক্না দরবার শংদা সিফাইশিংদা হুকুম তৌবা মতমদা মহাক্না আসামীবু তোপ গারোৎত উরমই।

প্রোসিক্যুসনগী ২ শুবা সাক্ষীনা প্রোসিক্যুসনগী ১বা সাক্ষীনা পিবা জবান অত্থবু চেৎশিলহল্লি মত্থদি মহাক্না (১বা সাক্ষীনা) সাহেবশিং অত্থবু মখোয়না দরবার শঙ তান্না হনখিবদা মীয়াম্না ইরাং হৌরকপদগী কনখি অমস্থুং মহাক্না তোপ গারোৎতগী সিফাই থরা মখোয়গী শোইদ-ঙামদনবা য়েংবদা সাক্ষীগী মতেং পাংননবা থারক্লনি হায়রমই। সিফাই থরা ৭ নম্ব্রগা ৮ লাকই অমস্থুং মখোয়গী মহুংদা উসর্ব্ব লালুপচিংবনা (উসর্ব্ব লালুপচিংবগী জবান মতুং ইন্না মহাক অতৈ অতৈগী মতুংদা থরা লৈরগা লাকখি) হায়খি মত্থদি অফিসারশিং অত্থ হাৎননবা হুকুম মহাক্না আসামীদগী ফংখি। সাক্ষী অসিনা উসর্ব্বগা সেনাপতিবু থিবা থোক্লমই অমস্থুং মহাক্না উনবদা হুকুম অত্থ খঙহল্লমই। সেনাপতি মখোয়গা লোইননা তোপ গারোৎ তান্না চৎলমই অমস্থুং আসামীগা ৱারী শানখি অমস্থুং মতম অত্থদদা অফিসারশিং অত্থদা অরা-অনা পিগদোরে হায়বা মহাক্না খঙলমই অমস্থুং মহাক কোন্থুং মন্থুংদা মমুমদা চৎলমই। অয়ুক্তা অফিসারশিং অত্থ হাৎখরে হায়বা মহাক তারমই। যাত্রা সিংনস্থ হায়রি মত্থদি অফিসার ৫ গী মহুংদা ৪ দমক দরবার শঙদা চংলকই অমস্থুং অমা শোকখি।

প্রোসিক্যুসনগী ৩ শুবা সাক্ষী উসর্বব লালুপচিংবনা হায়রি—১৮৯১ ইং মার্চ্চগী তাং ২৪ গী নুমিদাংরাইরমদা আসামীনা দরবারদগী হল্লকপা মতমদা মহাক তোপ গারোংতা লৈরমই। ভাইহাক লৈরগা অঙোম নিংথৌ (প্রোসিক্যুসনগী ১ বা সাক্ষী) থুংলৈ অমসুং সিফাই খরা দরবার শঙদা লৈননবা হুকুম তৌরমই। নিপা ৮ চৎখি অমসুং অদুগী তুংদা আসামীনা মহাকপু কৌরমই অমসুং অফিসারশিং অদু হাৎতোক্লো হায়না মঙোন্দা হুকুম তৌরমই, পাও অসি পুদুনা মহাক দরবার শঙ তান্না চৎলমই অমসুং যাত্রাসিং ( প্রোসিক্যুসনগী ২ শুবা সাক্ষী ) যুবরাজ থিবা মহাক্না লোইননা চৎলমই সেনাপতিনা মখোয়বু মথৌ তৌরু অমসুং ভাইরম্মু হায়না তাকপিখি। সেনাপতি আসামীনা লৈরিবা তোপ গারোং অদু তান্না চৎলমই অমসুং খরা থিন্নরগা যেংখোইবা লালুপচিংবা কৌবা অমনা তোপ গারোংতগী অকিসারশিং অদু 'লান্মী' হায়বদি শঙলিংবদা শিন্নখরো হায়বা হুকুম পুদুনা লাক্রমই। ভাইহাক লৈরগা সত্বাল হায়বদি শঙলিংবশিংগী সদ্দার অদু মখোক শাংবা থাংশাং পাইবা শঙলিংবা অমগা লোইননা থুংলৈ অমসুং অফিসার ৪ অমসুং বেঙ্গুন খোংবা সিফাই অদু শা মনাক্তা লৈবা থোঙ অদু তান্না পুরমই অমসুং শঙলিংবদা শিন্নখি।

মথংগী অয়ুক্তো সাক্ষী অদুনা শা মমাংদা ঈ খরা তাবা উবমই অমসুং অফিসারশিং অদু হাৎখরে হায়না তারমই। অফিসারশিং অদু শঙ-লিংবদা শিন্নরম্লগা তোপ গারোংতা হল্লকপদা সাক্ষী অসিনা আসামীবু তশেংনমক উহৌত্রবসু মহাকী মনাই-মশলশিংবু উরমই।

প্রোসিক্যুসমগী ৪ শুবা সাক্ষী মনিসিং নেপ্রা মচাহলনা জবান পিরি মতুদি অঙোম নিংথৌনা তোপ গারোংতগী দরবার শঙ তান্না চৎলু হায়না হুকুম তৌরম্বা সন্ত্রীশিংগী মফুংদা মহাক অমনি অমসুং জেনরেলনা হায়বদি আসামীনা অফিসারশিং অদুবু শঙলিংবদা শিন্নখরো হায়না হুকুম তৌরে হায়না প্রোসিক্যুসনগী ৩ শুবা সাক্ষী উসর্বব লালুপচিংবনা

লাওরকপা অদু মহাক্না তারমই। অদুদগী যাত্রাসিংনা শঙ অদু থাদোক্তুনা চৎথবা উরমই।

পুং অমগী মতুংদা য়েংখোইবা লালুপচিংবা লাক্লমই অমস্তুং অফিসারশিং অদুবু শঙলিংবদা শিন্নখরো হায়না হুকুম তৌরে হায়রমই অমস্তুং থরা লৈরগা মী থরগা লোইননা সত্তাল থুংলে। অফিসারশিং অমস্তুং বেঙ্গুন খোংবা সিফাই অদু শা মমাংগী থোঙ অদু তান্না চৎলমই অমস্তুং শঙলিংবশিংদা শিন্নরমই। সাক্ষী অসিনা তোপ গারোৎতা হল্লকপদা আসামী অমস্তুং সেনাপতিবু উরমই অমস্তুং অযুক্তা শা মমাংদা ঈ য়াম্না তারমই।

সাক্ষীশিং অসি থোকখিবা থৌদোকশিং অসিগী কান্নদবা মতাং থরদা থেম্নবা য়াই তৌইগুম্বস্তুং হেন্না কান্নবা মওংশিংদদি মখোয় মান্নে অমস্তুং মখোয়শিং অসি অচুম্বা থৌদোক্কা মরী লৈনবা সাক্ষীশিংনি হায়বসি ঐহাক্কী মতনি।

প্রোসিক্যুসনগী ৫ শুবা অমস্তুং ৬ শুবা সাক্ষীশিংনা দরবার শঙদা বন্দীশিংদা যোৎহিলিং-ফলাং চনশিনবগা মরী লৈনবা জবান পিরি।

আসামীগী মথক্তা মশীং অনি থোক্লা চার্জ তৌরি, (১) মহাক্লা মহারাণীগী মাইয়োক্তা লাল হোৌখি অমস্তুং (২) মহাক্লা অফিসার ৪ হাৎখি।

অহানবা মশীং অসিগী মরীদদি মসিমদি প্রমাণ ওইরে মতুদি ১৮৯১ ইং মার্চ্চগী তাং ২৪ দা মণিপুর ষ্টেটনা মহারাণীগী সরকারগী মথক্তা লাল হৌরমই অমস্তুং হুমিদাংরাইরমদা য়েংথিনবা লেপগ্রবদা মখোয়না অমুক অহিংদা য়েংথিনবা হৌরমই, মতম অদুদা ষ্টেটকী থাইদগী রাংবা থাক্কী মিলিটরী অফিসার ওইরম্বা আসামী অসি ফোর্টতা লৈরমই। মহাক্লবু নিংলম্নবদি লাল লেপলম্বা অদু অদুমক মথা চৎথহনবা মহাক্লা ওল্লমই অমস্তুং য়েংথিনবা অমুক হৌরকপা অদুনা আসামীগী মরাল লৈরে হায়বা তাক্লি।

অনিশুবা মশীং অসিন্থু য়াম্না অরুবা অমনি, আসামীনা হুকুম পিখি হায়রি, মতুগী মতুং ইন্না অফিসার ৪ বু শণ্ডলিংবনা হাংহল্লবা নমথাক তৌহুনা দরবার শঙ মহুংদা চংহল্লমই। প্রোসিক্যুসনগী সাক্ষীশিংনা পিখিবা জবান্না থিন্দুনা তাক্লি মতুদি দরবার শঙদা অফিসারশিংনা বন্দী ওইহুনা লৈরিবা অহক্কীমথৈ আসামী তোপ গারোংতা লৈরমই অমসুং অহানবমক্তদা বন্দীশিংবু হাংলু হায়না হুকুম তৌখি অমসুং অহুদগী সেনাপতিগা তিন্নরগা অরোইবা য়াথং পিখি, মহুনা মরম ওইহুনা মখোয়বু হাংখি। আসামীগী মশা কঞ্জনবা পিখিবা জবান অহু ফুং-ঙাইরি, বৃটিশ অফিসারশিংনা মরু ওইবা থোঙ অহুদা ঙাইহুনা লৈরিঙৈ মতমদা মহাক ফোর্ট মহুংদা থুংলৈ হায়রি অমসুং ফোর্ট মহুংদা দরবার তৌবা থুদোং থীগনি হাযবা উখি অমসুং মহাক্না মখোয়বু রেসি-ডেন্সিদা হনথরো, মকম অহুদা মথংগী অয়ুক্তা দরবার তৌবা য়াগনি হায়খি। হৌজিক্তি নিংথিনা খঙলে মহুদি আসামী অসি চহী কুইনা পলিটিকেল এজেন্ট অমসুং মণিপুর দরবারগা ঈ-পাউ চংথোক-চংশিন তৌবগী লম্বী অমা ওইহুনা লাক্লি, অহুগা হীরম অসিদদি পলিটিকেল এজেন্টশিং মথং মথংগী থাজবা মীশক অমা ওইহুনা লাক্লি অমসুং মসিমদি ইশোই শোইদ্রে মহুদি মহাক্না পাউতাক অসিবু পিরম্নবদি বৃটিশ অফি-সারশিং অহুনা ইল্লমগদবনি। হাম্মনা থুদোং থীবা অহু উরমদ্রবসু মখোয়দা অহুক নক্না থিন্দুনা তাক্লবদা মখোয় ভাব তাবমগদবনি।

আসামীনা হায়রি মহুদি মহাক্না অফিসারশিং অহুদা চ্যেকশিন্নবা হায়রবা ফাওবদা অফিসারশিং অহু ফোর্টতা চংলমই অমসুং দরবার শঙগী মমাং তান্না চংলমই, মকম অহুদা দরবার তৌরমই অমসুং মহাক দরবার অহুগী মেম্বর অমা ওইরমই। দরবার লোইরগা মহাক অফিসার-শিংনা লৈরিবা অহুগী নায়োক্লবা মায়কৈদা পুখ্রি তান্না চংলমই অমসুং মকম অহুদা হকচাং শেংদোক্লমই অমসুং অহাঙবা পুখ্রি মনাক্তা কবিরাজ হাম্নবদি মাইবনা লায়েংলমই। তোপ গারোংতা হল্লকলগা মহাক

তুমথরে অমস্থুং নোংঙানবদা অফিসারশিং অছু হাংখয়ে হায়বা খঙলমই। পুথ্রি অসি দরবার শঙ্গী গজ ৭০০ কী মন্থুংদা লৈ। রাহং অমা মশানা থোরক্লে মছুদি আসামীনা অহিং অথেংবা অছুদা বৃটিশ অফিসারশিংবু ফোর্টতা চংলক্নু হায়না খাল্লবদি দরবারদা করিগুম্বা য়ানবা অমতা পুরকপা ঙমত্রবা মতুংদা মহাক্না করিগীদমক্তা মখোয়বু থোঙ্ তান্না শোইদ-ঙামদনা থিন্দোক্কবনো। তশেংনমক হনখিবা খোঙচৎ অসিনা দরবার মমাংগী খোঙচৎতগী হেন্না খুদোং থীবনি। মী য়াম্না তিল্লমই অমস্থুং মখোয় ময়াই কারমই হায়বা রাফম অসি সাক্ষী পুন্নমক্না জবান পিরি অমস্থুং অফি-সারশিং অছুবু রেসিডেন্সি কম্পাউণ্ড তান্না অশোই-অঙাম য়াওদনা থিনবা হায়বা অসি আসামীগী মথৌনি। মশামক লৈরম্বা অতগা মরু ওইবা অঙম-অথৌ খরা লৈরম্বা অসিনা দরবার তান্না পুশিল্লকপা চপ চাবনি অমস্থুং মখোয়বু ময়ুম তান্না হেন্দোক্লা থিনবা য়াবনি। ঐহাক্না আসামীগী জবান অমস্থুং মহাক্কী সাক্ষীশিংগী জবান খাজবা ঙমদে অমস্থুং ঐহাক্না খল্লি মছুদি মিঃ কুইণ্টন, কর্ণেল স্কীন, লেফটেনেণ্ট সিম্পসন অমস্থুং মিঃ কসিন্স হাংপগী প্রমাণ মঙোম্দা ফংলে অমস্থুং ঐহাক্না মহাকপু হাংপগী দণ্ড পিরগনি।

মহাক্না লোইনবশিংগা শিমিন্নখিবা থৌনা ফরবা বেঙ্গুন খোংবা সিফাই অছু ময়েক শেংনা কনানস্থু মশক তাকপা ঙমখিদ্রে অছুবু অফিসকী চে-চাংদা মাংখিবা বেঙ্গুন খোংবা সিফাইদি ৪৪ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌গী গুণরামদনি অমস্থুং প্রোসিক্যুসনগী সাক্ষীশিংনা মরী লৈননা তাকপাসি মহাক ওইবা য়াই। মহাক্কী মশক শেংনা পুথোকপা ঙমখি-দবনা মরাল শীবগী অনিশুবা মশীং অসিদা অফিসারশিংগা লোইননা মহাক চনদ্রে।

তাং ১ জুন ১৮৯১ ইং
মণিপুর

সহি/ঐইচ, ম্যাক্সওয়েল
চিফ পলিটিকেল অফিসার

# রায় অমসুং দণ্ডি

কোর্টনা থঙ্গালসি ওর্ফে থঙ্গাল জেনরেল নহাকপু মরাল শীবগী ১বা মশীঙদা হায়বদি ১৮৯১ ইং মার্চ্চগী তাং ২৪ দা নস্রগা অত্থরাইদা নহাকনা মহারাণীগী মাইয়োক্তা লাল হোৌরম্নগী নবাল লৈবে অত্থগা মরাল শীবগী ২ শুবা মশীঙ হাযবদি ১৮৯১ ইং মার্চ্চগী তাং ২৪ দা নস্রগা অত্থরাইদা মণিপুরদা আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ কুইণ্টন, ৪২ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌গী কর্ণেল স্কীন, ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌গী লেফটেনেণ্ট সিম্পসন অমসুং আসামেগী চিফ কমিশনাবগী এসিষ্ট্যাণ্ট সেক্রেটরী মিঃ কসিন্সপু হাৎপগী নরাল লৈরে অত্থনা কোর্টনা থঙ্গালসিং ওর্ফে থঙ্গাল জেনবেল নহাকপু শিজ্রিবা ফাওবা ওক্তা ফাঁসি তৌত্থনা হাৎনবা হুকুম তৌরে।

তাং ১ জুন ১৮৯১ ইং<br>মণিপুর

সহি/এইচ, ম্যাক্সওয়েল<br>চিফ পলিটিকেল অফিসার

মথক্কী দণ্ডি অসি মণিপুর ফিলড্ ফোর্সগী জেনরেল অফিসার কমাণ্ডিংনা য়াবিবগী মথক্তা লৈরে, মঙোম্দা মহাকনা তৌবিনিংবা হুকুম তৌবিনবা চে-চাং থারি।

তাং ১ মে ১৮৯১ ইং<br>মণিপুর

সহি/এইচ, ম্যাক্সওয়েল<br>চিফ পলিটিকেল অফিসার

মহারাণীগী লাম্বা ওইনা লেপথিবা আসামী থঙ্গালসিং ওর্ফে থঙ্গাল জেনরেলগী কেশতা চিফ পলিটিকেল অফিসারনা তৌথিবা হুকুম অত্থ ঐহাক্তা চুম্লে হায়না য়ারে।

তাং ১ জুন ১৮৯১ ইং<br>মণিপুর

সহি/এইচ, কলেট<br>মেজর জেনরেল<br>কমাণ্ডিং মণিপুর ফিলড্ ফোর্স

## মেমোরিয়েল *
## (Memorial)

থঙ্গাল জেনরেলগী বিচারগী রায় ১৮৯১ ইং জুনগী তাং ১ দা হায়দোক-খরে—মহারাণী ভিক্টোরিয়াগী মথক্তা লালহোবা অমসুং বৃটিশ অফিসারশিং হাৎপগী মরাল লৈবা মরম্না থঙ্গাল জেনরেলবু শিজ্রিবা ফাওবা হাৎপা হায়না মণিপুরগী চিফ পলিটিকেল অফিসার লেফটেনেন্ট কর্ণেল ঐইচ, ম্যাক্সওয়েলনা লাওথোকখবে। মণিপুর ফিলড্ ফোর্সগী কমাণ্ডিং অফিসার মেজর-জেনরেল কলেটনা চিফ পলিটিকেল অফিসারনা পিখিবা রায় অদু চুম্ম হায়না বায পিংবা গুমিং অদুমক্তদা অইব চে পিরক্লে। বিচারগী রায় অসিগী মরীদা থঙ্গাল জেনরেলনা চহী অসিগী জুনগী তাং ১৮ দা সিমলাদা লৈবা ভারতকী ভাইসরয অমসুং গবর্ণর জেনরেলদা মেমোরিয়েল অমা পিশিনখি। পিশিনখিবা মেমোরিয়েল অদু ইংরেজীদা ইবনি, মহুগা লোইননা বৃটিশ অফিসারশিংনা পিরম্বা সার্টিফিকেট ১২ য়াওখি। মেমোরিয়েল অদু মৈতৈরোন্দা হনদোক্লুনা মথাদা পিজরি—

হিজ এক্সিলেন্সী ভারতকী ভাইসরয় অমসুং গবর্ণর-জেনরেল, সিমলা




ভারতকী ভাইসরয় অমসুং
গবর্ণর-জেনরেল
লর্ড ল্যান্সডাউন

মণিপুর মহারাজগী প্রাইম মিনিষ্টর ওইরম্বা জেনরেল থঙ্গাল সিংহগী নোল্লুকপা নিংশিং-চেয়োল।

---

Foreign Deptt. Secret E. Pros. September 1891. No. 73

নোল্লুক্না হায়জরি,

নিংশিং-চেরোল লানখৎচরিবা মশামকনা ভাইসরয়গী থৌজাল নিজরি অমসুং হৌখিবা মণিপুরগী ইরাংদা মিঃ কুইন্টন অমসুং অতোপ্পা বৃটিশ অফিসারশিংবু হাৎপদা তেংবাংখি হায়জিন্দুনা মহাক্না মথক্তা আইনগী অরোইবা দণ্ড পিবা অসিদগী মথরাইদদি কনবিনবা থরাই য়াওনা হায়জরি।

নিংশিং-চেরোল লানখৎচরিবা মশাদা
শীরিবা মরাল অসি ইরৈ লৈজদবনি।

শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজনা নোঙ্গাখিবদগী নিংশিং-চেরোল লানখৎচরিবা মশা অসি অযাম্বা মতম য়ুংদা লেল্লমই, মরমদি মহারাজ সুরচন্দ্র সিংহ অমসুং মনাও ইবুংঙোশিংনা মঙোন্দগী করিগুম্বা পাউতাক অমতা লৌরমদে অমসুং মহাক্না মরু ওইবা থবক মথুৎতগী লোথোক্লমই অমসুং মহাকপু অর্থ য়াওদবা জেনরেল অমা ওইনা থম্লগা মহাক্না থবক অতু অতৈ অতৈদা পিথোক্লমই। মশা ফত্তবা অমসুং অহল ওইরকপনা মরম ওইদুনা মহাক থবক্তগী পোথাদুনা য়ুমদা লৈরমই।

হৌখিবা মার্চ্চগী থাথায়দা রিজেন্ট কুলচন্দ্র ধ্বজ সিংহনা নিংশিং-চেরোল লানখৎচরিবা মশামক্তা মাও থানা তান্না চৎতুনা চিফ কমিশনারবু ওকলু অমসুং মহাক্না কাংবুগী লৈফম দরকার ওইবা মখৈ শেম-শারু হায়না য়াথং পিরমই। মতুগী মতুং ইন্না নিংশিং-চেরোল লানখৎচরিবা মশামক কুলি ৪০০ পুতুন চৎলমই অমসুং চিফ কমিশনার পেনবিনবা ইকাই খুম্নবা ঙম্বমখৈ উৎতুনা চিফ কমিশনার অমসুং মহাক্না কাংবুবু মফম অসি তান্না পুরকখি।

হৌখিবা মার্চ্চগী তাং ২২ দা নিংশিং-চেরোল লানখৎচরিবা মশামক চিফ কমিশনার অমসুং মহাক্না কাংবুগা লোইননা অয়ুক পুং ১০ তাবদা কোন্নুংদা থুংলৈ। ঙুমিৎ অতুগী অয়ুক পুং ১২ তাবদা মহাক রিজেন্টকা লোইননা রেসিডেন্সিদা দরবার তৌবা চৎলমই তৌইগুম্বসুং চিফ

কমিশনারনা হুমিৎ অতুদা দরবার তৌবা য়ারমদে। অতুদগী নিংশিং-চেরোল লানখৎচরিবা মশামক হুংথিলগী পুং ও মতুংদা দোলাই অমদা য়ুমদা চৎলমই, লম শা'না চৎপগী চোকথবনে অতুগা হৌখিবা চহী ৪ রোম লু-তাং চৌক্ত্না নারুবা অতু অমুক হৌরকপদগী মহাক মশা ওন্নমদে। য়ুমদা থু লবা মতু'দা মহাক ফমুংদগী হেন্দোকলমদে, মরম অতুনা মার্চ্চগী তারিখ ২৩ দা কোন্নুংদা করি থোকখিবগে হায়বা মহাক ব রিগুম্বা অমতা খঙলমদে; মার্চ্চগী তারিখ ২৪ গী অয়ুক অঙনবদা মহাক্না হুমিৎ চুপ্পা নোংমৈ ক.প্নবগী পাও তারমই, হুমিদা'ম্নাইরমদা পুন্নমক ইংথগ্র-বদা মহারাজনা কৌবা মতুং ইন্না মনাই-মশলশিংগী মতেং লৌতুনা কোন্নুং তান্না লাক্লনই। কোন্নুংদা থু লবগা চিফ কমিশনার অমস্তুং অতৈ সাহেবশিং কোন্নুংগী দরবার শঙদা দরবার তৌবা লাক্লি হায়বা মহাক তারমই। মহাক্না সেনাপতিদা অহিং অতুদা সাহেবশিং অতু কোন্নুং মনু'দা চংহল্লক্কনু হায়না পাউতাক পিবমই, মরমদি শাওগৎলবা মীয়াম অতু নোংমৈ অমস্তুং অতৈ অতৈ থুৎলাই পাইরমই, তৌইগুম্বস্তুং মহাক্কী পাউতাক অতু লৌরমদে অমস্তুং সাহেবশিং অতু পুশিল্লকই অতুগা কোন্নুংগী দরবার শঙদা দরবার তৌরমই, মহাক মশামক দরবার অতু য়াওরমই। য়ুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ সিংহন চিফ কমিশনারদা বৃটিশকী লান্মীশিং থুৎলাই থাদোকহল্লু হাযরমই, তৌইগুম্বস্তুং হায়রিবা রাক্ষম অসি চিফ কমিশনারনা য়ারমদে, য়ুবরাজনা অতু ফাওবদা রাক্ষম অতু তকশিল্লমই; দরবার অতুদা নিংবা থুংবা ফল থোরকপা য়াবগী আশা উত্রতুনা অমস্তুং হান্নদগী মশা হেন্না হুংঙাইরকত্রতুনা মহাক মথরাই হুং-ঙাইতনা দরবার শঙ থাদোক্ত্না চৎলমই, মরমদি মহাক্কী পাউতাক করিমতা কাম্নরোই হায়বা মহাক খঙলমই, অতুদগী মহাক কোর্ট মনুংদা ফমুং চংলমই, মক্ষম অতুদা মহাক মথংগী অয়ুক ফাওবা তুন্নমই।

রিজেন্ট অমস্তুং মহাক্কী মনাওশিংনা মঙোন্দগী পাউতাক লৌরন্নবদি অসিগুম্বা মথক-মথা ওনবা থৌদোক অসি থোক্লমলোইদবনি। জ্ঞান

লৈতবা নহাশিংনা ভুংদা করি থোক্লগদগে হায়বা রাখল তৌদনা তুক্কজরবা অরানবা থবক অসি তৌখিবনি।

মণিপুরগী আঙ্গৈন মতুং ইন্না কনাগুম্বা আসামী অমবু হাৎপগী নত্রগা মপান্দা থাদোকপগী দণ্ডি পিবা মণিপুর দরবারগী শক্তি লৈতে, শক্তি অসি মহারাজ মথন্তদা লৈরমই। অসিগুম্বা আইন লৈন-লৈনা মহাক্না চিফ কমিশনার অমসুং অতৈ বৃটিশ অফিসারশি বু হাৎলু হায়না হুকুম তৌরম্বা থোক্লবদি মহাক রিজেন্টকী মথুংতা অকনবা দণ্ডি ফংলমগদবনি।

নহা ওইরিঙৈদগী অহল ওইরবা অসি ফাওবদা মহাক্না মহারাণীগী সরকারদা মমল য়ান্নবা থবক পাঙথোক্লমই, হৌজিক অহল ওইরবা মতম অসিদা অরানবা থবক অসি তৌবা মঙোন্দা ওইথোক্তে।

মহাক্কী কেশ অসি হৈ শিংবা উকিল অমনা লেপ্না য়াবিরবদি মশামক দোষ লৈজদবনি হায়বা মহাক্না প্রমাণ তৌবা ঙমজগনি।

নিংশিং-চেরোল লানখৎচরিবা মশামক হৌজিক চহী ৮৫ শুরে, মশা নারি, থা অমদগী হেন্না জেলদা লৈবা মরম্না মহাক তুংগী উদ্রে অমসুং না তাথিরে, মহাক্কী মরল্-মথুম পুন্নমক লুট তৌখরে, মহাক্কী মুপীশিং অমসুং অঙাংশিং লৈফম লৈতরে, হৌজিক মহাক গবর্ণর-জেনরেলগী থৌজালগী মথাদা লৈরে ; গবর্ণর-জেনরেলগী লাইবক থীরবা, লাইরবা অমসুং অহল ওইরবা নিংশিং-চেরোল লানখৎচরিবা মহাক্কী মথরাই কনবিনবা গবর্ণর-জেনরেলদা হায়জরি।

তাং ১৮ জুন ১৮৯১ ইং সহি/জেনরেল থঙ্গাল সিংহ

মণিপুর

হাপচিনবা—গবর্ণর-জেনরেলনা চ্যেকশিন্না পাবিনবা

খুং-ইগী ওরিজিন্যাল সার্টিফিকেট ১২ হাপচরি।

# CERTIFICATES

General Tangal has accompanied me on the march from Manipur to Thetchulomi and as he assures it, I am very pleased to give him this letter and to state that we have worked together most pleasantly, that he has shown us much kindness and that his arrangements for the comfort and safety of my party have been completely satisfactory.

A. Z. Guer
OF D. O.
Naga Hills

Camp Thetchulomi
9. 5. 56

This is to certify that Tangal Hazaree an officer in the service of the Rajah of Munnipore has been of very great service to me in the procuring of coolies etc. He is a man of great energy & gets through a large amount of work in a short time.

Munnipore
5. 1. 64.

H. Beveridge
On official duty in Munnipore

## Seal Of The Deputy Commissioner
## Of Cachar
## 1864

**Tongal Major in the service of the Rajah of Munnipore met me on the part of the Rajah on my arrival at Bishen-pur during my recent visit to Munnipore. From that time until I left the valley I was made daily obligations to Ton-gal Major and I feel deeply grateful to him for his kindness, zeal and energy in doing everything that he thought likely to afford me pleasure.**

**I was very much gratified at seeing his intelligent desire that there should be no unpleasant differences betweed the Govt of Munnipore and the local authorities of the neigh-bouring districts subject to the British Government.**

**Cachar**
**Oct 31st 1864**

**Ware Elezar**
**Offg Dy Commissioner**

The person to whom I give this paper is generally known by his name—Tunggal. He has always been near the person of the Raja of Munnipore whom he nursed in his infancy, and accompanied in his flight to Cachar and returned from thence to re-possession of the guddee. He is a favourite though he has been in disgrace He is now the chief of the five Dewans of the country and holds other offices. He is the medium of communication between the Raja and me. I consider him a person of much energy and one to be depended to carry out with decision the orders he may receive. He is now sent to repair the Munnipore Road which for the first time is being done at the expense of the Raja of Munnipore.

Munnipore
7th Nov. 1865

MCulloch Lt Col
Political Agent

SPKRO

Certified that the bearer of this Tungal Harazee Major is the Manniporie official who is detailed to attend the Political Agent on matters of business, during the three years I have held office I have found him most attentive and useful and what is of importance I have found that an order from him is certain to be attended to and carried out which is not always the case with the other officials.

Mannipore
21st March 1871

R. Brown
Political Agent

DEUS PRGVIDEBIT

Tungâl Major has been in constant attendance at the Political Agency on the part of the Maharaja of Manipur. I have found him intelligent, obliging & thoroughly faithful to the Raja's interests.

Movbry Thomson Lt Col
Offg Political Agent

30 June 1873

Tangal Major, the Minister of the Maharajah of Manipur has accompanied me on my journey from Cachar to Manipur, & afterwards from Manipur to Kohima, & has made every arrangements for my con fort & safety in a manner, which left nothing to be desired. He returns to Manipur tomorrow, & my best thanks are due to him for the time & trouble he has devoted to my journey. I can not hope that this certificate will be of much use to him, but I hope it may satisfy him of my esteem. I shall always take great interest in his welfare.

1st March 1880 S. C. Bayley
Kohima

Mao
19. 2 81

Tangal General has accompanied me in my tour from this to Manipur & back having been sent by the Maharaja for that purpose. He has been most attentive in procuring coolies & supplies, repairing the bad parts of the road & doing everything in his power to make our journey pleasant. It has been a troublesome business for him I fear as we have been a large party & I am much surprised at the excellence of his arrangements. He is a pleasant old gentleman & very vigorous for his years & I am sorry to say good bye to him.

D. F. W. Patrick
Chief Commissioner

Manipoor
May 27, 1881

*My Dear Tangal Major*

It is a real sorrow to me that I am obliged to leave Manipoor, without taking you once more by the hand & thanking you as I should wish to do for the kindness & cordiality with which you have ... .. ... .. I am indeed much indebted to you & Bulram Major, who as His Highness the Maharajah's ministers have been the ministers to me of much kindness & valuable support.

We shall not I fear meet again, but you may be sure that I shall not easily forget my kind Manipuri friends, that I shall always welcome as good news, information as to their continued happiness & success.

Again thanking you & wishing Manipur & yourself all possible good fortune.

I remain

Yours sincerely
**A. O. Hume**

To
Thangal Major
Minister of the Maharajah of
Manipur

*Major Sahib*

Though I am not going on leave for a few months I wish to write a few lines to thank you for all the aid I have received from you during the past four years, and ... ... ... ... ... ... ... ... ... my ... ... ... ... of your service— you and I make document that may be of assistance to your children, and I can not do better than say as I have often said before that your service in helping to effect the Relief of Kohima will always entitle you and your children to consideration at the hands of Government.

I now say goodbye for a short time that I hope .. . ... ... you again in ... . ... .. I shall never forget the kindness you have at different times shown me.

I remain

Manipur ... ... ... ... ...

May. 3 th 1881 J... ... ... ...

Mao
March 8. 1882

*Dear General Tangal Singh*

Before leaving the Manipur territorry, I wish to acknowledge the kindness and attention I have received from you during the journey from Manipur to Kohima, in which His Highness the Maharaja was good enough to allow you to accompany me as far as Mao. Nothing has been wanting to make the journey a pleasant one, all the arrangements for the road, such as daks for the letters, supplies, huts, all the resting places and coolies have been excellent, and I have thoroughly enjoyed my visit to this State.

It has also been a satisfaction to me to make your acquaintance. and to learn your views as to the principal public matters which affect the State

Wishing your health and prosperity
I am
your sincere friend

C. A. Elliott

Manipur
Via Cachar

The Tangal General is the Minister that the Political Agent sees most frequently.

He upholds what he considers to be the rights of Manipur but he is a most pleasant and courteous gentleman to discuss matters with.

I hope he may still have several years to assist the Maharajah with his advice and councels.

**F. St C. Grimwood**
Offg. Pol Agent

7 Feb. 1889

## জেনরেল্

থঙ্গাল জেনরেলনা ১৮৯১ ইং জুনগী তাং ১৮ দা ভারতকী গবর্ণর-জেনরেল অমসুং ভায়সরয়দা লানথৎথিবা মেমোরিয়েল অছু রা ওইনা লৌথিত্রে। চহী অসিগী আগষ্টকী তাং ১০ দা সিমলাদগী 'অর্জেণ্ট' টেলিগ্রাম অমনা মণিপুরদা জেনরেল কলেটতা 'অফিসিয়েল ইনষ্ট্রকসন' অস্থুম্না পিরক্লে—

**Field Telegaphs** *

Code<br>Class XS

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| To Manipur | | | | From | Simla |
| Words | Day | Hour | Minute | Official instructions | Urgent |
| 294/31 | 10 | 19 | 8 | | |

To<br>General Collet — From Foreign

| × | × | × | × |
|---|---|---|---|
| | Thirdly | the | Govt. |
| of | India | consider | that |
| Tongal | Singh | alias | Tongal |
| general | was | — | properly |
| convicted | — | of | murder |
| and | direct | that | the |
| sentence | of | death | be |
| carried | into | execution | × |
| × | × | × | × |

হায়রিবা টেলিগ্রাম অসি মণিপুরদা আগষ্টকী তাং ১১ দা ফংথি। টেলিগ্রাম অসিগী মরোল্দী অসিনি - ভারত সরকারনা থঙ্গাল সিংহ ওর্ফে

* .Miscellaueous Papers Connected with 1891 Mutiny.

থঙ্গাল জেনরেলবু হাৎপগী মরাল লৈরে হায়না খল্লে অমসুং হাৎপগী দণ্ডি অদু পাঙথোক্কবা হায়না হুকুম পিরে।

সিমলাদগী থারকপা টেলিগ্রাম অসিগী মতুং ইন্না মণিপুরগী পলিটিকেল এজেণ্টনা ইংরেজী অমসুং মৈতৈরোন অনিমক্তা থঙ্গাল জেনরেলবু ফাঁসিগী হুকুম তৌবা অদু বড়লাট সাহেবনা মঞ্জুর তৌরে অমসুং মহাকপু ফাঁসি তৌগনি হায়না অস্মুন্না লাওথোক্লমই—

## PROCLAMATION

**"It is hereby notified for the infomation of the subjects of the Manipur State. × × × × × ×**

**That before the court of the Ch. Pol. Officer, Tangal Singh alias Tangal General of Manipur was tried and convicted of waging war against the Queen Empress of India and the murder of British officers and was sentenced to be hanged which sentence has been confirmed by the Govt of India and will be duly carried out"**

মসি মৈতৈরোন্দদি অস্মুন্না লাওথোকখি—

"মণিপুর লৈপাক্কী প্রজা পুম্নমক্তা খংহনখি—মনিপুর লৈপাক আসিদা রাথোকখ্রা শ্রীশ্রীমতি ভারতেশ্বরী মহারানিগি সিপাইগা লান তৌবা ১মাস্তুং চিক কমিশনার সাহেবনা চিংবা সাহেবসিংপু হাৎপগি মরমনা আরানবা মিসিংবু ফারদুনা জুন থাদা মনিপুর অসিদা বিচার তৌরে × × × ×

১মাস্তুং মাথক্তা হাইরকপা অবরাধ তৌবগিদমক শ্রীথাঙ্গাল জেনারেলবুস্তুং ফাঁসিগি হুকুম তৌবা আদু শ্রীযুক্ত মান্যবর বড়লাট সাহেবনা মঞ্জুর তৌরে—মরম আসিনা থাঙ্গাল জেনরেলবুস্তুং ফাসী তৌগনী।

× × × × ×

মথক্তা হাইরিবা লানবগি মরমনা অপরাধী পুমনমকগি দণ্ডি তৌবা আদুমনিপুর দেশ অসিদা লৈইবা প্রজাসিং পুমনমকনা হায়েংং তুং কাওবা অমুম্মা থবক থক তৌররম্ম হাইনা নিঙই।”

১৮৯১ ইং আগষ্ট থাগী তারিখ ১৩ শগোলশেল নুমিৎতা থঙ্গাল জেনরেলবু ফাঁসি তৌবগী নুমিৎ লেপ্লে। ফাঁসি তৌনুনা হাৎকদবা নোংমা রাৎলিঙৈদা হায়বদি তারিখ ১২ য়ুমশকৈশা নুমিৎকী নুমিদাংরাইরমদা হুকুম অসি থঙ্গাল জেনরেল মশাদা খঙহল্লমই অমসুং মচা-মশু, মরী-মতানচিংবা উনহল্লমই।

থঙ্গাল জেনরেল,অমসুং মণিপুরগী যুবরাজ বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ মশু-মপু অনি মফম অমতদা হায়বদি কৈদাপুংদা মতম অমতদা ফাঁসি তৌগদবগী শগাই অনি শাগৎলে। ফাঁসিগী শগাই শাবা অদু ফাঁসি তৌগদৌরিবা নুমিৎ অদুগী নুমিৎ য়ুংবা মতমদা পুমলোই লোইশিনখি।

বীর টেকেন্দ্রজিৎ ফাঁসি তৌখিবগী মতাংদি মফম অসিদা ইজত্রে। ইং কুমজা ১৭৬৬ তা ফোঙখিবা ঐহাক্কী “বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ” কৌবা লাইরিক্তা শুগাইনা ইজখরে।

ফাঁসি তৌগদবা নুমিৎ অসিগী অয়ুক অঙনবদগী হৌনা মী য়াম্না তিনবা হৌরে। চাওরাক্না মী ৮,০০০ লোম তিল্লমই, নুপীনা নিপাদগী মশীং হেল্লমই। মী য়াম্মন্দুনা শামু পুথোক্নুনা মীয়াম অদু তকথোক্লমই।

মণিপুর ফিলড্ ফোর্সকী মেজর জেনরেল কমাণ্ডিংনা আগষ্টগী তাং ১২ দা তৌখিবা Order No. 495/Execution গী মতুং ইন্না ফাঁসি তৌগদৌরিবা নুমিৎ হায়বদি আগষ্টগী তাং ১৩ শগোলশেল নুমিৎকী নুংথিল পুং ৪॥ তাবদা ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলসগী কর্ণেল ঐইচ, ইভান্স ( Col. H. Evans ) না কমাণ্ড তৌনুনা কাজ তৌনুনা লাক্লে। ফাঁসিগী শগাই শারিবা মফম অদুগী অরাং থংবা মায়কৈদা ১-২ শুবা গুর্খা রাইফলসগী সিফাই ১৫০ মমাই মথা ওন্দুনা লেপ্তুনা লৈরে, খা থংবা

মায়কৈদা ৪৩ শুবা গুর্খা বাইফলসৃগী সিফাই ১৫০ মমাই অরাং ওন্দুনা অহুগা নোংচুপ থংবা মায়কৈদা ১—২ শুবা গুর্খা রাইফলসৃগী সিফাই ৫০ অমসুং ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলসৃগী সিফাই ৫০ পুন্না সিফাই ১০০ মমাই নোংপোক ওন্দুনা লেপ্পুনা লৈবে। বীর টেকেন্দ্রজিৎপু কার্টর গার্ড-তগী পুথোবকপা ৪৩ শুবা গুর্খা বাইফলসৃগী নো মৈ পাযবা সিফাই ৫০ অহুগা থঙ্গাল জেনবেলবু জেলদগী পুথোরকপা নোংমৈ পাযবা সিফাই ৫০ পুন্না সিফাই ১০০ অহুনা নোংপোক থংবা মাযকৈদা মাই নোংচুপ ওন্না লেপ্পুনা লৈরে। পুন্না সিফাই ৫০০ না বন্দী অনিমক কোযশিহুনা লৈবে। প্রোভোষ্ট-মার্শ্যাল অমসুং সিনিযব মেডিকেল অফিসাব সার্জন সিনিযব এ, কোলম্যান ( A Coleman ) যাওবে।



লেফটেনেন্ট কর্ণেল আলবান উইলসন

বন্দী অনিনা ফাঁসিগী শগাই মথক্তা হেক কাথৎপগা হাৎপগী হুকুম অহু মশা-মশাদা লাওথোক্লুনা খওহল্লমই। কৈথেল অচোবা গুমখৎলকপা মতম হুংখিল পুং ৫ বোম তাবা মতমদা বীব টকেন্দ্রজিৎ সিংহগা লোইননা থঙ্গাল জেনবেলবু ফাঁসি তোউহুনা হাৎখি। অশিবা মশা অনিমক মহাক মহাক্কী শগাইদা পুং অমা যান্দুনা থমখি।

থঙ্গাল জেনবেলবু মতৌ কবম্না ফাঁসি তৌখিবগে হাযবা অহু মমিৎমক্লা উহৌবা লেফটেনেন্ট-কর্ণেল আলবান উইলসন-না পাউ-দমখিবা মতাং অহু লৌখৎচরি—

"The Tongal pretended to be too ill to walk up to the gallows, and was carried up in a chair and placed beneath the noose, × × × ×.

A sergeant of gunners, who was executioner, × × × × tapped the Tongal General on the shoulder and said, "Now then, old man, stand up or I can't hang you."

The Tongal gazed at him blankly, and then at the interpreter who translated the remark, on which the old fellow shook his head and roared with laughter.

The interpreter said, "Sir, the General states he will not rise."

The sergeant said, most persuasively, "Just tell the old gentleman I'm not going to hurt him." This too, was translated, but the Tongal would not budge. Then ensued a most ghastly pause, whilst a man climbed up to the top of the gallows to lengthen the rope, and when it was adjusted both criminals were loosed off."

লেফটেনেণ্ট-কর্ণেল আলবাল উইলসন-না ইরি—"থঙালনা কন্না নাশিন্নহ্না ফাঁসিগী শগাই মথক্তা কাখৎপা ভন্নমদে অমম্লুং চৌকি অমদা ফমহন্দুনা পুখৎলমই অমস্লুং কোঙ্গোয় মথাদা থন্নমই। নোংমৈ পাইব-শিংগী মকোক থবক পাংথোক্কদোরিবা সার্জেণ্ট অহুনা থঙাল জেনরেলগী মরেংবান্দা পোপ পোপ ফুরমই অমস্লুং হায়রমই, "হৌজিক অহুদি হৌগৎলো অহল, নত্রবদি ঐহাক্না নহাকপু ফাঁসি তৌহ্নবা হাৎপা ভমদ্রে।" থঙালনা মঙোন্দা থৌশাদনা মিংফম হোংদনা য়েংলমই, অহুদগী মহুবু

* Lt. Col. Alban Wilson D. C. O. : Sport and Seruice in Assam and Elsewhere ( London, 1924 ), P. 40–41

অর্থ হন্দোকপা নিপা অতুদা মুন্না য়েংলগা অহল অতুনা মকোক হাই-রমই অমসুং হৌনা ফাক্ ফাক্ নোক্লমই। অর্থ হন্দোকপা নিপা অতনা হায়রমই, "সার, জেনরেলনা হৌগংলোই হায়রি।" সার্জেণ্ট অতুনা যাম্না থেমতুনা হায়রমই, "ঐহাক্না মঙোন্দা শোক্লবা তৌরোই হায়তুনা অহল ভদ্রলোক অতুদা হায়তুনা য়েংউ।" মসিসু অর্থ হন্দোক্লমই তৌইগুম্বসুং থঙ্গাল লেংবা ফাওবা লেংলমদে। অতুদগী তুংদা ঙাইহাক্তুং অরা পোৎথানরমই, মতম অতুদা নিপা অমনা থৌরী শাংদোক্লবা ফাঁসিগী শগাই মথক কাখৎলমই অমসুং থৌরি অতু শেমতুনা চান্নহল্লগা মরাল নৈবা মীশক অনি অতুবু লোইশিনখি।"

অশিবা মশা অতু পুং অমা য়ান্দুনা থম্লগা লৌথরমই অমসুং মতু মুন্না য়েংলগা মতম অতুগী মণিপুরগী সিনিয়র মেডিকেল অফিসার এ, কোলম্যান সার্জন ( A Coleman Surgeon ) না মমাংমক্তদা ফাঁসি তৌতুনা হাংখিবনি অমসুং মশা অতু মুন্না য়েংলগা মথরাই যাওত্রে হায়না অসুম্না সার্টিফিকেট পিরি—

Certified that Tangal Singh alias Tangal General of Manipur was this 13th day of August 1891 hanged at Manipur in my presence and that I examined the body after hanging for the space of one hour and found life to be extinct.

**Sd/ A. Coleman Surgeon**
Senior Medical Officer
Manipur.

লোইন-লোইননা মণিপুর ফিলড্ ফোর্সগী চিফ পলিটিকেল অফিসার এইচ ম্যাক্সওয়েল ( H. Maxwell ) না থঙ্গাল জেনরেলবু মমাংমক্তদা ১৮৯১ ইং আগষ্টগী তাং ১৩ দা ফাঁসি তৌতুনা হাংখিবনি হায়না অসুম্না সার্টিফিকেট পিরি—

Certified that Tangal Singh alias Tangal General of Manipur was this 13th day of August 1891 hanged at Manipur in my presence.

Sd/ H. Maxwell
Chief Political Officer,
Manipur Field Force

থঙ্গাল জেনরেল ফাঁসি তৌদুনা হাংখিবা থৌদোক অসিবু "চৈথা-রোল কুম্বাবা" দা অস্নুম্না ইরি—

"সনা কৈথেল কৈফদাপুংদা মনাও ইবুংঙো কোইরেং যুবরাজনে, কাংঙবা ভুলিনাহা মেঙ্গোরনে ২ মাবু ফাশি তৌএ।" *

মণিপুরগী নিংথৌরোল মরি থৌগল ফংলক্লবা অমস্নুং মণিপুরদা থারকপা পলিটিকেল এজেন্ট তরামাথোই হাকথেংনরক্লবা মথৌনা অমস্নুং মরোশিং চাওবা থঙ্গাল জেনরেলগী জীবন-লীলা মতৌ অস্নুম্না লোইশিনখি। থঙ্গাল জেনরেলগী মিং মণিপুরগী ইতিহাসতা সনাগী মুক্না ইতুনা লৈতৌরগনি।

লোইরবা

* স্বর্গীয় লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ অমস্নুং শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ: চৈথারোল কুম্বাবা, লা: ৪১৪

# লাইরিকী মচাক তানবা

কোঙজিবা ( ইংরেজী )

1. Thangal General vs Queen Empress.
2. Diary of Sir James Johnstone, K. C. S. I.
3. Miscellaneous Papers connected with 1891 Mutiny
4. Foreign Deptt. Political Consultations, 1844
5. Foreign Deptt. Secret E. Proceedings, 1891.
6. Memorial of Thangal General.

কোঙলবা ( ইংরেজী )

1. Sir James Johnstone, K, C. S. I. : My Experiences in Manipur and Naga Hills
2. Mrs Ethel St. Clair Grimwood : My Three Years in Manipur and Escape from the Recent Mutiny
3. T. C. Hodson : The Meitheis (New Delhi)
4. Col. L. W. Shakespeare : History of Assam Rifles
5. Capt. E. W. Dun : Abridged Gazetteer of Manipur
6. Lt. Col. Alban Wilson : Sport and Service in Assam and Elsewhere
7. The Englishman ( Calcutta, 1891. )
8. Dr. R. C. Majumdar : Rebellion in Manipur, 1891 ( Indian Historical Records Commission Proceedings) Vol. XXV, Part II. New Delhi, Feb. 1960.
9. Dr. P. L. Chopra : Who's Who of Indian Martyres
10. Dr. S. P. Sen : Dictionary of National Biography
11. Antony Brett-James : Disaster in Manipur (History Today, January, 1962, London ).

ফোঙলবা ( মৈতৈরোল )

| | | |
|---|---|---|
| ১। | স্বর্গীয় লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ | : চৈথারোল কুম্বাবা |
| ২। | শ্রীরাহেংবম গৌরচন্দ্র সিংহ বি, এ, | : মণিপুরগী অরোইবা লাল |
| ৩। | শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ | : থঙ্গাল জেনরেল ( ঋতু জুলাই ১৯৭৫ ইং ) |
| ৪। | অধ্যাপক শ্রীসাইরেম নীলবীর | : থঙ্গাল জেনরেল ( খোঙথাং, জানুয়ারী ১৯৭৬ ইং ) |
| ৫। | শ্রীলাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহ এক্স এম, পি, | : থঙ্গাল জেনরেল চীংমীরা ? ( পাওজেল, ২০।৮।১৯৭৬ ইং ) |

ফোঙলবা ( কবুইলোন )

| | | |
|---|---|---|
| ১। | অধ্যাপক শ্রীগংমুমৈ কবুই | : থঙ্গল জেনেরেল (চাঙথন, ভোলুম, ২শুবা মশীঙ, আগষ্ট, ১৯৬৮ ইং ) |

ফোঙলবা ( বাংলা )

| | | |
|---|---|---|
| ১। | মুকুন্দলাল চৌধুরী | : মণিপুরের ইতিহাস |
| ২। | জানকীনাথ বসাক | : মণিপুর প্রহেলিকা |

ফোঙলবা ( অসমীয়া )

| | | |
|---|---|---|
| ১। | বেণুধর শৰ্ম্মা | : যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ সিংহ ( দূরবীন, গুৱাহাটি ) |
| ২। | গিরীশচন্দ্র চৌধুরী বি, এল | : মণিপুর যুদ্ধ (বড়পেটা, ১৯৬৭ ইং) |






"মণিপুরগা বৃটিশকা লান থোক্লবা হায়বসিদি শোইত্রবনি হায়বসি থঙ্গালনা হায়না উরবনি। অতুনা মণিপুরদা হৌজিকমক লম তেপ্লিব বৃটিশ অফিসারশিংবু লোয়শিনবগা লোয়ননা বৃটিশ লান্মী ময়াম অতু ফাজিন্দুনা মণিপুরগী নিংতম লানগী মৈরি চুথংপা হায়বসি থঙ্গালগী য়াফমনি। চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাকতক্তগী বৃটিশনা কা হেন্না মণিপুরগী লৈভাকলোন্দা খুৎথীংজিল্লকপা অমম্মুং উশিন্তবা উংলকপা অসি থঙ্গালদি খাঙবা ওন্নক্তবনি। নিংথা তপ্পা জাতি অমা ওইনা হিংবগী পুন্সি নত্তনা মীরৈবাক মচাশিংগী মীঙ্গংশি মথাদা হিংবা হায়বসি থঙ্গালনা য়াদে। "শিননবা হিংবা পুন্সিবুদি হিংননবা শিন্না" হায়বসিনা থঙ্গালগী কীরেপনি।"

—লময়ানবা

৩১গুবা মশিং, আগষ্ট '৭২

মথংদা ফোঙজরগনি

রাজকুমার শ্রীস্নাহলসিংহ বি-কনা

লেংবা

# MANIPUR THROUGH THE AGES